শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

আহেনবা ঈ

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

# আহেনবা ঈ


Sarat Publications, Oinam Bazar, Manipur.

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

◎ অহেনবা ঈ ◎

শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

# অহেনবা ঈ



Sarat Publications, Oinam Bazar, Manipur.

## ⊙ AHENBA EE ⊙

## 18 Short Stories by Saratchandra Nongthomba

⊙ থোংবা
শরৎ পব্লিকেশন্স, ওইনাম বাজার, মণিপুর।

⊙ অহানবা থোংবা
আগষ্ট ১, ১৯৮১ ইং।
থৱান ১ শকাব্দ ১৯০৩
থাংজ।

⊙ অহানবা খুৎনমগী কপী মশীং
১৫০০

⊙ মথুম
শরৎ আর্টস

⊙ ব্লোক শাফম
নোভেলটি ফোটো এনগ্রেভিং, ইম্ফাল
অমস্মুং
এন, মঙ্গী সিংহ এণ্ড সন্স, ইম্ফাল।

⊙ লাইরিক অমগী মমল
লুপা ১০.০০

⊙ ছাপা নম্ফম
শ্রীপিঃ শরৎ সিংহনা
সিটি প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফালদা নম্বা।

ও মৈন্য সিংহ।
লৈখিদ্রবা পাবুংগী খুয়াদ
কচ্ছরবনি নচাগী খুদোলসি॥

॥ * ॥ মণিপুর সরকার, ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টকী শেলগী মতেঙ ফংজহনা অমদি মণিপুর রাইটর্স এণ্ড পব্লিশর্স এসোসিএশননা চে পীনবীহনা ফোঙদবা ॥ * ॥

পুন্সিগী মতাঙ অমদা থম্মোয়দা দঙ-দঙ লাউনা ফাওনখিবা থৌদোক-ৱাথোক মীপুম খুদিংগী মরৈরমনি। ঐঙোন্দদি কয়াদ য়ামথ্রবা! কৱিগুম্বা মতমদা নোকনীংবা ফাওখি। কৱিগুম্বদনা কপনীংবা। অমুকস্সু ফাওরকখি—অকিবা, হঙ্গোইবা, তুক্কচবা··· মথঙ-মথঙ। কৱিগুম্বদস্সু য়াম্না ৱাখি। কৱিগুম্বদস্সু কা হেন্না নুংঙাইখি। অসিবানে পুন্সি হায়বহুবু?

মসিনা ঐগী ঙসিগী পীকলবা লাইৱিকসিদা য়াওৱিবা ৱাৱী মচাশিংগী হৌরকফমনি। হৌখিবা চহি ১০ মুকসিদা ঐঙোন্দা থেংনখিবা, তাখিবা ৱারীশিংনি। ৱারীশিং অসি ইজবদা ইশাগী বিচারদি করিনো হায়না হংবীরকপদা পাউথুমদি লৈজদে। ঐদি চুম্নতা থম্মোয়দা ফাওখিবা ঈহৌশিংদ্ ইথোকচবতনি।

খুংইগী মতাঙদা সাহিত্যদা হৌজিক ফাওবদা ওন্নকলিবা শক্তমশিং— থায়নগী ট্রেডিসনেল ওইবা ফোর্মদগীনা। হৌজিক্কী মতমদা চংনরকলিবা য়াসবেক টেক্নিক, সিম্বোলিজম, ডোক্যুমেন্টরী ফিল্ম টেক্নিককী খুংই, ক্যালাইডোস্কোপিক ফোর্মনচিংবগী মশক মওং এক্সপেরিমেন্ট ওইনা হোংনজে। মদুনা মহয় য়ানবা য়ান্দবগীদি তোঙানবা ৱাফম ওইনা থমজরি।

লাইৱিকসিদা য়াওৱিবা ৱারী মচা খরদি এ, আই, আর, ইম্ফালগী থোঙদা পাথোকখিবস্সু য়াওরে। খরনা চেফে'ঙ অমস্সুং মেগাজিনশিংদা থেংনবীরম্বস্সু য়াই। পুম্নমক খোমজিনজরগা অরৈবা খরগ হাপচিনজরগা লাইৱিক মচাসিমা ওইনবা হোংনজবনি।

বানানগী মতাঙদা থুনা নমথোকখিবা ওইবনা অৱানবা কয়া, ওন্নবা কয়া, চীথবা কয়াস্ য়াওরম্বা য়াই খঞ্জে। তাক-পীরকপা খিবিক অনীশুবা খুংনমদা চুমথোকচগনি।

—শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা

## ॥ পোকথাম্বরকদোরে মৈগী চীংসি ॥

মখল মথেল ময়াল ময়াল পুনশিল্লগা শুরিবা শিংজুদুগা পুন্সিগা করি খেন্নরিবা ? পুন্সিবু শেমগৎনবা হোৎনরিবা নোংথাংগী মশক ওইরবা খোথোক্ক হাথোক্ক কয়ানা শিংজু ময়ালদুগা করিদি খেন্নরিবা ? শিংজু শুরিবীদুনা কনাগী জগৎকী চাহৈবা-চাহৈদবা মনা মশিং পুম্বা খোমজিন্দুনা হোৎনরিরদু মহাও অমা শেম্নবনি, হাউরবা শিংজুগী মহাও। অদুবু করিগুম্বদা মসিমদি তাগ্রবরা—শিংজু চারবদগী য়েমৌনবুনা মী য়াম্না খল্লায় থানগ্রে হায়বা !

পুন্সিদা হোৎনরিবা থিবিক অর্থ য়াওদবদি নত্তে। মহাও অমা ফংননবা হোৎননবা শুক্নি। মদুনা কয়াম ফগ্রবা কয়াম ফংথিগ্রবা ঐ তশেংনা খঙদে। ঐনা খঙবা হায়বদু হিংননবগী লানফমদা মীপুম খুদিংমক নীংহল্লবা নৈত্তনা হোৎতি হোৎননরি অসিনি। হোৎনবগী লম্বেল মান্নদবা য়াই মাগী মাগী অনীংবা অপাম্বা মতু ইম্না, অদুবু হোৎতি হোৎনৈ। মরমদি হিংনিংই

শরৎচন্দ্রগী হারী মচা মচা

ঐখোয়! অরাম খোয়াংবা কো'কনী ই। মী খু'দিংমক পুক্সিবু মায়ণিবা পীগেদি নী'নদে। হোয়, মায়খিবা পীনিংই, হিংনবগী লম্বেলনা মউরক্রুবদা।

মুমীং অদো ওস্কোক্লা রানা হল্লকলম্মী। লানফমদা মায়-থীরবা সিপাহীনা অফ-ফত্ত মশক থঙদনা মাগী মথ্রায়তবু হিংগদবা মফম থিত্নুনা চেল্লকপগুম ঐস্থু য়ুমতব্ য়োহৌরবদি মত্তাহ্নি। থাশিরমদাইগী অহীংনি! মস্বনা মপং কোংপা য়ারবা। নোংস্থু ভাহাক্ত লেপত্তে। পূমচোং চোংলে। লৈখোম লৈনাংনা পূমথৈ। পূমমকতু ঐঙোন্দা চঙবা নত্তে। মায়-থীরবা লানফমদ্গী খোংনবরবা রাথল নত্তনা।

—কৈগীদমক লানদ্দা চঙলুরিবা?

—হিংবা পামলবদি লান য়াওবা তাই।

—হিংবা, হোয়। নহালরাইদি পামলম্মী। হৌজিক্তি পামলকত্রে।

—কৈগীনোনে হায়রি'সিবো?

—মরমদি হিংবগী চৈফমতনা হকচাং অসে পুমথীং থীং-লবনি।

ত্তশেংনমক হৌজিক্তি হিংবা হায়বসি য়াম্না রায়। হোং-নদবদি নত্তে, কন্না হোংনবনি। ঐগী লৈজরম্বা থিবিক কংখোক-খিবনি, মওং তানা অমুক্তং হিংবা য়ারবদি। অদ্বু হোংনক্কবা খিবিক অদ্না ভসিদি উচি মচানা ওনখিবা কৈগুম ঐঙোন্দা চোংশিন চোংশিন চাররে। ককলৈ শাদ্ম শাদ্ম! চৈনা

কাওই। অদ্দগী চিংথোকখি ঐগী শিংলিগী ঈ মথৈ। খীবোং খীরিলঙ্ঘ্ ! শ্রেংপমথৈ শেংঙ্গগা চাবমথৈ চাঞ্জগা লেমহৌবা মরেক মহাও য়াওজ্রবা শরূ মপুন অসিদা হন্না হন্না মথোয় ময়ায়া খোঙপাক্লা কাওরে। নাক্রে, নাক্রে হৌজিক্তি ! সমাজগী মরক্তা লৈবা য়াদ্রবা ঐঙোন্দা চৈনা কাওজ্রে। ঐগী লৈকমদি আদ, লমশিং শিবা কাঙবুগী শরূ মপুনশিংনা থক্লো-থরো ওল্লিবা মফমদো অদুদা !

করম্না য়ুম য়োথিবা ?

উরে—শেগায়রবা, কুপ্পীবা ওমহৌজ্রবা য়ুমদুদা অঙাঙ অহুমগা মরাইবক থীরবীদুগা। বোরা তুপতুনা কাচিল অমদা লৈরম্না। উক্রবদা থম্মোয় শোকখি।

—কৈদোরে অস্মুক থেঙলফাও তুম্নত্রবদি ?

—নোংমথৈ ফম্মুংদা ওয়া চুথরে।

—লোইনা চোৎলবা ?

নীংশিংলকই—হোরবা য়ুমথকতু মনা শিন্নবা লৈজদুনা থমলবা ই-দুফাওবা মমল ফংদনা হোংনা য়োনথোকলগা পীখিবা শেল !

—চাকতি ?

—অদুদা লৈরে।

( ওসি নোংমগীদি চায়া ফাওবদি হেজ্রবা ) থল্লি। পুথোক-তুনা চানবা তৌই।

—অচোৎপা ফিদুদি হোংদোকলরোইদ্রা ?

কাউক্লরে। খোংলোই ভাইরবা খুদৈদ্রা শেংপোই মাক-শোই হোংলোকই।

কি অসি চিংনদমা শেংলবনি ঐ। ঐগীমু মতম অমদি লৈজরমী। ইমুংদা কি শেমায়বা থমগনু।

চাক চায়।

কমি চেঙলোনে?

রসন!

নুংগী নুং ওাক্ত! মসিবু মীওইবগী চিঞ্জাক। ওসিগী ঐঙ্গুশিংগী চিঞ্জক! মায়বা পুকপু থল্লবা চথোম অমা অনী-দং নম-য়োং-নময়োং য়োংলগা ঈশিং থকচিল্লি। মতমদো ......

"শেল থরদং হেঞ্জরবনু মচং ওইবা চেঙদু থল্লু। চাবা য়াদ্রেদা। অনৌ-অরাক ত্তোরকল্লু। কৌরেন আরবগী চেঙ"

"য়োংশিনবা য়াদে; মথেল ২/৩ হেক থোংউ। ইরোম্বা অমা, হরাই অমা, সবজী অমা। ওাদুনা থাওদা তাউথোকউ।"

"কোললিক অকায় অত্তোই ইমুংদা থম্বা য়াদে।"

"নুংঙাইখিদ্রেদা, গাম্ভী ওাইবদা পুং অমা হাংলে। গাম্ভী-মচা অমত দি লৈবা তারিয়ে।" .........

"কৈনো হৌগংলরোই হায়রিবরো? চাকলুক মপাম্দা অদুক বৃইনা মন্ত্র কামদুনা লৈরিবদুবু?"

ঐ থংগ্রেক থংই। মমা তংপা ত্তুকনা পায়দুনা চীন ত্তেংবা থোকই। মানা মথা তারকই, লুখাক শেংন-শেংন—"অঙাঙশিংসি ত্তুমকম খঙদ্রে। য়ুমথকতা অমুক্তং কাখংলগা

কমুং মপাদি চক্ক খাগনসিমতা চাইখৎপীরমক্ট। ওআই মখা-খংবগী ইন্দোলখোগদগী ?লেক্লবিরনি, ঐপান্ন্‌ লৌহৌ হায়বা য়াদে। ঐখোয়গী লৈতবা মরৈত্তসি উবদা।"

"হৌজিকপু য়ুমথক কাও হায়বা? মু দাংসিদবো? অমক-সিদবো?"

"অমগনিদনি কাগদৌরিবা! নোংদি মুবকমু হায়বা য়াদে! নঙবু মুংঙাইরিত্রা য়েংঙউ। কাচিন অসিদা নচা অঙমসিনা তিল্লাই খেঙ্গী চরবা বোরা অসিদা ত্রিখেক মরি তাবগুম তুমলিবসি!"

আঃ মরাইবক থীদ! ওম্মোক্লা থীগ্রবা মরাইবক হায়-বহুনি। মখোয় অঙুম পীকলবা ফি মচাহুমা অমনা অমুক চি, অমনা অমুক চিং, মাখোক্লুনা তুমলি। নোংদি অরংপা লৈতে রাংরা জম জম ফুত্রিং ফুজিল্লকই।

পঙবা য়াদে, অমম্বা অহদ্যা চক্র মপুনহুমগা য়ুমথক কা-খংলি। উরা রাচেং তেক্লুনা খোঙ পুংথৈ। অন্দাজদা চাই-শিল্লি, কমুং মপাহুদা চক্র মপুনহু। কুমথরকপদা মঙায়রি। মহাপ্রলয়গী মুংশিং অমা লাকই হুঁ! হুঁ! রু! রু! অনৌবা চাইশিনবহুদি লায়রদনা প্লুপ ওইনা ফকখি মপাক অমা। নোং মখৈ ইমুংদা লান্দারকলে তুপ! তুপ! তুমলম্বা অঙাঙ অঙুম খংনা লাউনা কপথংনরকই—রা! রা!

পুম্নমকসিবু লাইরিক লাইগু হৈরবা কুমারগী য়ুমনিকো! মাম্নি। ঐগী ইমিংনি কুমার! ঐগীস্থ লৈ য়ুনিভার্সিটিনা পীবা সার্টিফিকেৎ ময়াম। ঐস্থ হোৎনখিবনি পুন্সিসিদা হোৎনবা

য়াবা খিবিক ! ঐ খঙই হৌজিক্কী করপসন ! ঐগীসু পিখি-বনি শেনফমহ লৈজবা খিবিক কায়থোক্লনা ! অহবু কৈরোন মসিবো ? অশিবা লাইবক ! অপূম্বা লাইবক ! য়াদৌরে, শোয়দনা য়ারনি। অনৌবা শেলফম অমগী দিমাও ! হায়-গীহুদি ? মহুগী মথক্ত হাপচিল্লকউ অনীদংগা ! শোয়দনদি য়ারনিকো ? শোয়ত্রবনি ! থাদ লুপা ৭৫০।

৭৫০। কোয়া হিংইবা পুন্সি। পুন্থনা লাক্লনা ইকোক লৈপাক কয়ামা লৈতাদ্রনা লোক্কই অচৌবা শেনফম ! অচৌবা শেঙ্গোয়গা লোয়ননা।

শিরবদগী শেঙুনা চাবসি হৌজিক্কী মতমগী চংনবীনি। মসিবু তশেংনমক য়েংবা মুংঙাইত্রা ? মান্নি, হৌনশা ওইরমান্নে, চাউরবা পাম্বীদ্রনা হিংনবা হোংনবদা মনাক্তা হৌজবা পাম্বী মচা কয়া কয়া লেপকং লেপকং কংহল্লি, নত্রগা চাউবা শুকহেন হেনগংহন্দে।

ফগংলমদাইরা ঐনা অসুক ফিভম শোকলিবসি ! মান্নি। ফরমদাইদা অমুক্তং ফত্তবা। য়েংউ সরক অচৌবসি। ঙরাং নহান মসিনা শেমগংলকপদা থোকখিবা লৈনাংদো। হৌখিবা উক্কুলদো ! নুংঙদ্রমনা খোঙ থাবা য়াখিদে। ঙসিদি মীং উই-শিন্দুনা চেল্লফাও, খুদি থীরয়োই !

চুমই, মসিনা ঐগী লমজিংনি। শোয়ত্রবনি নোংমদি সমাজ অসিদা ঐগীসু মওং তাবা পুন্সি অমদি লেনগনি।

—কমদোবীবা তারবগে ?

—হোৎনরি। লোইশিনগদৌরে।

—লোইশিনগদৌরে ?

—উম !

—লোইশিনবীরোনে ?

—হেক য়াদেনে। শেল দরকার ওই।

—অদুক য়াম্না পীখিদুদিনা ?

—হোৎনরিবসি শেল গুাক্তনিনে !

—কয়া অমুক হাপলকখো হায়রিবা হৌজিকপো ?

—অরোইবা ওইনা অহুমদংগা।

—হায়গী ৭ তুগী মচৌগ্রাক পুবদা থোক তুরবসিদবো হৌজিকপু ৩ অমুকসু। হায়রিবসিনদি ১০।

"থবকপু মঙ্গল ওইরবদি চহি ফাদবা শেনকমনি। ঐগী মকম লোইদ্রিংঙসিদা হোৎনবীরমগে নাখে শেংনা। হাপত্রগদি উপ ই অমা ইর লৈতবনি।"

(হু প্পা তাবা ৩ অমগসু। নল্লবদি মাঙবা তাবা হায়গী ৭ তু। অদুদি কদায়দগী লোক্লদোইবা অমুক ? খুঙ্গং লৈকায়-সিদা অচুম্বা ঙাঙবদা, থৌনা ফবদা মীনা হায়নবীরম্বনি খুল্লাকপম কুমার। অদুবু ঙসিদি মচীন থীবদা কুমার। ঙসিদি শেল লৈখিদ্রে অচুম্বা ঙাঙনবা, থৌনা ফনবা ইজ্জৎ তৌনবা। কনাদগীনোনে ঐনা হৌজিকপো ? অদুদি ৩ রাৎপগী ৭ মাঙবা তাববা ! হু মাঙবদি শুকয়া য়াবোই ! কুমারগী অশেংবা হুমাং মরিকনা তাঙবা শেল পৈশা অঙাঙবী অমফাও মাঙবা য়ারোই।)

—অদ্দি করি থাদগী ?

—অহুমদ্বু হাপলবদি থাসিমক্তদগী শোয়দনা থোকহংবা ঙমগনি।

—শোয়বীদ্রব্রা তাইবুঙো ?

—শোয়দ্রবনিনে। পুন্ পুরকউ। ইবান্নি হেক্ত পীমিন্নসি। ঙাঙনবদ্ নঙস্ তাও হায়বা।

থাজরে। ঐ তশেংনমক থাজরে। লমহুই শিথশিন্নবদ্গী তাংতুদা থাজকই। থা ৪গী মনুংদা শোযদনা তন্না কাবীদা হন্দোকনি হায়দনা লৈন্নিবা হিঙোল মচেৎ য়ুমগা কোন্না থম্দাকলুই। হন্নাও-কন্নাও থিল্লুই। মপাক মপাক ময়ামদ্ ! মদ্ হেক উবদা, মথুংতা হেক ফংবদা ওইদ ওইরদবোই নীংই থবকতু। মা মোমোন নোকই। "মপাব-মপাক য়ান্নদি লৈরি জাংনিদনা। শোয়দ্রবনি হন্দক্তী ইবো।"

"কদায়দগীনে দা তাইবুঙো। চঙশিল্লুবগা কদ'য়নো হায়দ্না শৌরিবনি। ইকায়থাঙদগী কঙ কোংলবনি। য়ুমদা চান'হেনবা নইরবনি।"

"হয়েংদ মঙা'যরেদা ঐথোয়না কৌবগা খুমলেইদবা।"

মদ্না ঐবু শীংহোংল্লি ! হাঙাঙদ্মক্তনা চান্না হেল্লবা প্যুসিপিব্ মুংঙাই যাইফনা লেলহললি ! মফি মরোল থোনবীবা ঙংদবা ঈশি মীগুন্নবা ইচাশিং সট্ ভাই পুন্দুনা চৎপা উন্নকই। মনাপ মরা তাক ংামনা মঙকশম কোকলবী, ক্রিমন শেংপী ঐগী খ্রীব্ মহারানীগুম উহবা ঙমলি। ইশাব্ নিংথৌগুম লুনা নাননা পুক থন্না হিংহল্লি।

ঙসিদি মঙাম অহু করম তৌগ্নবা? মহমশী লাদো ঙম্না মচেৎ মচেৎ তাগ্নবা। অমনা খুৎ চঙনা শেমগৎপা উরগা খরনা মীৎকুপতা ময়ায় কল্লবা খুৎলায় খাদচনা থুগায়বা মুগ-সিগী চৎনলোননি। চহি কয়া শোগৎপা রানা থোকই। তেল্লবা খজিক্ক মঙায়রবা মতমসিদা করম্না বাযখিবা? করম্না তোইখিবা? মঙহু করম্না মঙফাওনহৌদ্রিবা? করম্না? করম্না??

মা মক্কম তারে! মথক্ক কেশ জারিরে। ঐগী করি অমুক উপাই লৈরি? কৈনো ঐনা তৌগদবা?

"শেল হন্দোকপীরো তাইবুঙো?"

হদক মরক ঐনা তোয়না হায়জবনি।

উপাই লৈত্রবা মাগী মতৌহ্দা মিন্নুংশি অমম্তু পোক-লক্কবদি নত্তে। অদুবু মানদ্দি উপাই লৈত্রবগী লৈত্রবা ঐঙোন-দগী ফোয়দনা লৌখিবা মতমদদি মীনুংশি হায়বদ পোকখিবা উদে। মীনুংশি পোকপা য়াদে ঙসিগী মুগসিদা। মানুংশি দগীদি অরাম খৌবাংবনা, লৈতলাইরগী চৈনানা হেন্না নাই। নোংমতা কাংদে চৎপগী। ঐগী ইথৌ হায়ববু অসিনি। নোং অমা ঙানবদগী নুমীৎ অমা তাবফাও।

ঐদ নত্তে, মৈত্রবাক্তা রাৎপা লৈতে। ঐগুম্বা অমতগী ওইরবদি লায়বমগদবনি। ঐগুম্বা মশীং নাইদে। লাকই, উনরৈ, ফজনা হায, থীনা হায, শাওনা ঙাঙঈ, যাম্না শাওই। পুন্নমক অক্নাগী অক্নানি। উতুপ অমদা ঙাঙবদ মঙায়। খুমদি

"কেশসি হেক লোইবগা ঐ ইফম হজ্ঞিনগনি। শোয়দনা পাঙথোকনি ঐস্থু মী অমনি। লমন চপ চানা থুমখিগনি। থা ২/৩ দংদি ঙাইনসি।"

"লোকুবা শেনফমদ্দি তুমদ্না লৈয়ু য়াদে। কমদৌবা? মসি পূম্নমক হন্দোক্করগা পূমলোই লোইরেদা"

"অদ্বু কমদৌ হায়বগে ঐবু? ঐস্থু পীখিবনি মরী লৈনবগিংদা। ঐনা চাথোকলুবা নত্তে। নখোয়গীদমকনি তারিবা দশাসি ঐঙোন্দা। নীব্ হাংকদবা মঙায়। ঐব্ হাংলগা ফগনিব্ হায়রবদি হাংত্তে কপীযু হৌজিকস্থু। মদ্না থবকতি ওইরোই। খ্বাইদগী ফগদবদি ঐনা হৌজিক মঙ্গল ওইদ্না ইফম অমুক হজ্ঞিনবা।"

, শাগংনবস্থা ঈ, ফনবস্থা থৌনা পুম্বা কৈদা চংথ্রবা? পূম্নমক তুমিন তুমিন লৈংখি। অস্থুমনা চহি ৩নথ্রে! চংপদি চংলি। উস্থু উনকই। লোংমা কাংদে। চংলুই! হল্লকই। মা মফম হজ্ঞিনবা কৌবদা মরৈখিদ্রে। মানা অস্নুম স্নুম মরৈথ্রবদি ? নেংসিস্ অস্নুম মচুথরকলবদি ?? চাবা-সিস্ অস্নুম শেনজিংলকলবদি ??? শেনবুনস্ শেল অস্নুম মথৌজিল্লকলবদি ???? কৈ! কৈ!! .. অদৈদি !!!

# শেনোয়

থোঙ্গাললোমদা পিশকমচা চঙলকপা উবদা মচান্নুপী অহল চহি ৮ তা মঙায়রিবী অদুনা য়ামনা খঙনীংনা হংখি—

—কয়া শীংলি ইমা ?

—লুপা অমা মথায়।

—এঃ অদুখক্তমক শীংপা ?

—কনানবু লৌবীগদগেনে ! থেমদুনা পীরমলিবনি। নৌপ্বাদি ?

—চাক লামলে হায়দুনা হীপখ্রে অমুক !

পীশকমচাগী মথম্মোয় মচেং থোকনা কায়খি। চহি ৪ তা মঙায়রিবা মাগী মচা অতোম্বা গুরা দগী চারা হেল্লকলিবনি। মাতা নত্তে, মখোয় অনীগুনি। মমা মচা মখোয় অহুমতগী পুন্সিদা নৌনা লুখ্রা গুইহোরবী পিশকমচানা পীকলিবা মচা

অনীবু মপূক থম্ন। শীজবা ঙমজদে। নোংমগী চারা অ-ী রানা খোকই। চেঙ তাঙবা মতমনিনা চারা নাম্মতা চারকপা মশীং নাইখিদ্রে। মচা অহলদু লৈজরমলবদি কয়াদ নুংঙাইজগবা খল্লকই। নোংদম থীবনা থবকগুবা চংখিবদগী হল্লকখিদ্রে। চীং ককপদা নীংথায়দুনা শিথিবা চহি অমা হেল্লকলে! ঙরা দগী চারকত্রিবা অঙাঙ অনীদুগী মতৌ য়েংবা ঙমখিদে। নোং হেক ঙানবগা শোযদনা চাক চাগনি হায়দুনা থেমখিবনি। নোং ঙানবা ঙাইঙমদনা মমা মচা চঙদুনা থিজবা হিজোলদগী মনা মশীং থরদ খুল্লক্তা কোয়না চংতুনা য়োল্লুবা হল্লকপদা মঙায়-রিবনি। পিশকমচানা পন্থবা তৌদনা হায়বকই—

—ইবেম্মা, ফকথাদ পৈশা ১৫ থক্তা লৈহৌবনি। সে, থুমুকসিগা পুশিনখো, ইমা চঙলরোই নৌপা হৌগংলকপনা কাল্লনি। চফু থাঙ্গংলম্মু। ইমা থুনা লাক্কনি।

মাখাঙ য়াঙবী লুপীমচা অদুনা চেনচং চংতুনা মমানা হায়বা খিবিক অমত্তা শোযদনবা লাকনৈ। কয়াদ নুংশিরবা! মগী চহি মক্তা অসিগা।

মমানা চংলমদাইদা হাযরৌই—

—থুংনা হল্লকউকো ইমা! ঐ চাক মৈ থাগংলম্লদৌনি।

- হোয় হোয়।

মচ থারবা শগোলগুম পিশকমচা চেনচং চংখি কৈথেল পানা। চংল-চংনা থনবা হৌই—

লুপা অমগা মথায়সিনা চেঙ সের মথায অমা। পৈশা

১৫ সিনা কৈদৌবা ? উম, থুমস্থ লৈরমলোই। . ঙারীদি ? করে খোকলবা লাকনি। ইহে, ইকাউবু কাউই, মোরোকস্ লৈহৌদে। লুখোইগী দুকান মমাঙদদি শম্মদুনা চংপা য়াদেশে। ম.গী বাকীদ খৌরকনি। পীথোকলগা অমুক লৌসি হায়রবস্থ গুদে। মাগীদি লুপা ৫ দগী শিকি তাবনি। কুইরবনি। লৌ কুমলগা শিংবা নংত্রবদি উপাই লৈত্রে।

মতোমতা মুকম মু'ম শোন্দুনা চংলি। অমুকস্ মীনা লৌখিগনি মতাগুম ফিজিদা পুল্লিবা পৈশাদ্ শং চিংশিন্দুনা পায়শিল্লি। খোঙথাঙদি লেপতে। খল্লকই—

ঈশ্বর অমনা বুবাবদগী শীংখিবনি মনা-মশিংশিংদ্! ঙসিদি শোয়দনমক মচা অনীগী মপুক থল্লগনি। কোয়েল চাক লোই-রগা মচা অতোম্বনা হরাওগদবদ্ মমীঙ্গা শং-শং উরকই। নাংশিংলকই—"ইমা হাউনিকো। অথোয় কৈদৌরৈ ঙা থোংনি ? মমাং ইমোথোয়দি খুতিজাই ঙা থো থোং চায় হায়। অথোয়দি গুকথোং থোংদে........ ইমা লোইত্রিবা ? চাক য়াম' লাম-লেবো। ঐদি য়াম চানি, য়াম' হাপ্প্.... ...."

ঙসিদি মহাক চাররোই খল্লে। মচা অনীবু মপুক থল্লা পীজরগা মানা য়েংজবদুনা হেন্না পেঙ্গে। তুরেলদা কুমদুনা শেগায়রবা লোংদ্ খোল্লগা মচাগী অপাম্বদুবুস্ থুংহনগে খল্লি।

শোয়দনা মচা অতোম্বদ্ হৌরমলগনি। মচেনা চক্ষু মৈ থাগংলমলনি। পিশকমচা তপথবা য়াদে। হান্নদগী খোংথাঙদগী খরগমুক থুগংলি। কৈথেল য়োরমলে। পিশকমচা কনাগী

ম্ কান্দা চঙলিগে হায়না ঙহাক খঙ্গানৈ।

"মরে, চাউভলগীদা চঙলগে" হায়না লেপলদ্না মখোঙ্ খাংবদমক হৌগংলকলি। নাকনগী হোটেলদগী ন্পা অমনা কৌরকই—

"হো ইতৈমা শিশক, অমুক্তা ঙাইবীখো।"

চংলম্বদগী চপ লেপই। হন্না য়েংখোরকই,

"করি হায়বগে ইবুঙো ?"

"পৈশা পীরমউ।"

"পৈশা" ঙাইহাক নীংশিংই। নীংশিংবা থোক্লে।

হংলকই—"পৈশা হায়বদি ?"

"তৌরন্দা খীং। পঙশিন্নবা হৈবসিনব্ !"

"করিনোনে ইবুঙো, ঐদি কাউখরে হায়বা।"

অদুগুম নচা শিদোখৈ নাবদা লৌখিবদু কাউরবরো ?"

"মদুদি শিংথ্রঙ্ম তৌবদায়নে ঐবো ?"

"মখোই হাপতেনে ইতৈমা। খন্দুনা য়েংউ, লুপা ১০ দুনা থা ১ ললোনজরবদি লুপা কয়া ওইনি ? লুপা ২ দংদি হাপলকউ হায়নখিবা নত্রাও ?"

"কাউরুরে ইবুঙো! ঐদি ইনেহুনা নচা নাবগীবু হাপংকে হাপলোই খুসি তৌরকউদা হায়বাখিবহুদা য়ারবোই নীংলুরে, অদুননি।"

"রাগী পংহায় হায়খিবা হায়বদুনি ইমানা। শেলগী হিসাবতি ঐনা তৌবনি। ঐখোয়দি পোংবী শেম্দোংনা, শেনগা শেম্দোয়না চাজবনি। কদায় হাপলম্বু।"

"ঙসিদি হায়রন্থ রাওব্রে ইবুঙো। ঙসি নোংমা রিদি লৈরগা ইতৈমা শোয়দনা পীরকলগে।"

অসি হায়রমলগা চৎকে তৌই।

"মদু য়াপোৎ নত্তেদা।"

মুপাদুনা ফিজি পায়দুনা তারৈ।

"অদৈদু পীরমউ কদায় ?" তান্নদুনা কায়। মখুংনা লামগে তৌই, ফিজিদগী শেলদু।

"মসিদি লুপা অমগা মখায়তনি। চেঙ রানগে তৌবনি।"

"চেঙ রান্নবদি লৈবা, মীগী মরল শিংদোকুবদি লৈতবা কান্নদেদা কদায় পীরমউ! মী, মমাঙদা চোপচনি।"

"মসিদদি হায়য়নু ইবুঙো, ইতৈমা শোয়দনা পীরককে। নচাশিংহ্ ঙরাংদগী চারা হেন্দনা ঙৌ ঙৌ লাউহনা লৈহৌরি। নারুবা হৌগংলকপস্থ কুইত্রিবনি।"

"ঐস্থ ঙসিগী চা কাওবা থক্লি। কদায় পীরমউ! ঐখোয়দি মীগী পৈশা অঙাঙবী অমকাও' তোনবা হৈনজদে। ঙসিগী খুলাংখাং কৌত্রিবনি। পোৎনগা পোৎ শীৎত্তবনে। শোৎতুনা থকপস্থ হৈনজদে ঐখোয়দি। অশেংবা ইরলহ্ তাল্লিবসিনি! পীরমদবা গুকয়া য়ারোই ঙসিদি।"

মীঙমজদবী পিশকমচানি। মায়খোং খেগুম লাংশিললকখি। মীংলু ঈরা চেনথরকখি। মাগী মায়খোংদা ঙাঙলৈননা কাখৎ-লকলিবা কুচু ইকায়থীবগী ঈচেলনি। মীংলুদা চেম্থরকলিবা ঈরা লাইরবগী চৈনানি। রা মচেৎ অমতা ঙাঙখিত্রে। করি

খল্লুরবনো, নীকলবা খুংনা ফিজিগী চেংনা পুক্লিবা লুপা তপ্প-তপ্পা খোকতোকপা লাক্নৈ। ভুরাংদগী মমা মচা চঙজনা তাক্ল-রকপা শেনকমত্তু পাক্ক থাদোকপা ভুমদে। ছুমাং কারবা খুবাম-নংদা মচাগী খরায় মিরেল ওইনা য়াওরিবা চেঙ সের মথায় অমগী মমল করম্না তয়াংনা থাদোক্কবা। নীংশিংলকই, ডাক্তরগী অরোইবা পাউতাক—"চাবা ফংদতুনা অঙাঙ অসি রাম্বনি। চারা হেলহনবা য়াদেকো ইতৈমা।" ভুরা দগী পীজবা ভুমলক্লি। ছুমাং কাংক্লনা লৈরমনি। পিশকমচাগী মথক্মোয় তনিক-তনিকই। তঙাং-তঙাংবা মায়খোংদা ছুমাং মরিক-মরিক কাবকই। করি উপাই তৌনি?

—"পীদো' লৈর'দি কোক হেক পীরকউ।" নুপাদুনা খংলাউ লাউরকখি।

খংপ্রেক খংলবী পিশকমচানা লুপা অমগা পৈশা ছুমফুমঙা •ীকলবা খুংনা নুপাদুদা শীন্নরদুনা হায়রকই—

—"শিকি অমগা পৈশা তরাদি হয়েং·· যাররবা?"

নুপাদুনা শেলদু তাপ লাকলগা শীং নাল্লবা নুপীদুগী ফিজিদুদা হ্.া অমুক্তং য়েংলমলগা খুনমক মাঙদা লৈরিবা হোটেললোমদা মমায় ওনশিন্দুনা খোঙকাপ লাউনা থাংজিনখি।

—"কোফি অমা অলু চোপ অমা· ।"

হোটেলগী খোঙজিন্দগী নুপাদুনা অজ্ঞাদু তম্না লাউখিবদু পিশকমচাগী নাপ্পদা বজ্র কোটি অমনা তারকপগী খোঞ্জেলগুম হম্না-হম্না খোম্থাং য়ৈন-য়ৈন তারকখি……"কোফি অমা অলু চোপ অমা·· "

---

** [ A I.R ইমফালনা য়াবীবদগী তাং ২৮।৩।৮০ ইং "খোঞ্জেল" মেগাজিনগী থৌরমদা পাথোকখিব। ]

## ** নোংম-ফাদোক **

নোংম-ফাদোক উনখিবনি লম্বী লম্মথাণ্ডদা কুমারনা মাগী ম্মচে লৌবা মবাই ইবোহলগা। মহৃদা মবাই ইবোহলনা চাউথোকনা হায়রম্মী কুমারদা—"নহাকম্মু নোংম ফাদোকম্মু মন্নাকউ, চাক চান্না অমতং ওইরবম্মু হাউনা চামিন্নসি।"

মহৃদা কুমারনা খুমখি—"লাক্কদৌরিবনি। হন্দক্কী বি, এ, গী পরিক্ষা অসিনা হেক হাঁয়দোকলকতুনা পাস তৌরকপহৃদা। অহৃগা করিগুম্বা ঐনা লাকপা থোকলবদি অচম্বা চাক-চন্না অমগীদমক্তদি লাকপা ঙমলোই। ইংলিস টাইপ পার্টি।"

"হোয়নে-হোয়নে। ইংলিসনা জর্ম্মননা লাকত-লাকউদা।"

ইবোহলনা ইন্নায়লায়না খুমদোকলম্মী।

*  *  *  *  *  *

খা খরগমুক হৌখি।

নোংমা ইথা-থাজদনা কুমারনা ঐবু পার্টি অমা চংমিন্নরুদবা য়াক্রে হায়না হৌরে। ইবান্নি চংমিন্নরে। মখোয় মবাই-

খোল্লদনি। কুমারগা মাগী মবাইখোয়গা লাপনবসি কিলোমিটর তরেৎলোম ওইগনি। মবাগ্নি মশেল মবাইবম ওইনজয়বস্ন তোয়ো খোদানবা তিন্নে হায়বা ঐ খঙই। চহি লেংগা অমতা মওইগনি। অদুবু ইবোহলনা মচে লৌখিবদগী মবাই খোকচ-খিরগী ক্লাজনি। অহুম ওইনমক হৌজিকসু কুমারদি ইবোহলদা মিংগৌগী রাকম খোইনা খনদে। মচে অদু মচা অহুম শুরবনি। মতমসি কাওবদা নমহায়গী ভাব ওইনা অদুম্মক কৌনৈ। সিগুম্বা মিংগৌসি কুমারগী মহৌশাগী স্বভাব ওইনা অদুম্মক লৈয়ক্লে।

ইবোহল মতোমন্তা পোকই। য়াম্না লম হেম্না কেনা হৌরকপনি। মতমগী শিনফম পায়বা নুপানি। জুরায়না মক্ত ওইবা শিনফমনি। মতম অম লৌ-ইশ্লোল য়োস্লোক্লগা মখ্‌ত্তা লুপা লিশিং মরি মঙা খুৎপায়শেল ওইদুনা য়াম্না গব-সবকা লোয়মনা কলেজা ফুরিঙৈ মতমদ্দা কুমারগী মচে ভানুগী খম্মোয় শুমখিবনি। ফনেক খোয়দোম শেংলিবী, মপোপ মতাং ফরবী শকহেন্নবী ভানুবু অহানবা উরমক্তদা ইবোহলসি শুক্ষৎ-খিবনি। অহুম ওইনমক ভানুনদি মতমদ্দা পিশক পিকপা, ওথেল্লোগুম কুচু মুবা ইবোহলবু উবদা কিবা পোকখি। য়াবা লৈখিদে খক। অদুবু হায়নৈ—"নুপী ওইবীগী অমুক্তং পঙথবী!" করম্বা মতমদা পঙথকুবনো? করম্না ভানুগী খম্মোয়দু কৎথোক-লুবনো? খাজদনা নোংমা মাবাগ্নি চেনপ্রে হায়বা পাউ তাখি। পাউসি তাবদা ভানুখোয়গী ইমুং-মনুং নোং খোংবগুম কপনখি।

ভানুবু শেম্বা মীশকতু থিরগা মকোক্তু মশুং মরিবু খোকনা থুগাইনিকাম্ব হায়নথি। মপা চাউত্তোনদি পাউসি হেক তাবদা ঈশিং থানথি হায় লরাইদা! "কেশ তৌনি, ইচা মশানা য়াদনা নমদুনা ফাখিবনি" হায়দুনা খোইরেন মশা পাইনথি। অদুবু মচীন হংবা চংলুবা মতমদদি ইরায়লায়না মশানা য়ান-দুনা চংলবনি খুমদোরকথি। করি তৌনবা ঙমখিদে। অদুবু কুমারগী মপানদি ভানু শিগ্রে হায়দুনা মরী পুম্বা থদংনথি। ঙসি মচা অহুম শুরবসি ফাওবদা হম্না য়েংনখিদ্রে। অতৈ অতৈদি লোম্ন-থুপ্ন অদুম্মক মচঙনৈ।

কুমারগা ইবাম্নিনা হেক চঙখিবমক্তদা মখোয়গী মচে ভানুহ মচা অতোম্বা অদু পোরদুনা মকোক মরু ইফা-ফানা ফৌ শুদুনা লৈরম্মী। কুমারবু হেক উবদা কৌরকই— "কদায়দা চংলুরিবনো কুমার? পরিক্ষা হায়দোকলবরা?"

কুমারনা খুমখি - "উম, পাস তৌরে। চাক চাবা লাক-লিবনি নখোয়গীসিদা। মখোয়দি কদায়-কদায় চংনথি? লৈতবরা?"

মচেনা হংলকই—"নবাইবুরা?"

"হোয়নে।" কুমারনা মখা তারকই। "জুরার শামবা চংখিবরা? কমল লাউ, মাম্ম রা হায়গে, বাবা কৌরুচো? সে মিথায় চাখো লাউ।"

মচেনা পোকপা চহি মঙারোমতা মঙায়রিবা অঙাঙহ চেনশিল্লকই। মাগী মাম্মগী মথুত্তগী মিথায়দু লৌরদুনা

হয়াওনা চেনখি মাগী বাবা কৌবা। কুমারনা লাউখি—

"য়াম্না থুনা হল্লকদবনি। ঐখোয় কুইবা য়াদে।"

মচেদা ওনশিনখি— "কমদৌয়ি নখোয়দি কৌ-চেঙদি লৈরিবরা ?"

মচেনা খুমলকই—"ফৌ-কা লোইখিবা থা অনীয়োম ফারক-লবনি ! চিনা পেন্ডি শঙম অমথক থাহৌঠনা খাওগং খাওলগা শমনরিবনি। নবাইনে হায়দনা তৌরিবা অসিনা মসি পুম্বসি হন্না য়েংবীবা নত্তে। ঐনা নোংম-নোংমগী খাওগংলগা চারা তম্না চাদ্রনা লৈরবনি। ওরাংদংদি ঙাঙমনবদগী মাস্ত য়াওনা পুখংমিন্নকই। মাঙ্গোল কাচিন্দগী সংবাই লিথায়খকসি থোকই।"

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা—"হায়মা, ইবুঙো ! য়ারীদা মুন্নরিঙৈদা কমস্ কমদরে। লাউ, মাঙ্গোলদা পোথাকলাউ।'

ঐখোয় মাঙ্গোলদা কাখংলে। কুমারনা মচেখোয়গী চাউরবা উনা শাবা কা মঙ্গাগী লাইখল তাবা য়ুমজাও অদুগী য়ুমথক অদু মাগী লাওরবা মমীৎ অনীদুনা লৈদুনা অমুক্তং কোয়না য়েংলুরগা হায়রকই—"ইফ-ফরিবা য়ুম অসি শেমজিনবীদবদগী নোং য়ুরেনেসে। রা-উ পুম্বা ঙম্না লৈথাঙ চারে। কনা শাথীনা তনবা থুপা হায়বদুনি।" মচেনা ওক্তুনা খুমলকই—"মদুনকা চংনবা নত্তে মঙোন্দা। নহাল নোংমগী নোং মুংশীৎতুদা মহাকম্নু থঙলবনি বোরা তুপতুনা খাঙবা। অদুবু নোংঙাম্নগা অদুম্নক মকাউথোকখি।

কুমারনা হায—"মাম্মখোয হেক নৈখিদ্দভৈদগী মাগী মনীং ক্ষমা তায়বন্ত্ ভইখ্রেনে। কৈ মাদনি রাজগদবা। হৌজিকপু মসিনা হেক তুখিবা খোকলবা অমমূক শা'বা ওম্বগী রা নৈক্রবনি।"

অম্মম্মা মচীন-মৌপ্না শমথ-শমথ পাঙাওদা ঙাঙনৈ। ঐ তুমিন্না তাহুনা লৈ। মতমসিদ কমলগা মাগী বাবাগা খোঙ্গাল-দা চংমিন্নরকপা উই। খোঙ্গালদগী হৈনা ইবোহলনা মাগী চৌরবা ঙৌরবা য়াতোল উৎলহুনা কৌরকই—"নখোয় লাকপা কয়াম কুইরে?"

কমারনা খুমখি—"ফনা বুইরে, পুং অমতুম ফারমলনি। ঐখোয চাক চাবা লাকলিবনি। করি করিনো শিল-লাঙগদবা তৌহসিনে। পুং তরামাখোই তাশিল্লকলে।"

মচেনা মবাইদা ওনশিন্দনা— "অঙাওশিংদি চাক চাবা লাকলি, করি য়েঙ্গা বু খোংগদৌরিবনো? করিমতম্মু লৈতে।"

মবাইনা মাঙ্গোল কাখৎলগা হায়রকই—"এঃ অরৈ অরৈবা হেক্কা থোংউ। চংলো ইরুজরুরো, থেঙগ্রনি।"

"ঐ ফৌ স্থবসি অমুক্তা লোইশিল্লুখিগে, সে অঙাওসিদমু ঙাহাক্তা পমলম্মু।" অঙাও পীশিলম্মী নমদুনা।

মবাইনা অঙাও পমলগা হায়রকই—"ইস! ওসি নখোয় লাকপসিদি করি পীজনি?"

মদু তাবদা কুমারনা পম্বা তৌদনা খুমলকই—"ওসিদি ইংলিস টাইপ পার্টি তৌদবা যাদে।" হাসি তাবদা মবাইগী মকোক্তা বজ্র তাবগুম খোকখি। হায়রকই—"শেলসু মনামতা

পায়দে। ঙরাংদগী পং হেক তংলি। কমদৌসিগে ?"

কুমারনা খৌশাদনা খুমখি—"লাকপরা পুবরা ঙসি নোংমকদি।"

ইবোহল্ বিজুলা চুখি। মতুদা লাউখি—"হায় লুপা কুনমঙ্গাদ পীরকউ। করি করিনো খর লৈননবা।'

"লুপা কুনমঙ্গা" হায়বা রাহেসি তাবদা ফৌসখোঙদগী ফৌসরগী জ্ঞানু ফৌস্নবা লেপখি। শাওরংননা শুক খাদরগা খুমলকই—"ঐঙোন্দবু লুপা কুনমঙ্গা হায়বা? ঐদি কদায়দগী?"

ইবোহলনা ইরায়লায়না খুমখি— "নহান নোংমা ঐনা পীখিবা লুপা বুস্থাহুদি?"

ভানুনা খুমলকই—"নুমীৎ তরানিমুক্কী মমাঙদা মীগী শেন্দোল-থুমদোল শিংননবা পীবমবদবু হৌজিক্কা পাখৎপীরকলিবা? কুঙ্গাহুনা কোয়দদুনা মথা থংবগী ইবোক চাউবীখোয়গী লুপা অমা মথায় তোন্দুনা লৈহৌবিবনি। ঐনকা পৈশা অমগী মান চাথে কউপোৎতে।"

"এঃ ফবেনে। কে থ কোথ ক ঙাঙখিবসিনবু!" ইবোহলনা শাওরংননা রাতেনশিল্লি। মকোক খোত্তুনা শোল্লি "ইস, কমদৌসিগে?"

থবক শোয়গদবদু উবদা কুমারনা নোৎশিল্লকই—"হুঁম! নখোয়গীদুনদি চংনবা য়াররোই। পুংসি য়াম্না থেঙজিনখরে। করম্না কান্দ থোংলগা চাগদোরিবনো হায়বা? পুংদি তরামাথোই মথায় তাশিনখ্রে। পূবরা-লাকপরা……! ঙরাঙ

নহাক্লদা লুপা ৪০০/৫০০ লৌই হায়বদায়্নে ?"

"মহুসা মফম খঙহৌপোং নত্তরে, অমগী খর; অমগী খর....
শেল হায়বসি মখোঙ খঙদবা জাংনিদা। মখোঙ য়ামপ্রবা।
ইস। লুপা কুনমগ্রামুক্কুং খিননবা উপাইসিদি......." ইবোহল
ৱাসি হায়রগা মকোক পঙখোংত খোংলি। ঐদি ঙসাইমখৈ
রাগী মচেং অমতা ঙাঙদবমখৈ তুমিন তায়্নদগী তৌনরকলিবা
ইরাং অদু উবদগী ওস্বোকনা চংনিংলকলে। করিন্নুংগী বুমায়না
হাযবা ইন্দুনা লাকচরমলিবনো খনখি। অস্নুম্না ঙাহাক তুমিন-
তুম্মিন লৈনক্লবা মতুংদা ইবোহলগী থৌরবা মমীং অনীদুনা
মাঙ্গোল কাচিন্দগী ফৌ শংবাইদু উখি। "ও !" হায়রমলগা
খুগাপপা কাপলদুনা মাগী নুপীদা ওনশিল্লগা লাউখি—"হায়
তারিবরা রা হাযগে লাউ। ফৌ শংবাইসি তাইখোকপ্রো !
ঙাইরবনি।"

মদু তাবদা ভানুদু মনাতোন চক্নমুক চ উংথোকলদুনা
শাউরংনবা খুমলকই—"ঙুংঙাইবীবেদকো ইবুঙো। ফৌ শংবাই-
সিমখক লৈবসিদা অমুক য়েংশিনবীরকলবা ? নচা ময়ামাস
কদাযদগী করি পীজগে হায়রিবনো ?"

"এঃ রাসি য়াম্না ঙাঙনখরেদা।" ইবোহলনা শাউনা খুম-
লকখি। মখা তাখি—"অঙাঙশিংদি ঙাইদুনা লৈরে। মী পঙনা
লাকউ হাযবা য়াবা নত্তে। নোংম-ফাদোক লাকপসিদা ওন্থোক্লা
রাখঙখিপ্রে নঙসিমা।"

ঙাঙনরিবদ্ তাবদা ঐ হুমা অনপ্পা কা ই। ঐগী ঞেপতা য়াওরিবা লুপা কুনদ্ ইতোমতা তত্তনা য়েংই। মত পীখ্রসিরা খল্লি। অদুবু কুমারনদি করিঙ্গু থৌ-রা শাদনা লৈখোকলি। মাগীস্ লুপা কুম্ত্রামুক য়াওরিবনি।

মচেদ্ অমুক খুমলকতরে। কৌস্ুবা লোইশিল্লগা ইমুংদা চংখি। ফি মতেক অমতং মকোক খুমবোই লাকপোই তৌর দুনা থুনমক মমাঙগী য়ুম পরেং লৈরিবদ্দা চংখি। ঙাহাক লৈরগা লুপা কুনমঙাখক পুরদুনা লাকই। মদ্ পীরগা হায়রকই—"সে লুপা কুনমঙাসি ইবেন্নলদগী পুরকলিবনি। হয়েংমক পীগে হায়রমলিবনি। লৈত্রবা কান্দনা লুপীনি হায়দুনা ঐঙোন্দা কিং-কিং হেক্তা নম্বা। .শেল-থুম খর ফংলিংঙদনা ঐবু উহন-নিংদবা। কৈদোগে ঐনা হায়বদি খর ফংলিংঙদ্দা ময়াম-ময়াম চঙদুনা চাথোকমিন্নগদবগী শরুক অচৌনবা মতমদা শিজিন্ন-নবা ঐঙোন্দা লুপা ৫০/১০০ দস্ শীন্নবীবা য়াইদনা। কৌক-কা তাইবা য়াব নত্তে। নচা ময়ামসি করি চানি? হয়েংমক শিংনবা কোংনৌ!"

ইবোহলনা রা তেনশিল্লি—"ফরে-ফরে। নঙনা হেক কোথ-কোথ ঙাঙবসিনা সত্য! উম, লুপা কুনমঙাসিনা করম্না শীনবা। মখা থংবগী পোংতু কুনমঙাদগীদি তারোই হায়মাগ্নে, অদুদি থিরুগদবস্ু মতমসি য়াম্না থেঙত্রে। থাউ থুম… হিদাক লাংথক। লুপাসি য়াংথৈমুক্তংনা শিল্লবদি হেক্তা মুংঙাইরদৌনি।"

"খঙবে-খঙদে,' নঙনা থোকপা শীজোনে। তংখায়-তংখায় শীরমলগা শোংশরা লাকপরা। পুংসি যায়' কেক্কো।" কুমারনা মবাইবু থৌই। মবাইস্ অঙাঙ খমলমলগা মমাঙ পাংনা থোকখি। মচেস্ চাক থোংননবা ঊকনা থোকখি। অঙাঙ অচৌবহ মপাকী মতুং ইন্নখি। য়াইমহুনা মমাগী ঊকনবদা য়াওগনি হায়দ্না চংখি। কুমারনা অতোম্বদ্ পমহৌই। মাক্কোল্লদ্দা ঐশ্লোয় অহমদা মঙায়হৌরে। কুমারনা মতম্বাক্তা অঙাঙদ্ পমখংলদ্না মনদা নুংঙাইনা মথুং যৈরন-যৈরদ্না ঊশৈ ঙংলকই। ঐদি ঙসাইমথৈ কুনগংলুরবা খরদ্ চনিং তানা অমুক্তং শাংনা হোম্বরগা তুমিন্না অদ্ম্বক লৈখি।

তাং ২০।১১।৭৩ ইং

## অহেনবা ঈ

তাং ২০।১।৭৮ ইং। অয়ুক পুং ৭ তাবা মতম।

ঐস্মু প্রপ-প্রপ ফি-রোল শেংচিনবা হোৎনৈ। গাড়ী ভাড়া লৈতন্থুনা মপীনা কোইচেল চেন্দুনা লুপা ৫ দং ফংলকখ্রেল হায়না লাকপত্থু ঐ কয়দা খুংংঙাইখ্রবা। শিংবগী রাদি পুববু ফংলবদি থোকলবা অমা লাকলনি। চহিসিগী জন্ রারী থা লোইনিং লোইমাংদমক তৌরকলি, কোংতা হাপলিবা ফোত্থু ৩ থোকপগী ২ দি লোইশিনখরে। লুপা ৫ দং পুরুবা অসিগীস্মু মনিদা ঙাইনগদৌরিবনি। অহুবু করে, মখোয়দা ঙাহাক য়োকুবা ঙম্মবা লুপা ৫ থক্তং ফংলকপসি নুংঙাইনিংঙাইনি। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ বারী সম্বন্ধ পুম্বা অম্বাবা তারবা তাইবুঙোগী মনাক্ত করি কমদৌবা হায়না অকুক্তং হ নররবনা শুমাং মাঙোল চোনখ্রবা

শরৎচন্দ্রগী রারী মচা মচা

মতম্‌সিদ্দবু ঐখা ছুমিন লৈখোকপা য়াত্রা ? ঙসেংনমক তাই-বুঙোখোয়গী ইমুং অরাবা তারবনি। সিদগী হেন্না য়ানিংঙাই করি অমুক লৈরিবগে ? মৈত্রবাকসিদা ঙসিং লৈরবা শেঙাও পায়বা তাইবুঙোনা অরাবা তারকপসি মতোমতগী নত্তে, মাগী মরুপ-মপাং মরী-মতা পুম্নগীগুনি। থম্মুবদা মীৎলুদগী পি শিন্থনিংঙাইনি ! চহি কয়া চঙনা থরায় কয়াগা ওস্থোকনদুনা শাগ্রবা মোগোল নিংথৌরেল সাহজাহানগী তাজমহলনা করি-গুম্বদা মালেম লৈন নীংথায়দুনা তাথিবা খোকলবা সাহজা-হানগী মফমদা ফংগদৌরিবা অরাবা অদুদগী শরুক লিশিং হেল্লগদবা খৌদোকনি হন্দকী খৌদোক অসিদি। হৌজিক ফাওবদা মঙ হায়বদু ভুইরমলবদি ফগনিদা থম্নরিবনি।

উচিন-নাচিন্না অঘুকী পুং ৮·৩০ তারকপা মতমদা ঐহাক তাইবুঙোখোয়গী অচৌবা হোজংদা খোঙ কানশিনবা ফংজে। লৈবু লৈরমগদ্রা ? উনববু ফংগদ্রা হায়না য়াম্না কয়া চিংনদুনা লাকপনি। লাই অমনা কুবীবদগী লৈদি লৈরিমাল্লে হায়না খল্লি। মাগী মপান মচুম চাজহনা মৈত্রবাকসিদা অচৌ অশাং; ইনাক-কৈরাক থুনবা; মতীক মঙাল লৈনা তৌবা ওন্বা শাজ-রিবা তাইবুঙোগী য়েৎকী ওইগী পাম্বোমময়াম ওম্না তিল্লমলে। পৃথিবী পুম্নবু মপাঙ্গল মথৌনাতনা নমথগে হোৎনরমবা নেপো-লিয়নগী মমাঙদা মাগী অকল-অথৌশিংনা মরু লুক্না য়াকা ঙাইবগুম ; তাইবুঙোগী পাক-চাউরবা শঙ্গায়গী গুমাং মাঙ্গোল চোন্না জিপ, কার, স্কুটর তোংহনা লাকপা মীওই থুদিংমক

পাক্রেং লেংবা লৈপাক্লমদুনা মখুং লোইরবা তাইবুঙোনা য়াম্না ঙাইহন্দুনা লৈরম্মী। তাইবুঙোনা মালী চাওরবা ইঙ্খি, লিংলেবা মাকোল অদুদা মখুং থুংখ্রবা হক্তং-হক্তা চত্তুনা লোংলবা খুংঙাইতবা ময়াম অমা লোংনোকখি। ঐহাক্না তাক্লামদুনা চঙখিবদু তাইবুঙোনা উবীরম্ব খাই, উবীরম্মদবা খাই ঐ খোইকা প্রক্রীং শিংজিল্লুরে।

তাইবুঙোনা চংলকদগী লৈপাক্লমদুনা হায়—"মখোয় খুদিংমক্ত নক্রিবোং পান্নবা ঙাকতনি।" ঐ ভু খ্যাঙ চুংখি। ময়াম পুম্নমক হায়নদগী হেক্ত মক্ত থুকখদুনা ভুমিন ভুমিন তানখি, তাইবুঙোনা মখা তাখে— "ঙাক্লবদুনা কায়দে, থবক ওইনা পাঙথোকলকপদুবু মপা থোকপা ক্লোগদবা। ……নহানদগী মখোয় কনামতনম্ব ঐগীদমক্ত করিগুম্বা কান্ননিংঙাই ওইবা থবক অমতম্ব পাঙথোকরক্তি। ক্লোজিকম্ব ঙাঙদৌ শরুক; লেপতৌ শরুক; পুখো ময়ামশি—নং' নং' থোকপা অয়াবা মখে হোংনক্ত ফংখায় মাঙবীরা, শরুক ও তাবীরা! ঙসিনা লোইরবনি! ঙসিনা অরোইবা!!"

অদুদগী মথৌনা লৈবা শাবা তাইবুঙোগী য়েংকী পাম্বোম খর চঙখি। তাইবুঙোনা নহানমখৈ থরায়গুম থমজরমবা মপাক ময়ামদু ইকেম কোম্না পুথোরকখি মপুন-মপুন!

মঙনি! ……তশেংনমক মঙনি!! মদুমক মঙদা নত্তনা অতৈদা উরোই! থক উবা ফংলোই! চৎলুরে বেঙ্কতা কয়া! উপ্রে সিনেমাদা কয়ামা! মফমশিংদুদা উদি উখি মখা তাবা মপাক কয়াগী মপুন্দি!

করম্না তানখিবনো অন্নুক য়াম্বনিদি তেল্লবা মতমলিদা। "সে ৬০ সিম্না নহাক লাইবক য়েংলু!" মমাং কৎবা খুপাম্বদা লায়না পীখোকখি। মথং-মথং খীম্বুনা য়েংলখি। খাজী য়েংকী পাম্মোম কয়ামনা পুথি লাইবক য়েংলুনবা লুলু লক্না কয়াগী শেনকম। অম্নুদগী মশা অদু ইহৈ-হৈনদনা তুমিন কমথখি! খুম ফুইনা হোনদোকখি।

মপাক ময়াম অদুগী মরক্তগী স্মুপ্পতগী ১৫ খক্তগনি ওসিগা থানা নুমীৎ ৫ নিমূক্কী মমাঙদা ঈথৈ চাম্রবা করবা লৌ পন্নি অমতং লৈবীয়ু হায়না ঐনা ঐগী নুপীবু থাক্কবা! অদুবু "শেল 'মনা অমত্তা লৈতে, লৌ লৈবা ঙমখিম্নোই" হায়দুনা শিখাঙ খাঙখিবা! ঙসিদি তাইবুঙোগী অদুক য়াম্নবা চাদ থক্কনা তাললকপা শেলয়ামদু মাঙলবা! তশেংনমক মাঙলবা! খল্লুবদা জ্ঞান মাঙই। ইতোমতা ঙমাং মচি অদুদা মঙ মঙদুনা ঐন্নু তুমিন ফনা কুইনা লেপত্নুনা লৈ!

অশীৎ অরাম্বাগী অকনবা নুংশীৎ অমা মকম মরাং ইখঙ খঙহৌদনা মায়কৈ অদুদা উ-উ শীৎচিল্লকই! মথাথংবা লৈপল-দা হৌরিবা পোপতেক য়ৈরবা য়েন্থৌশিং অদুগী চামোর মালবা মপান্দগী তেরানা আকাশ অসি পুম্মম মম্না পাইথোরকখি। ঙমখৈ লৈত্রবা মালং অসিদা পাইখি। অদুদগী মথোয় খুদিংমক অকনবা নোংলৈ নুংশীংকী মাঙ থানা থানা অরোই অথম নাইত্রবা অতিয়া মকোয়দা লমজেল তাম্ন-তাম্নরদুনা মীৎয়েংগী রাংমা লানম্রে।

মতম ভুইনবী মমাঙকী য়োয়পাক অমতং ভুজগে হায়না মঙ মঙজককপা মথাথংবগী চাউখোইনা মথম্মোয় শোক্লা মথুঙা থাক্লোল অমগা কাপ্পি পানবা চৈশাং অমগা, পায়রদুনা লাউরকই হৌনা—"ইহে ! লোইনা পাইখোকখ্রেদনা ! এশা....!!"

চাউখোই আকাশ অদুদা মমীং কুপতনা য়েংদুনা লৈ।

তাইবুঙোম্থ আকাশতুদা য়েংহুন লৈ ! মাথী মকমদা পাইখোকখ্রবা জেরা মক্লোল খুদিং মাগী ঈগী ঈচেল ওইরম্বা লিশিং চংশীগী মোট ভ্রাক্তনি ! মাগী চেকশিন্না থমজরবা য়োংকী উপু মনুংদা মচা অতোম্বনা চঙশিন্দুনা লোংলগা ময়াম্বা তম্না লাউরকখি—

"তামোচৌ—কে-কু !"

তাং ১৩।২।৭৮ ইং

ড্রামাবু মুংশিবীবশিংগীদমক লৈজরে

শরৎচন্দ্রগী নাটক

## —জাং তিন্নদ্রবী মেহরু—

( Base on the novel Mehru )

## ॥ মন্ত্রিনা রিভিয়ু তৌখি ॥

* * * * *

মৈত্রবাক্কী লেখক।

রাক্কমসিমক হেক পল্লকপদা নীংশিংনৈ—বিভুলা চুরবা মীওই অমা! রশিয়াগী রিপাব্লিকতদি কনাগুম্বা মুপা নত্রগা মুপী অমনা অইবা হায়বা মিংথোলসিমক পায়জবা শুমলবদি সমাজদা মাগী থাক রাংনা লৈরে। অর্থনিতীগী ফিভমদা য়াম্না ফরে। য়াম্না ক্কবা নত্রগা ফত্তবা ওইরবস্থু পোংথোক অমত্তনা মশোন্দা রুবল লিশিং থরগী মপূদি ওইহনবা লায়না শুমই। মৈত্রবাক্কুদি লেখক অমবু ওইক্করবদি অহানবদা মচীঞ্জাক চাজবা ওইরমলগনা চারা নাম্ম হেল্লকপা; পুদ্না লাক্কুনা ফোঙলুবা লেখক ওইরগনা মীগী মীনায় অমুক্কুং ওইবদি মশোয়গ্রে। মৈত্রবাক্কবু অনৌবা লাইরিক অমত্তং অক্কবব্, ওইরবস্থু ফত্তবব্, ওইরবস্থু নৌনা ফোঙলকপদা হরাও হরাত্ত ফুরীৎখাওদগী শেল পুথোক্কুনা লৈনবা লাইরিক হৈবা মীওই কয়া লৈগ্রবগে? খুৎ থেক্কুনা পাক্কবদা ত্তিংথোকলুবা খুৎশা তরা গুনা থেকচিনবদা

শরৎচন্দ্রগী রারী মচা মচা

খর রানা থোক্লনি। লৈবাকসিদা ঐস্ মীনা শকখঙবীরা-শকখঙবীদবা লেখক অমদি ওইশিন্নুরে। য়াম্না রানা চহি খুদিংগী লামায় ৫০ সংখ্ ওইরবস্ লাইরিক মচা অমতংদি পুথোক্লবা হোংনৈজে। হৌখিবা চহি খরস্ থৌজান হৈরবা সরকারগী পাব্লিকেসন গ্রান্ট অমদি পরচেজগী মপাম্না তেক তেক লাইরিক মচা মশু খর পুথোকচরকলি। গ্রান্টকী মতেংনা ফোঙজবা; ফোঙবদা পুথখিবা শেনফম পরচেজগী খরদং কংজরকপনা শিং দোকচবা। কোপি খরনা নোঙ-চৎচহুনা স্কুল কলেজগী লাই-ব্রেরী, তলব চাবা বাবু ভায়া, অফিসার অমদি ওঝাশিংদা য়োঙজবা! মহুদগী ফংলকপা খরনা শুপী অচাং অমদি ইশাবু হিংননবা হোংনজবা। লুপা ১'৫০ পীবা লাইরিক অমগী থা ৩ শেল থোনবা চৎপা মমৈথঙদা অথোবনা ইকায়হনা তোক্লখিবা ১০০দা ৫০ দি ওইরমগনি। মৈত্রবাকী লেখকশিংগী লাইবক কয়াদ ফগ্রবা!

চহিসিগীসু মার্চ এপ্রিল য়ৌরকপদা মৈত্রবাক্কী লেখকমখৈ ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টতা থোইরেন মশা পাইনৈ। হাকুম থাগৎ-খিবা খুংই লাইরিকশিংগী পাব্লিকেসন গ্রান্ট থোকপা নত্রগা থোক্তবা, মাগী মাগী লাইরিক য়াওবা য়াওদবা; খঙনা চান্নবা কেরানিশিংদা চা, চুরুট, পানা লানশিন্নহনা মহৈ-মহৈ য়েংনৈ। করপসনগী রাকম থোইনা নত্তে, চুমতা অইবশিংগী মরাইবক সেলেক্সন লিষ্টতা য়াওবা য়াওদবা; লুপা কয়া গ্রান্ট ফংবা [illegible] অফিসী সাগয়রকনি। মুহোন কেরানিগী টেবলদগী অমা

চঙ্, অনী চঙ্ষ য়েংলে। থরাগ্ন খুংঙাইনা খোয়রকপা, খুংঙাই-তনা ওোয়রকপা মথল-মথা নিংগ করথারসিংদা হৌথিবা চহি ৫/১০ গী মমাঙদগী হৌনা শকথঙনরকলবা মুহোন কেরানিনা ঐনা খোঙজিন ময়াদা অচং-অওক লেখক অমদি অফিসকী মীওই-শিংগা চিন্না লেংথৈনদুনা লিংশিনগদবগী হোৎনবহ্ হেক উবদা মাগী চৌকিদা কয় কয়া মোকলদুনা লাউরকই—"অদোমগীদি য়েংবীব্রবব্ধ খারেদা। চা গ্নাস অমতদুম্ব পীথকলম্মু!"

"অওইব্রনে মুহোন বাবু! শোয়ব্রব্রনে?"

"ঐনা ওইদবা হায়কররগা অদোমনা ঐগী লমচৎ অদোমগী মথঙগী লাইব্রিক অমদা য়েকপীরকলবদবু ঐ কমদৌদগে?"

ইবাম্মি হৌনা নোকমিম্নৈ। মাগী মনাক্তা চঙশিনদুনা লিষ্ট ফাক্তুনা য়েংমিম্নৈ। সেঃ নং ১৫৬ (লাইব্রিক মমিং) অইবা শ্রী সিংহ, গ্রান্ট লুপা ৯৫৫ পৈশা ৮৫।

"চা থকলুসি মুহেন বাবু" ঐনা হায়খি।

"লঞ্চ তাগদবা মিনিট ১০ দা মঙায়রে।"

ঙাইঙমদনা ঙাইদুনা লৈ ঐ। ফুরীংখাওদগী গোল্ড ফ্লেক পুথোক্তুনা লাম্নি।

ঙাহাক্তী তুংদা ক্যান্টিনদা থোক্তুনা চা থকমিম্নৈ। মানা চা অমুক্তং চুপলদুনা হায়—"অদোমগীদি চহি খুদিংগী অমদি শোয়বা লৈতে।"

"অদোমগী কৃপানি" ঐনা খুমখি।

"হ্নাফমদু ওম্নরে!" মানা খুমলকই। মথা তাথৈ—

"মীনা তারগা ডিপার্টমেন্ট অসিগী অথোরিটি ( খনবা/খঙ্গবগী ) ঐ ওইরবোই নীংথিগনি ! মসিদি অদোমগী লাইব্রেরী ষ্টেণ্ডরড অদ্ তনি হায়না লৌবীয়ু। হাবী অবীগী রা হৌজিক ফাওব-গীদি ডিপার্টমেন্ট অসিদা লৈজত্রি।"

"ফাগী তৌবনিদা! মদু লৈরমলবদবু লাইরগ্রবা ঐনা হৌথিবা চহি ৫/১০ সি করম্না গ্রা-ট লৌবা ঙমলুগনি!" ঐনা খুমথি। মখা হংথখি— "মুহোনবাবু, শেলদি করম্না মতমদা য়েনথোকপীগনি ?"

"ঙসি ১৫ নিমুক লৈরগা লেঙবীরকলোনে শোয়দবীদ।"

"য়াম' ফুংঙাইজে। প্রেস ঙাঙনবা য়ারেদনা। বোরা অশাবসি অমমমতংগা চামিন্নথিসিদনা।"

"য়াম্না ফবা রানি।"

অস্মুম্না চামিন থকমিন্নরগা অরোইবা ওইনা চুরুট মচে অমমম অমুক থকমিন্নরগা ইবান্নি কায়নরকখি!

* * * *

এপ্রিল তাং ১৫।

মুহোন বাবুনা হায়গুমলদ্না পাব্লিকেসন গ্রান্টকী শেনফম অদ্ ঙসিদি য়েন্থোকলগনি হায়বা পাউ তারে। ঐস্থ চাকঙন চাত্নুনা অফিস তম্না হাইগৎনবা শেম শারে। হোরেল শেল ফংলকলগা শিংনবা হায়ত্নুনা পূরুবা লুপা ১০ না ঙসিগী গাড়ী ভারা, রিক্সা ভারা, খরচ পুম্নমক কোন্ননবা শিন্দোকই! রিভি-নিয়ু ষ্টাম্প-অমতংস্থ পোষ্ট অফিসতগী লৈশিল্লি। হোরেলদি

অফিসকী পোৎয়োনবীনা অহায়বা শেল লৌহৌগনি হায়রুনা। সোই-সাং তৌনবা কলমনচিংবা অরাং-অপা পুম্বা য়েংশিল্লবা মতুংদা শ্বর-পুংকম য়েংগুনা ঐহাক অফিস তম্মা চৎলে। বা-জারদগী মতম কুইনগী মরুপ অরিবা চন্দ্রকুমার ( মাম্মু অইবনি ) মু থেংনদুনা চৎমিন্নরে। মাগীম্মু কুমসিদি লাইব্রিক অনীবু তুনা য়াওই হায়। পুন্না লুপা ১৫০৫ তাই হায়। মাইথোংদু মোমোন নোকই। মানা থর হেন্না মরাইবক ফবনা রিক্সা ভারাদু মানা অদুম্মক পুথোককে হায়। ঐসু চাং তাবা য়াদে খন্দুনা ঐনা পুথোককে হায়। ইবান্নি ইন্না কাওনা তৌনরিঙেদা মঙোন্দগী অচোংবা লুপা অমদু রিক্সরালানা লৌগ্রে।

চাং তাবা য়াদে খন্দুনা চন্দ্রকুমারবু ক্যানটিন্দা পুশিন্দুনা চা হান্না থকমিন্নে। ঐখোয় অনীমক চাবা থকপা লোইরগা কেসিয়াবগী কাউন্টরদা চঙশিল্লি। মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নে। ফোর্ম লৌদুনা মেনশিন্নবা হোৎনরকপা মতমদা সেঃ নংগী মতাংদু চমমনৈ হায়দুনা লিষ্ট অদু য়েংলুই। মুহোন কেরানী থবক কন্না চিল্লম্মী। মঙোন্দা হাযদে ঐনা অদুম্মক তাপ লৌদুনা শৎ শৎ ফাকই। চাউরাক্না য়েংথে শর-শর। য়াওবা উদে। নহান নোংমা যেংখিবা চেদুবু মসি নল্লনে? অমুক হন্না যেংই—য়াওবা উদে। থবাক্কী মিহুন দং-দং হুল্লকখি। মায়দা হুমাং মরিক মরিক কারকখি। কুপ্পা অমুকা মশিং থিথগুনা যেংবা লাকনৈ। ঐগী ইতৌহুদা ওসাই মখৈ ফাইল কন্না শুগুনা লৈরম্বা মুহোন কেরানীনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকই—

"অদোম্বগীস্ য়াওরজনে লিষ্টতুদা ?"

ঐনা খুমখি—"মসিবু মহাকনগী লিষ্টতু মরুনে মুহোন বাবু ?"

—"নত্তে।" মানা কলম চিক্তনা মথা তাথে—"ঙরাংদা অমুক নৌনা থোকপনি।"

—"অদুদি য়াওদ্রেদনা !" হমাং অনপ্পী তৈথোক তৈথোক্লা ঐনা হংখি—"মসিব্ কমদৌখিবা জাংনো ?"

—"খর ককথোক ককশিন তৌখিবরা ? ঐখোয়সু থৌ-দৌসি লুমন্নবদ্দা অনৌবা ওর্ডরসি য়েংবফাও য়েংলুদ্রে।"

—"কনানা কমদৌখিবনোনে মুহোনবাবু ?"

—"মহান্দু ওর্ডর থোকলমদাইদা মন্ত্রিনা রিভিয়ু তৌগদ্নি হায়দ্না ডিপার্টমেন্টতগী লিষ্ট অদ্ লৌখি। ঙরাং অমুক ন ননবা থাদরকপনি। লাইরিক ৫০ মুক্তি ককথৎপ্রমাল্লে !"

—"নোংমগী মন্থংদা স্ক্রীপ ২৫০ রিভিয়ু তৌবা ঙম্বা নৈবাক্কী মন্ত্রিসু নৈবা জাং ওইরে………." খঙহোদনা ঐগী চীন্দগী শোন্দোকখি।

তাং ১৪।২।৭৮ ইং

## ঃ কলাকার ঃ

হন্দক মরকসি নোংমতা কাংদে সাবিত্রিনা মাগী মুপাদা ভাঙলিবা, চৈরিবা, শকলিবা। লোন্না কয়ানি। কোংনা কয়ানি। অদ্বু মদ্ পুম্বা তুমিন্না তায় মোহেনসি। তৌবগীদি কলাকারগী হৌনবা খর মথক্কোয় ঈংগনবা হায়বদ্নি। মাগী মুপীগী হন্দক মরক্কী মতৌসি কনাগুম্বা নুপা অমা ওইরম্লবদি সাবিত্রিসি মপামদা নহান্না য়োৎমলগনি। অদুবু লৈকায়নদি হায়নরি মোহেন মতে মনাওসি গুসি ফাওবদা নোংমতা খংন-চৈনবা তাদে। লৈব-লৈতবা, চাবা-চাদবা তুমিন-তুমিন য়াম্না চিন্নচান্নরা ঈংনা লৈমিন্নে। অসিগুম্বা লৈকায়গী ফজরবা উপাধী অসি পান্মুবনন্না, মতুব্ কিবনরা, নক্রগা খংনবা হৈজদবনরা মোহেন গুসি ফাওবদা তুমিন লৈ। মা মচেৎ অমতা ঙাঙদে। মথোদি লেপ্পা লৈতে। চংলুই, হল্লকই ; তুমলে, চারে। ঙাঙজে, চৈজে হায়বতুমগ্ডায় নোংমগী চাক চাকলুক অমদি অতুম্বক থাকুনা থমলম্মী। মোহেন্দ্রসু খন্দবদি নত্তে খল্লিবনি—মানা

শরৎচন্দ্রগী মারী মচা মচা

শেলনি হায়বা পৈশা মরি পুশিল্লক্লিবসি চহি অমা কাজিল্লক-দৌরে। অম্লক শাংলবা মতমসি কম্দোনা মাগী ন্পীনা থাকপনো ? কদায়দগী ভানবা শেলনো ? ঙাঙন-ঙাঙন ; শক্রু-শক্রু সাবিত্রিনা পুরকলি চাউরবা ইমুংগী ভারসি। মখোয় অনীতম্ব নত্তে, মচা ৩ মুনি। তৌবগীদি সাবিত্রিসি মথুং মশা য়াম্না হৈ-শিংই। মতম-মতমগী থবক ইনখাং শুই নোমই, শেল থোকদবা। এমব্রোইডরী বার্কস, রুমাল লোনবা, ফুরীং লোনবা, ফনেক মপাল লোনবা, মতম মতমগী মশক থোকপা ডিজাইন। "মেছিন অমতংবু নৈজরবদি কোম্না ইমুং পুবীগে" ইত্তং হেক তংতনা সাবিত্রিনা মাগী নুপাদা হায়খিবনি। মসি-মকনা ইমুং পুবা ঙমগনি থম্মুনা মোহেননা লায়না থম্দোকলম্বম্ব য়াই।

তাং ১।১।৭৭ ইং।

নৈবাকসিগী শকনাইবা খবর কাগজ অমগী থিয়েটরগী কলম অমদা ফোঙদোরকপা থেংনৈ—"নৌরিবা কলাকার মোহেন্দ্র-গী অভিনয়বু য়াম্নমক এপ্রেসিয়েৎ তৌই। লৈপাকসিদা 'সিঙুম্বা তুংগী আশা তৌনিংঙাই ওইরবা কলাকার উবা ফংবসিমক ঐখোয়গী লাইবক ফবনি........।" ক্রিতিকসিমক্কী মরাহৈসিনা মোহেন্দ্রগী থম্মোয়দা অনৌবা কলাগী ঈনোং অমা হাপকং-লকই। নৌনা য়েন্নীং চোংলকই। তুংগী আশা তৌনিংঙাই ওইরবা......." হায়বসিমক্না মাবু মিহৌহল্লি। শিব-নাবা কিদনা

হোৎননিংলকই। রিহাররসেন তৌকমদগী সুমিদাং থেঙন-থেঙন হজিল্লকই।

নোংমা নমিদাং অমদি সাবিত্রি পাক্লা থোঙ হাংদোকউ হায়রবা য়াররমদে। শুকখুম খমদে! কৌরিবমখৈ খমলকতে। কাইনথংদা থোঙ নমথেক্তে হায়রবা হেক থাকলবা মতমদতা থোঙ হাংদোরকই।

—"কৈগীনো থোঙ হাংত্রিবদি?"

হায়রকেং শাউবা মোহেন্দ্রগী য়াঙাঙনি।

—"কৈদৌ হাংঙনি?" সাবিত্রি কৈস্থ খৌশাদনা খমলকই।

—"কৈগী? নত্তে, ঐবু কদায়' লৈয়ু হায়রিবনো?"

—ড্রামা তমফমহুদা নতুশিংহু কোন' লৈ য়াড্রাও?"

—"কৈনোনে নঙ' ঙাঙলিহুবো?"

—কৈনোদি কৈনো?

—তুমিন লৈয়ু মী' মমাঙদা ইকায়।

—কৈ ইকায়বাইদে? ড্রামা তৌবা নঙনবু ইকায়' খঙত্রা?

—কৈনোনে নঙ' ঙাঙঙিহুবো?

—কৈনোদি কৈনো?

—তুমিন লৈয়ু চৈ চারক্কনি।

—এঃ নঙ' ফুনবা লৈরিবোরে। নচা কোকথোঙ অমগা; ঐবু নঙ' মীনায়রো? শেল কয়া পীদুনা লৈবা মীনায়নো?

—ফুরকত্রিঙৈদনে তোকউকো।

—ফুনে!

—কৈনোরে হৌসিরো ?

নূপা ওইবা মোহেন্দ্র মখন্গী মশা খেক্নুনা থাওই। চৈ য়েংই। লৈমি লৈ—ক্লাচিন্দা থোঙলোটে! মহুনা কুরবদি খর থিংখিবল্লু য়াই! থঙ্গাগনি! ইংগনবা কল্লা হোংলে। মতুনা লাঙবদি লেপতে। চাকশঙলোয়দা তুমিন চঙখি। থালি তারবা চাকশঙহ্ য়েংলুরগা—

—কৈনো তৌরিসিবো ?

—কৈনোদি কৈনো ?

"কৈ!" হায়রমলগা চঙখি। শাউনা চঙখি। মহাপ্রলয় অমা থোকলক্কদবা মাল্লি। ডিসেম্বরগী ঈপ্রবা নোংয়াই চবুক্তা ঈশিং পুন মাংখোক্নুনা ঈশিং চাইশেল্ল অমা হৈরগা গং-গং লাউনা তেংনা থকতোকই। অদুদৈ হনথপ্রয়াল্লে মাগী অশাউবৈ ডিগ্রী! ইংবনা মশাদু চিংশিল্লবগুম থক থক নীকলদুনা থোরকই। মতুনা ঙাঙবা অমুক থুমলমদ্রে। শাগংলম্বা ঈ উন তরেৎতগী হেল্লা কমজিনগ্রবগুম তুমিন কমুংদা হিপথখি।

—হীপ্পকা য়াল্লোই! (মতুনা কমুংদগী মরাবু চিংখোকই।)

—কৈদৌ হায়রিবা ?

—ঐবু থিল্লমখো।

—হৌজিকপু কদায়দা ?

—ঐগীন্সু য়ুম লৈজেয়ে চাউনা।

—তানিংদে। (ফিক্লক থুমজিল্লুনা তুন্বা খেম্মী।)

—তানি দবা শুকয়া য়াল্লোই। (মতুনা কৈজুপতু পুল্লপ খোমজিল্লগা লংখোকখি থাপ্লা)

—ঐ ঙাহান্তা পোথাগে।

—পোথাগেস্থু নতুশিংহ্নু'ই মনাক্তা পোথাক। কৈদৌ হুনজিনবীরকুইনো হায়বা?

—ঐ হুয়ক্নুগা নঙ নরা ঙাঙনগেরা?

—মংক্লৌ' লমচৎ নাইদবা মানত্রো?

—নং হাতনা হায়রানে। কায়দেসে।

—ফরেনে ঐবু দি থিল্লমখো হায়বা।

—চুংনিংলগা চৎথোদনা নখোঙ পাম্নি নত্রো?

—য়ুমসিদা ঐবু কনানা পুরকপল্লো?

—অদু থিগৎলগা কৈকায়নি?

—লৌরমদাইদা পুবা হৈবদৌনা থাইনবদস্থু থিনকম থোকপনি।

—মদুদদি ঐ হৈনিংই। হৌজিক্তি তল্লে। নত্তে, নঙবু চুমনেনা লাকইনত্রো?

হৌজিক্তি ঙমত্রে। ঐ নঙবু শুকপাম পামজত্রে। থীরে। মী পুম্নমকনা য়ুম পাননরিবসিবু ঐদো তৌনরিত্রা? নঙবু নুপা অমনেনা য়ুম পাল্লকলিবা ঐগী ইরাইবকসি থীত্রেদা! নঙগুম্বা নুপা থেংনদৌ শরুক মপোক তরেৎলক্তা য়ুম পানবগা থঙদদনা লৈজগে। নত্রগা নুপী ওইনা পোকচরোই। নঙনা থল্লিবু ঐসি মীনায় ওইনা লাকপোই নীংবরো? মীনায়মক ওইরবস্থু তলব পী, চানবা পী, ঐগীদি কদায়? নঙনা ইমুং-সিদ্রীদমক্তা পৈশামরি পুশিল্লকপরা? নচা অহমগা নতুগা,

নম্বাগা, কৈ চাহুনা লৈগে হায়রিনো? নঙবু খল্লবরাও? মুমদোমপোক, শেগায়রবা খঙপোকসিদা ইমা ইচা ঐখোয় মরিদা খুগ্ন খোংবগুম অহীং খেঙন-খেঙন লৈবসিবু কিয়োইদবোই নীংত্রা? নঙদি নতুশিংহুগা অভিনয় তৌনরিঙৈ, রাসকী খুংথেক কোংশদা নীংশিংবীরমলোই। কৈ অহুবুদি, 'খুম্না অশিবা ওইনা লৈদৌশরক খোকহেক শিদোকঅ লোইরে। ইচাশিং'ই থর খন তৌনি। (হিক-হিক কপখোরকই।)

*　　　*　　　*　　　*

তাং ২৫।১।৭৭ ইং।

ড্রামা ফেসটিভেলগী মনা মথুম।

"সর্ব্বশ্রী মহেন্দ্র; চহিসিগী বেষ্ট একটর।" তকমাগা লোয়ননা সার্টিফিকেৎ, মন্ত্রিগা খুৎ শোকনৈ। ফোটোগ্রাফ লৌবগী মৈঙালনা ফৎ ফৎ। ময়াম্না খুবাক প্রোকপ্রোক খুই।

ইউনিংকী মীওইশিংনা মহেন্দ্রবু রাংনা থাজংলি। কনগ্রেচ্যুলেসন! খুৎ শোকনবগী, কোন্নবগী লোইবা খম্বা নাইদে। মথঙ থাদ পাঙথোকলুগদবা নই দিল্লীদা উংলুগদবা ড্রামা ফেসটিভেলগী সেলেকসন.... কনগ্রেচ্যুলেসন!

মুংঙাইবা কোঙদোকপা সভা অমা ইউনিংকী অফিসতা নুংমিদাং পুং ১০। ........টি পার্টি কনগ্রেচ্যুলেসন....হয়েংগী খবরদা ফোঙদোকপা! ওল ইণ্ডিয়া রেডিওগী খোরমদসু ঙসি নুংদাং য়াওগ্রে। .......নুংঙাইবগী মুংঙাইবা ঙাক! মওং ঙাবা টি পার্টি অমা....কনগ্রেচ্যুলেসন....। হন্দকী নই দিল্লীগী

কেসটিভেলসিদদংগা যেহৈ এঙ্কর লৌবা ওমলবদি ওল ইন্ডিয়াগী কলাকার। `লৈবাকসিগী অদুথোইবা থবর কাগজ, অকাওবা ক্রিশুভিক্কী রিভিয়ু, এপ্রেশিয়েং। ....মনা মথুম....মিংচৎ....

করয়া মযুম য়োরকথিবনো হায়বা থওহৌদে। নুংঙ্মিদাংগী পুং ১ তারমলে। ওসিদি মহাক্কী য়াইকবগী পাউজেলনা মাগী ওাওগল্লবী সাবিত্রিবু হরাওহনগনি। ঙ্গংলকলিবা মনা মথুম ইজ্জৎ সন্মান থিবিক মাগী নুপীগীশু মমায়নি। ওসিদি মহাক্কা শোয়দনা মায় পাকপা ওমগনি। মাগী নুপীবু রা ওাওহন্দবা ওমগনি। ফজরবা সনাগী তকমা য়েংহনগনি। মাগী নুপীদা থুদোল পীগনি। কয়াদ ঙুংঙাইরবা।

কৌই, থুমদে। ( মা শাওরম্বা য়াই, থওন্দদুনা )

থোঙ নমলুই, থংহাং হাংদোকই! ( ও! পুনা পাল্লমদ্রেদনা কাউরমাল্লে! নত্রগা শাওহুনা থমলমলবা জাংনি, হৌগংপা তনবদে। )

মৈশু মমই। ( থাও লৈরমদবা য়াই। ) মৈথেং থেংলি। চঙশিন্নুনা পোদোন চুথংলি। মচা অহল চহি ৬ তা মওায়রিবহুনা মপাবু উবদা কপলকই।

"কৈদৌরে ইবোহল?" চঙশিল্লি। মথোয় ৩ দি ইশিশিনা তুমলি। মফি মরোল মকম থওদে, হৌদোকই। "সাবিত্রি! সাবিত্রি!"

"ঐথোয় ইমা শুকথুম থুমদে!" ইবোহলনা কপনা কপনা মপাদা তমই।

কৈশ্রীনোঙ্গ ?" চঙশিন্নরক্লা মুশা লোমল্লই। ভইং-ভাইংই। পোব হোদ্রে। মহিং মহোক্নু মকম মরাং অমতা থগুদে! মহেক্স ফুমিন নুংশী মরিগুম লেপতুনা লৈ। ইবোহল্ল পাংকপতা কুপই।

তাং ১৬। ১৩। ৭৭ ইং

অহানবদা মথোয় পোকলকখিবনি মালেমথক অসিদা মশাগী অধিকার লৈজনা! অহবু মথোয়না মপুম মরৈ ফারকলবা মতম অদুদা থগুখি মদুদি— মীওইবা সমাজ অসিদি ওইদবা আইন কানুনতনা কুপলমলে! মীওইবগী অধিকার মাঙহল্লমলে! বন্দিগুম লৈরমলে! হিংবগী মহাও য়াওরমজ্রে! অস্থুম্না হিংবগী মছুংতা পুককবী মালেম লৈমগা অমতা ওইনা তিনশিন্নখিবদু পামল মথোয়গী দিহেশিংদু! মথোয় লেপলে মমৈথংদা চংলুগে হায়না...... ছংল-থানবা লৈত্রবা অচিকপা মকমদুদ ... ........

.. কদায়দনো মথোয়না চংলিবসিবু ??....

পাবীয়ু— শরৎচন্দ্রগী অনৌদা থূদোল—

—ঈশৈ অমগী স্নুর—

[The love story of two immortal lovers]

# =শোক্লরুবা য়াদবা=

"মঙবু ইতৎ-তৎতনা অসূম্না হেক-হেক মাঙবসিবু কদায়দা চৎলিবনো ?"

"সোমোলাহ্ন ওম্বোক্লা ৱাৱেবো ।"

"উম ! মীগী অৱাবা য়েংবা চৎপা ? নঙদি কয়াম মুঙাই-ৱবা ? য়ুমদনা অঙাঙ ঙাক্কা ছন্দোকলমলগা ; ঐগী থবক চৎপা মতম ওইরে হায়বকাসি কাউরেনেকো । পুং কয়া তাব্রে ? চাক থোংলব্রা ?

"সোমোখোয়গীস্থ চাক থোংনবা চেঙ নৈহৌদ্রি । ঐ মমা-মচাগী মতৌ উবদা ওম্বোক্লা হুংঙাইব্রবনি ।" মথা তাথ-ৱকখি—"চেঙ খিঙংহুম থিনবীক্লসিৱা ?"

"নঙনা থোকপা তৌ" ঐ পুক্লীং কয়া খোয়জংখিদে । মথা তাখি—"অদ্‌গনে নঙ মীন্নুংশিদি চাউমল্লেকো ।"

*    *    *    *

কয়ারকনি রূপা ( ঐগী নূপী ) না অসূম্না চীকমাঙ-চীকমাঙ হেক হেক মাঙবসি । তৌবদি ঐনা মফমসিদা পোষ্টিংদা

শরৎচন্দ্রগী ৱারী মচা মচা

লৈরকলিবসি ওসিগা খানা চহি ১০ কারকলে। মকমসিদা লৈরমলিবা খুদিং, অনৌবা অরাকপা খুদিংমু মাগা তোরো-খোদানদবা য়াওদে। মাগী করম্বা মীবু খোনবা হৈবা গুণ য়াওবনো? হেক্ত তিন্নখি ত্রো-ত্রো! করিগুম্বা মতমদা খম্বন চাউবা রাখলনা শেরায়না খল্লুবসু ময়াওরকই! অদুবু মদু-মকত্তি ঐগী অরানবা রাখল ওইগনি খল্লুনা কাখখি। মাগী হৈনবীনি, কেমিলি বজেং শেম্বা য়াদবা হিসাব লৈতবা মুম্বানসি মহাক য়াম্না হৈনৈ। করিগুম্বা মতমদা ঐনা নুমীৎ মশিং কল্লা নত্রগা খর ওইজনবা অপুনবা য়েক্সাং লৈশিল্লকপা, চারা অনী শুনা চাবা ফংদে। য়ুমলোন কৈরোম্নবদা, য়ুমদা কোয়রকপা মীদা, নত্রগা কোয়কৌ কৌদুনা হরাও-হরাও য়েনথোকখি অদুগা মানা চাউথোকচনা নোক্লা য়েংদুনা লৈহৌই। করিগুম্বা মতমদা মশাগী চানবা লৈজবা পোৎতু কনাগুম্বগী হেন্না দরকার লৈরবদি মত্ত পীথোকখিবদা মাগী থোইনা চিংনবা পোকতে। অদুনা ঐগী কাটরসিদা করিগুম্বা মখলগী পোৎ অমতা ঐনা হেন্না লৈজরকলবমু এক্সত্রা হায়বদু লৈতে।

মসি মাগী হান্নদগী হৈনরকপনি, ঐ খঙই। অদুবু হান্নদগী হন্দক্লা অমুক্কা হেল্লি, মাগী কংথোকপগী চাং। কনানো মাগী সোমোসিবু! কয়ামুক য়াম্না মাগা নুংশিনবা মক্লপনো! অয়াম্বা মতমদা মাবুদা হায়দুনা মরৈ।

নোংমদি —

“মহাক মরাইবক থীবদগী থীরবী নুপী অমনি। চহি ২৮

তমক মঙাম্বরি। মচা অনী লৈ। লুপ্রা এইহোবে। মাগী মমাগা পোকমিম্নবা (অহুস, অশেংবেদি পোকমিম্নবা নত্তবা) মাতুল অমগী মনাক্তনি মানা মপুন্সি লেম্নবা লাকলিবসি। মাগী মাতুলদুবু খঙদত্রনে? কুঞ্জবিহারী কেরানী! কাটর নং ২২ দা লৈবদো। মাদি থার্ড গ্রেডকী কেরানী মচা অমনি। মচাসু য়াঙ্গোল অমা। মদুদা মমা-মচা মথোয় অহুম অমসু থোমংজিনবা। ঐ ম্বেংবা ঙমদে, তশেংনমক ঙমদে।"

মহাক নুংশা শোর মপী শাংনা হোম্নখি। মনা কুইনা চাউরবা চীংদুম অমনা নম্নক্নবদা থাঙবমুক ম্বানা থাঙচুরগা মানা মথা অমুক তারকই—

"তলব ফংদোবা কম্নাম ম্বাংলি?"

"হয়েং ফংনি।"

"হন্দক্কী লুপা ৫০০ দং থংবীথিসি।"

"এঃ কৈগী? কৈগীনোনে অহুক য়াম্নবো?"

"লৈ, মরম লৈহুনা হায়রিবসিনি।"

"ঐ কলিকটাদম্ব চৎতোইবো হন্দক্কী।"

"কৈনোনে? মহুগা তলবকা করি মরী লৈনৈ? সরকারগী টি, এ, ডি, এ, ফংগদবা নত্রাও? পীরমদবা য়াদে।"

"লুপা লিশিং অমা থমলমগনি। ঐ থা অমা হল্লকলোই। ইবুঙোরা কনানোমা হয়েংদগী কৌরু। নঙনা থোকপা তৌ।"

*　　*　　*　　*

ক্ষেংদ চৎলান হায়বা ঙমাংতুগা অহাং অথেঙবা। মাপা ঐবু চেৎনা কোল্লগা হায়রকই—

ঐ বা অমা হায়গে ?

হায়য়ু।

সোমো মমা-মচা ঐখোয় য়ুমদা থমলসিনা ?

এঃ কৈগী ? লুপ্রাবী চাজেনবীহুবো ?

মহনা নঙোন্দা কৈস্নু কায়রোই।

কায়দবা থবকনি। মচাও-মশুও।

“মচা অহলদুদি পুপ্রেয়ে, অনীমক পুগনি তৌবদা অতোপ্ব-দুদি থর চাউরগা পু হায়দুনা মমানা য়াদবদগী থমলম্বনি, মদুস্মু পুপ্রদপোৎনি। সোমোসি ঐ য়াম' ঙুংশি। নহাল নোংমসু মাগী মাতুলনা ফুবী হায়দুনা মত্রিং-মত্রিং পোম' লৈরম্মী।” মা শুৎ-শুৎ কপথোকখি।

“কৈগী ফুবীরিবা ?” ঐনা হংখি।

“কনানা থঙনি ? মাগীদা থর ওৎলৈ-নৈরৈ 'সিনিদনা। মা'ই মাতুলদসু উখুলদা পোষ্টিং তারে হায়গুমসু তৌই।”

“নঙ মীগীদমক রাবীবা হেনমল্লিকো। মখোই-মখোই থোকপা তৌনজনি। সে তুমলসি। য়াম্না থেঙক্রে।”

ঐ তুমথনবা কন্না হোৎনৈ। মা করি করিনো য়াম্না হায়-ঙৌই। ঐ মথা তারমদ্রে........।

*   *   *   *

থা অমগী মতুংদা ঐ কলিকটাদগী য়ুমদা হল্লকখি। ঐখে য় কাটির ময়ামহুগী মমাঙদা য্যাম্না নামনা মমায় লংবী মৌ নহা অমস্থু পান দুকান কমলমলে। অনৌবা ওইবা•তাই। চুরুট উপু অমতংদুম লৈখিগে হায়দুনা চঙলুই। অহানবা হেক উবদুদা ঐ মাবু মাং কুপতনা য়েংদুনা লৈখি—ফনা কুইনা। পুন্সিদা অমুক অনীরক উনগ্রবা মাঙম ঐগী থম্মোয়দা তত্তনা ফাওরকখি, য়েংনিংহল্ল। মহাকস্থু ঐবু উবদগী অহানবদা মোমোন নোককে হোংনরম্বনি। চুরুট লানথোরকখি, পাঁ তপখি, পুংয়ান য়েংবা ঙমনখিদে। মাগী মীংয়েংদুনা ঐঙোন্দা মরক-মরক্ত লোম্ন লোম্ন হূদুনা য়েংলকনবা হোংনরকপা মীং-য়েংদুগা ঐগী মীংযেংগা থেংগায়নবগী অকনবা চৈনাখোলদু মাগী মায়থোংদা ঙাঙলৈননা হুমাং মরিবকা লোযননা ফাওরক-খিবদু ঐ তশে. ত.শংনা উখি। নীংশি·লকখি—

"নহাকপু স্থূর্মিলা নত্রংনে ? ঐনা লানবনরা ?"

ঐনা ফনা কুইনা খল্লবা মতুংদা হংখি রাহংসিমা।

"উম।" মানা মরু ঙমজবমখৈ লুকধরগা তেল্লবা পাউ-থুমসিমা থুমলকখি। মশাদু য়াম্না রাই চিননা উখি !

"নঙদি 'সিদদি কমদোনা ?"

"ঐখোয় মামগী মনাক্তা লৈবনি। মখোয়স্থু উথুলদা পোষ্টিং চংগ্রে। উপাই লৈতবদগী হিংননবা হোংনবা হায়হুনি।"

"ওঃ ঐগী স্থূর্মিলানা রূপাগী সোমোলা ওনখিবা" এনা খনখি।

"মহু খঙলমলবদি নহান্না মাবু ঐগীদা থমসি হায়রবহু য়ারমগদবনি।" থম্মোয়সি তয়াং তশোয়খি।

"পানাসিমতা তামো।" ৱাখলনা উংলিবা ঐঙোন্দা পানা মতপ অমা লানশিল্লকই।

"ওঃ পানা চাউরা?" হয়াওনা পানাহু লোই। হায়খি, ঐগী থেগ ক্বাকল-ক্বাকলদুনা "ঐখোয়দা অমুক্তা কোয়থোক-লকল্লিবদি করিগীনো? সে, লিচুগা সেপকাসি খরা লোহো।"

"[illegible]দা তামো" মানা উইহে লোন-লোন মখা তারকই— "তামো নহাকসি ওস্লোক্লা নরাইবক কৈ, রুপাসি কয়াদ লুংঙাইজ-রমগবা!"

"ক'মদি তৌনি? মতম অমদা রুপাবু লুহোংঙমদাইদা নঙনা রুপাগী মহুৎ শিন্নবা 'না কয়ারক তক্লখিবা নত্রা? মতমদুদা ইবান্নিগী খুদোংচাবা কয়ামরুম অমা লৈরম্মী। অদুবু নহাক্তনা পুম্নমকতু নানথোকহনখিবনি।"

"ঐনা অদুম তৌরমলবদি রুপাদি করি ওইনি মতমদুদা?"

"রুপাগীদি হেন্না মরাইবক ফরমগনি।"

সোমো ঙকপনা থম থেংখি ঐগী ৱাদু তারগা। থম্মোয়গী ৱা কয়ামরুম লোন্না লোন্না পাউথোং চন্নরিঙৈ, তুংলোমদগী ঐগী রুপানা হায়রকই—"ৱারমলনি লেঙশিল্লসি!"

"তাঙ্গা চানা য়োরকইদা!" ঐনা খঙহৌদনা হায়দোকখি।

"সে স্থংকেশসিদু্ম পুখো।" ম্র্মিলাম্ ওনশিনদু্না "চংলগে"।" মা খু্মবা ঙমদনা মরু লু্কথদু্না লৈহৌই।

য়ুম য়োরগা ঐগী কাদ ফি-রোল লোইশিন-লোইশিন।

ঐগী রূপানা হংলকই—"করি রারিনো সোমোগা শানরমলিবদু্ ?"

"অরা মুংঙাইগী! হৌরবা খৌদোককী!" ঐনা খু্মখি।

রূপানা শোর মপি অমা শাংনা হোত্থরগা হায়রকখি—"হয়েংমক ঐখোয় মকমসিদগী চংখিদবা য়াদ্রে।"

ঐনা ঙক্না হংখি—"নঙনা হায়রিদু্বো কৈনোনে।"

মানা শাউনা খুমলকখি—"চংত-চংলসি হায়রিসিনি।"

তাং ১।৬।৮০ ইং

কনাগী স্বরনো তাম্ব তারিবা............

কনাগী ঈশৈনো ঈথক হৌরিবা....

পাবীয়ু শরৎচন্দ্রগী অনৌবা উপন্যাস—

## —ঈশৈ অমগী স্বর—

## *॥ ওরাং নুমিদাংৱাইরম নোং মংখদে ॥ **

তোলহলবাবু ময়ামগী তাইবুঙোনি। চহি ৮০ তামখৎলকলিবা অহলনি। সহর মচা অসিবু কোল্লিবা লৈকায় ৫/১০ সিদা মীগী সন্মান ফংজরিবা তোলহলবাবুনি। করি মরমদগী মঙোন্দা ময়াম্না তাইবুঙো হায়বসি কৌনরিবনো হায়বদু থোইদোকপা খঙনদে। চীন অমদগী চীন অমদা তাইবুঙো, মাইবুঙো, খুড়াইবুঙো চীম্থাং যৈনখি। থোইদোকপা মাগী গুণ অমদি, তাইবুঙোসিনা সভাপতী ওইরমদবা মিটিং, মনা-মথুম য়েন্থোকপা, কলা অমদি সংস্কৃতী, লৈকায় খুঙ্গংশিগী অপুনবা ওইনা পাওথোকলিবা ( সহর মচাসিদা ) থৌরম অমত্তা ক্যাংবা থেংনরোই। মসিমক্তা ওইবা তাই ঙসিস্থ তাইবুঙোসিনা কৈজোম তোমাল কাওদুনা চুরুট ফৈনা চিংলগা লেঙলকলিবা লম্বেলসিদা নহারোল ফুরুপ অমগী লুচিংবা ওইনা চহি খরদং লৈশিল্লবা রমানা ঙাইতুনা লৈরিবা।

—নমস্কার তাইবুঙো।

—নমস্কার! কদোমদা ইবুঙো?

—তাইবুঙো উনজবা লাকচরিবা।

—এঃ তাকপিসি।

—হয়েংগী ঐখোয়গী পাঙ:থাকচসনদোরিবা চাকলেন য়াওবা সংস্কৃতীগী থৌরমসিদা তাইবুঙোব, সভাপতী ওইবীনবা বার্ত্তোন অসিমত কচনিংহনা। (বার্ত্তোন লানশিল্লি নবা অমনা)

—ওঃ (লৌরগা ফাক্কে কুনা পাই) অয়ুক পুং ৭ তগী।

—অহোয়।

—যবে যবে।

—তাইবুঙো, হৌজিক্কা কদোমদা লেঙবীগদবা ?

—ফিল্ম সোস ইটি অমা লিংখৎপগী মিটিং অমতং য়াও-জকগে।

—লেঙবাসি লেঙবীসি।

মযাম পুম্নমক মাগী তু ইনজনা চংমি থি।

মতীক মগুং লেরবা তাইবুঙেসি গান্ধীজী, নেহরুজীগী মতমগী সেবকনি। ঙসি ফাওবদা মৈতৈবগী মচু তাবা ফৈজোম, পৃমযাং মোজাক বীং ইনকি শিজি রি। মাগী নো মগী ফিজোল হাযবব অসি মঙায। মরক মবক্তা মুগাগী রাসকাং নমই (অইবা কান্দা)। হেক খঙলকপদগী উবকপদা ফিজে লসিদগী হেল্লকত্রি। থোইদোকপা অমদি অচম্বা যিংবোল অসি ঈশিং মনম তানা শেং-চাবকপা তংতনা থেংনৈ।

নুমীৎসিগী মুংদাংরাইবমচু তোলহলবাব, হাথু হাথু মযুম-লোমদা হল্লকই। মযুম হেক য়োবকপগা মফি মরোল থুনা

হোংদোকলগা মচানুপী অহল কুঞ্জেশ্বরীবু কৌখোকলগা হায়—

"ইবেম্ম-ইবেম্মা। ইপাগী ফি-রোলসে জৎরিদা অমুক্তা ওদোক চামথোকলু!"

কুঞ্জেশ্বরী ইঙুক-ঙুকই। মপুক্কীংদা খল্লি—"মুখিদাংবাইরম-সিদবো!" অক্লবু খুমদে। তুমিন্না অহুম্মক লৈ।

"পাবুং হয়েং মিটিং অমা লৈ। চমোং-চমোং চংপা য়াদবা। চংলু ওকৎরিদা ওদোকলু।"

"মিটিংগীদমক!" বুঞ্জেশ্বরীনা ংরুম-ংরম শোল্লি। মাদি অশি-অনা, অমাং-অশোয় শোকলুহুনা হায়রিবোই নীংই। মতোমত্তা নোকনীংবা ফাওরকখি। ইমুংসিদি করম্না হিংলি হায়বা লৈকায়সিনা খঙলমগনি। অদুবু মহাক্তী মপাবুং তোল হল সহর মচা অসিদা লৈরিবা লৈবাকমচাশিংনা ইকায়খুম্নরিবা নুপা অমনি। ইমুং-মনুংগী রাদি থোইনা পল্লবস্থ য়ারে। মমানা থোকপা থাকলি! উচান মৈবা থান্দুনা য়োনবা মনা-মশীং; য়েঙ্গাং-নাপীদগী নোংমগী ফংলকপা শেন্দোংনা। করিগুম্বা মতমদত্তা নত্তনা তোয়না তোয়না চাকখুম লৈরং মৈ মুৎপা পল্লুদুনা কায়দে।

*　　　*　　　*　　　*

মথঙগী অয়ুক অঙনবহু তোলহলবাবু ওস্তানা হৌগংলি। লিভুল্লা মতুম মতুম চুনা ফমল্লি। চুরিদা চেন্থরিবা য়ুমগী শাইদগী তারকলিবা অরংপা লৈত্রবা নোংলিশিং য়েংলি। পীক-লবা ঈচেলগী অকনবা ঈথক-ঈপোক মরক্তা য়াংনা তাওথরিবা

কোঙ্গোলগী কুমহৈ অঙাং মচাঙুম মমীৎ কুপতনা য়েংলি। করি খল্লিবনো মহাক ? মাঙ্গোল কাচিন্দা য়েঙ্খোগী পোক্লাংখোক্তা য়াল্লিবা মচুম তপ-তপ তারিব্ম থারবা মৈয়্যেরংগী ককীৎ- কৈজোমদা অমুকন্থ য়েংই। মদুদগী তারকলিবা "তপ-তপ লাউবা মখোলদু তারগা ঈংলবা নোংজুগী, অয়ুক্তা মশাপুম্বা ছমাং অনপ্পী কাংই। অয়ুক্নী পুং ৬ তারকলে ; উপাই নৈত- হঙ্গৎহন্দা চত্তুনা থাঙই।

থঙহৌদনা থোঙ্গাললোমদা ওতোরিক্লোগী মখোল অমা তাখি। মহাকপু লৌবা লাকলম্বা ওইবা তাই। লোৎপ্রসিরা খল্লি। খল্লিঙৈদা রমানা শাত্তিন খন্দোক্তুনা কুমথরকপত্থ উখি। শোয়দনা উরমললি ! উপাই নৈতে। মাহাক য়োরকপা ঙাই- ছনা লৈ।

নমস্কার তাইবুঙো !

নমস্কার।

"পুং ৬-৩০ তাপ্রে। লেংঙনবা তৌরসি। নোং চুবসিদা খুদোং চাররোই থঞ্জহনা ওতোসি পুজরকলবনি।"

"ঙসিসি তোক্লসিরা খন্দুনা লৈজরমলবা" হায়কম থঙদনা হায়দোকখি তোলহলবাবু।

"করিগীনিনা তাইবুঙো ?" রমানা ঙক্না হংলকখি।

"হকচাংসি ওস্থোক্না ঙমখিদ্রে।" শককম খংহন হঞ্জিনখি।

"করি রানো তাইবুঙো !" রমানা শাউমনখিবনা মশা থক-থক নীক্না খুমলকই। মখা তারকখি—"লেঙবীদবা য়াদে।

প্রোগ্রাম শেম্বদা তাইবুঙোনা সভাপতী ওইবীগনি হায়দুনা থৌরাংজপ্রবদবু !"

"উপাই নৈতে !"

"মমিংদা ওইনা লেঙলুসি তাইবুঙো।"

"চৎপ য়াবগী খুদোংবু নৈরবদি ঐগীদি থোইদোকতে ! অদুদা উপাই মাঙখ্রেনে ইবুঙো ?"

"ঙম্মীরোইদোবা নৈবীরবদি ঙরাংনা শেংদোকপীরমলবদি পেঙ্গরমগনি !"

"করিদি তৌনি ? নোং অসি চুগে হায়না তাকলমদে ঙরাংদি !"

"ভাব অমা তাজখ্রেনে তাইবুঙো ?"

"তু।" ( মচুম তপ-তপ তারিবা মাঙ্গোল কাচিন্দা য়াল্লিবা ফুরীৎ ফৈজোমদা থিল্লহনা।) "ঙরাং নুমিদাঙ্গাইরম মিটিং মফমদগী চুটি তংখায় লৌবগা নচাবু শুদোকহনবনি।"

"অশুবা নত্রবস্থু অতৈ ফি-রোলকাদি ?"

"নৈতে।" ( মগুৎ খৎলকই )

রমা রা ঙাঙফম খণ্ডদে। শোর মপী শাংন শাংন হোন্দুনা ঙাহাক তুমিন লেপই।

তাং ১১।২।৭৮ ইং

## অয়ুকী নুমীৎলৈ

নুমীত্তু ঐ ফি-রোল হোৎদোক্লুনা ইরুজফম কাদ চঙগে তৌবদমক মঙায়রি। নংহৌরোইদবগী মতাগুম অরাক অথঙগী মীকৌ অমা—

—বসন! বসন!

—কনানো ?

হন্না য়েংথোকলুই। উরুকই, থাজরুদ্রবা মহাক অহু। ঐবু উবদা ময়া ইঙৌ ঙৌনা থিন্দোক্লুনা হেক নোকই।

"রমেন, ডিয়ার।"

পাউখুম অমমুক ঙাইনদনা ইবান্নি চেৎনা কোমশিন্নে। মানা শাউনা হায়রকই—"কৈপীনো ঐবু খঙহল্লকুবদি ?"

"নহাক যুমদা লৈত্তে হায়বা তায়, অহুননি।" মাবু শাউদনবা খুমখিবা ঐগী পাউখুমনি। ইরুজদনা অমুক হঞ্জিল্লক্লুনা ফম্মিন্নরে। মায় মায় ওনশিন্নে। চুরুট থকমিন্নে। ঐনা কলিকাটাদগী লৈরকপা এপল পুথোক্লুনা চামিন্নে। রমেন ঐগী

পিশক পিকলিঙৈদগী ভিম্নরকপা মরূপনি। চাক পুথম অমতদা, কমুং অমতদা, ফাল অমতদা। খক থানবা লৈতে। ঙসিনা চহি ৬ কী মতুংদা অহানবা উনবনি। মহৌশাঙুম মাগী মোমোন মীনোক কায়রমদ্রি! চায়রুং অনীহুদি খরদং চপ-শিল্লমলে। শকফমস্থু খজিক লৈশিল্লমলে। যুম পানবগী চাউরবা পোৎলুম কোকথোংনবনা ওইবা তাই।

মানা হায়রকই—"ঐনা লাকলিবসি খঙলবরা?

ঐনা খুমখি—"খঙই"

"কৈগীনো অহুদি?"

"ঐ লাকলে তাবদা"

"নত্তে, রা লৈ।" মানা মথা শমথরুকই—"ঙসিদি ঐগীদা চাক চারা অমতং চামিন্নক্লিসি।"

"অহুরা?" ঐনা নোক্ক্লুনা খুমখি, য়াম্না য়াংনা। "চাকতুবু কোম্নদি চামিন্নবা য়াত্রনে?"

"য়াদবনি। ঐ হৌজিক পোৎষ্টিংদা লৈরি। উথুলদনি। হয়ে অমুক চৎখিগদৌরিবনি। নঙ করি হায়বা? Yes? or No?"

"কৈ ঐ লাককে!"

"অহুদি ঐ চৎলে। ঙম্না লাকউকো। ইমাথোয় উনরমদ্রে।" মহাক হরাওনা চেনচৎ চৎখি!

মানা চৎখিবহু য়েংন-য়েংনা ঐহাক খর মপী অমা শান্না

হোল্লোকখি। নীংশিংলকই—"সোরোজিনী!" মাগী মুমদা ঐহাক ঙসি নোৌহৌননা চাক চাবা চৎকদবা!............"

* * * *

ঐগীস্থ লৈরম্মী মতম অমা, মুংশিবগীদমক মীৎলুদগী পি শিন্থবা ঙম্বা থম্মোয় অমা। ঙসিদি মহাক মুংঙাইনা পাল্লি না—য়েক্তুনা, মচা অমদি মপুরোইবগী সেবা ফংজহনা। মহুমক্তুনা ঐগী পেঙ্গবনি।

মহাক ইরৈকাইগী লৈশাবী মচানি। ইবাল্লি লোঙ্গানি। ঐনা ক্লাস আইটতা তমলিঙৈ, ন্ংশিনখি—য়াম্না মুংশিনখি তমফম থোক্তে। মতম চুপ্পা মাগী মনাক্তা লৈজরগতা ঐগী ন্ংঙাইজবা হায়বহু ওইখিবনি। মাস্থনি। নোংমত্তং উনহৌদবা য়াদে। অঙাং থারক্ত্না ঐবু হেকতা কৌরকখি। খুঙ্গংগী চমলবা পুন্সি মরেল অমদা লেল্লকখি মাদি। লাইরিক লাইও থোইনা তমহৌদে। থবক্লবা মীওইবগী পুন্সিদা মাস্থ লেনখি। অঙাঙ ওইরিঙৈদগী ফিশা লোনশা তৌরকই। অহল লমনগী মতেং পাংলকখি। মতমমতুগী ঐগী ইথোৗন্থ মাগী ফিশা ফালদা ফমলগা ন্মীৎচ্প্পমা মাব্ য়েংজবনি। রা থোইনা ঙাঙনদে। মানা হায়খিবা হায়বমক্তব্ ঐনা মাগী ফিশা ফালদা ফমলগা মাগী থবক মঙম চৎলি, ময়েক ফজনা থোকপা হেল্লি অসিতনি। মা ঐনব্ মনাক্তা ফমলবদি মথায় মুংঙাইনা উই, মোমোন নোকই। ঈশৈ ঙংই।

চহি থরগী তুংদ—

নোংমদি খাজদনা পাউ অমা তাখি। মতু তাবদা মুগী মচা ওইবীগী হৌনপা মামা কয়াগী মতীক ঐগী খুং পায়রুবা কপখিবা! ঐবু চৎখিগনু হায়না কয়ারক খামখিবা! মাগী মীংতগী তারকপা অশাবা পিম্ব্রিকশিংদু উবগা কপখিবনি খাজদনা ঐহু।

ইবাম্বিগী চমনবা মতৌসি মাগী মমানা উত্রমাস্তে, চডলক-তুনা হায়রে—"অচুম্বনি বসন্ত—সোরো! তাও, ইমা বা হায়গে। অহল-অমননা ওসি ওাঙলি-শকলিবা পুম্বা মখোয়গী তুংগী য়াই-কনবগীদমকনি। মখোয় য়াম্মা নৌবি। শাংলবা পুন্সি লগী চৎনবা তুংগী লম্বেল কাৎলুখো। মতম চানা ইমানা ঐগী সোরোবু নথুক্তা শিন্নগেকো বসন্ত!..........."

মতম খর নক্ল তাম্লখি ইবাম্বিমক! বাখি খাঙবদা কায়ন মৈচাকতু...... ! হৌখি মতম খর মুগ কয়ামুক হৌখিমক্তম। ঐহাক মেট্রিক পরিক্ষা নীংখিনা পাস তৌখি। পাবুংনা কয়াদ হরাওখিবা! মথা ভমথনবা কোয়চেন চেনবা হোৎনরি। মতম-সিদা পাউ অমসু ঐগী নাকোংদা তাখি—সোরোবু খাজ-য়োক্তমবা কম্না হোৎনরে হায়বা। হোয় ওইবা য়াই। নিঙোল ওইবীগী খাজ-য়োক্তবা মতাং চারে মহাক্তি। অহুবু মানবু য়্যারম্বগত্রনে?

নোংমদি ইথা খাজদনা ঐগী মুংশিরবা মরুপ রমেননা ঐঙোন্দা বা অমা হায়খি—"মরুপ, ওসিদি অরুবা বাফর্ম অমা নঙগা তানগে লাকলিবনি। ঐ লাইরিক মথা ভমথবা ভমলরোই।

পাজিন্দ্র লৈখিল্লবসিদা ইমানা থবক ইনখাং অমা পায়নবা কয়া হোৎনেরি। মাঙ্গনন্দ্র পুলিসক্টী থবক অমা শীন্নরি হায়। লোয়নমা-মৌ অমন্দ্র........!" মহাক মখা তাখবা ঙমখিদ। মমায় ঙাঙশং ঙাঙনা তুমিন লৈখি। ঙাহাক লৈরগা মখা তাখরকই—"ইচল পিশক, ইনাও পিশক, মরায়বক থীরবী ঐগী ইমা। ঐ য়াই থবক তৌবদ্‌, লাইরিক তম্ব তোকপদ্‌ ঐ ঙমনি। মথোয়বু থাকপা ঙমগদবা লৈরবদি! অদ্‌বু য়ুগসিগী মৌদি ঐ খিবা পামজ্রি। তশেংনেমক ঐ পামদে।"

"ঐবু করি তৌরকউ হায়বগে? ঐনা হংখি।"

"নঙ মসিমতং ইমাদা কোঙদোকপীরমউ। ঐ চৎলগে।" অমুক পম্বা তৌরমদনা মহাক চৎখি।

থরনিগী তুং। মতমদ্‌ রমেনস্‌ এ, এস, আইগী থবক অমা ফংহনা অফিস কাথোক-কাশিন তৌরে। পাউদ্‌গী সুং-ঙাইবা কোঙদোকপা ওইনা ঐস্‌ চৎলুই মথোয়দা। ইমানা (রমেনগী মমা) কয়াদা লুনা তৌখিবা। মাগী অফিস কারম-দাইগী চাকলেন ইবাগ্নি পুন্না চামিন্নখি। মাদি চৎপ্রে। ঐবুদি ইমানা পোথাখো হায়হনা থামহোই। তশেংবদি য়া ফর তায়-নীংবদগীনি। ইমানা হায়—"নঙ বাজি লৈখিদঙেদগী ঐস্‌ শোন্দম নাদম পংকুই কুইনি থাজদে। মানা হায়খিবসিনা করিনো? ঐ ভাব তাদে। ঐনা হিংলিঙে মাগী কর্মসি পাংথোকনীংই। নচলশিং ননাওশিংসি মখুত্তা শিন্নরমগে থল্লি।"

ঐনা খুমখি—"চুমই ইমা। অহুবু মরুপনদি হৌজিক কালগী

জৌশিংদি কি। কনবা শিন্নুবদ্না কতনবা ওইথিরা খোকল-কদি। মা' বান্না খজায়রে।"

"মদ্রু পংন্না য়াবরনে? মদু খোক্ষনবা এনা খরে। অশাদ য়ায়রু।"

রাকমনলা এবু লাকক্ষলখি। এগী মরুপবী মো খরে তাবদা খঙলীংখি। হায়খি—"কনানো তাসি ইমা।"

"য়ায় কৈ। অমক মতৌ ব্যবহার লৈখোন কজে। ইনক নক্ক শেনস চঙলরোইদবা·······" ইমাগী হয়াওজবগী মোমোন মাইখোংগী তমক ঊজবা অংথি এনা বাজি কাক্ষলবা হুসিদ····! ঐ কমাদ পেনপ্রবা। এনা রামককনা হায়রি—"ঐ মারু শোয়-দনা য়াহনবা ওমগনি। ইমাগী নীংবঅদি থুংহলম্‌গে। কনানো হায়বদ্ক্ষভদি অকপীয় ইমা।"

"হেবা" ইমানা মী ককায়না য়েংলগা মাকোংদা লোয়পনা হায়রকখি "খবালগী মচানুপী মোক্ষয়াজিনীবু········!"

"মোক্ষয়াজিনীবু!" এ শাই লাউখি। হুমিন লৈখি।

আনা হংজকই—"কমদোই? ইমানা খঙ্গিবা অসিবো?"

"য়ায়া কৈ!" অনীংবা য়াওজনা ইমাগী পাউখুম পীখোকখি!

"অদু মাবা খায়বসি ফংবা নত্তে পাওনা।" ইমানা হায়রকখি। মথা তাখরকই—"মানা খঙ্গিবছ য়ায়া হানি। খুমক কনবা ইমানা নওোন্দা লিজরি ইমাগী বসন্ত।········" করি মথা অদুক তাখিবা এ তারমম্রে। ঐ খুনমক মপান খোরকখি—লাকখি অনীংবা য়াওদনা খোঙনা পুবা য়ায়কৈদা।

* * * "সোরোর……ঐগী সোরোজিনীবু……মতো কনবা……য়ারু…… " হায়লদুনা মতম কুয়াম্না ঐনা ইরাকুশিন্না……!

থরনিন্নী হুৎবা নুংশিজনংবা থিরকল লেপ্লা।

সোরোনী অমাঁনা ঐব, অমুক্ত 'লাউবা'যাদে হায়না কৌ-রখি। ঐন্দু চংখি। ঙ্গমীৎতু মখাঙ্গৈগো লেপ্লে। 'ঐনাক মখোয়গী খোঙ্গাল হেক কানশিনবদা পুক্লীনদা ওকোক্না তম্মাং তশোইখি। মতমতুমক্তি সন্ধ্যাগী আরতি "থৌরোকলতনা মায়কৈ শিনবা নিনখি। চমাং শৃঙ্গিং শুমলিবোংবা উচানলী পিকলবা মৈঙালনা ঙাল্লি। ধুপকী অনকনা অমাং ইশোমদা হেলোইনরি। মখোয়গী চুরি তাকমদা খোঙউপ থম্মলনবা ক্যাংগলি তপ্পা। খোঙজিল ময়াদ কনা কুইনা লেপখি; খোঙ থাংজিনবা চমদনা। থঙহৌদনা কনারোমা খোঙ হাংদোক্লকখি। ইবাস্লিমক থঙনখি! সোরোনি!

"ইনেন্না ঐবু কৌরা।"

"উম"

"কৈগীনি হায়গে ?"

"রা লৈমাল্লে।"

"নুঙদি থঙব্রা ?"

"থঙদে।"

ইনেন্দু তারমাল্লে, ইমুংদগী লাউরকই—"বসন্ত ল্যাকলবরা সোরো ? চঙলকও, চঙলকও……।"

ঐস্ পনবা য়াত্রহনা চঙশিনখি। থোঙজিল ময়াগী কাহনা মুড়া অঁমা থাহনা ঐব্ কমহল্লি। ভকুতক হাইরম তৈথোকলবা কাহ্ ।আশরবত্তীগী মনমনা শীনবা থুংই। লংনা শেংদোকলবা পালংগী চিমনিদগী থোরকপা মৈঙালনা পিক খল্লি। ইনেস্ থোরকলে।

"কিদাকা লৈরবরা ইবুঙো?"

"লৈজরে ইনে।"

"ইবেম্মা ননাওনা তৌরিবহ্ খর হোংনেমিন্নরু!" সোরোদা ওমশিনহনা হায়খি। মাম্ব্ চঙখি।

"মাম্বথোয়দি ইনে?"

"নঙ মাম্ম য়াবগাইদা চংখি। ঙসিদি হল্লক্কনি হায়বা থাজদ্রে।" মখা তারকই—"ইয়াদি মরম ওকপনিনা হায়বা ইনবনিনা পরিক্ষাম্ব্ কয়া নীংখিনা পাস তৌরবা। নঙ পাবুংনা হেক হরাওজবনা। ঐখোয়স্ কয়াদি নুংঙাইজরবা পাউদ্ তাবদা। ঙসিদি চাক চারা অমতং চামিন্নসি তৌবনিদা। দেশতা লাইরিক তম্বা চংলনি হায়ব?"

"পাবুংনা শীনবনি ঐদি খঙজদে।"

"কৈ কৈ। নপাবুং লৈরিবৈদা মী ওইননবা হোংনহো-গদবনি। হায়বা ইনবা কৈ। ঐ চাক লোইশিন্নবা হোংনরুগে। কমলমউকো।"

"ঐদি চাত্রখস্ য়ারেদা ইনে।"

[illegible] [illegible] কবিগীনোনে মঁহু হাথা নজে।" চাকশিঙলোমদা চঙখি।

*　　*　　*

চাক চাবা তোকলরা ছুং, ঐগী হাম্রগী কমকমদা কর্মলি। [illegible] [illegible] চাকিবিঙৈ, হাম্রনা শেম শাহ্নুনা থমলম্মী পানা হৈরা [illegible] টৈকল [illegible] অমদা। সোরোনোনি। মাদি নৈরমদে। ইনেম্বু থোরকলে। ঐগী মাক্তা কমুথৈ। "পানা হৈ-রাহু চাও [illegible]।" মাজু মতপ অমা ক্লৌথি। পানা শায়ন-শায়না মানা [illegible]—

"ছুলিদি নহাক্তা রা থর তামনিংই।"

"তাকুপীয়ু ইনে।"

"সোরোসে চাউরেসো। নহান মাগী কোঠি য়েংবুই। চহি ১৯ চঙলমলে। দশাম্বু কয়া পাঙদে হায়। বিবাহ দান পীরবদি শাফগনি হায়রি।" খুর শাংনা হোন্দোকলগা মথা তাথৈ—

"নহাক লাইরিক মথা তমথখিগনি? মাগীদি মতম লীংখি-গনি। মীগী মীনোক চঙলর্কনি।"

"মাবু কনাদ থাজবা হায়না লেপলে ইনে?"

"ভসি ফাওবদা কনাদস্ করিগুস্বা অরেপ্পা অমতা হায়খিদ্রি।"

"মাবু থাজবীবা তারবদি ইনে······।" ঐনা কৈংরেং কাইনা হায়খি—

"ঐগী থুংশিনবা মরুপ রমেনন···· " মখা তাবা ঙাংখিদে। খৌনাঙ্ড অসি থুনগংখি।

ইনেস্ রা মখা তারকখিদে। মপানলোমদগী কমানো অমনা কৌরকপদগী খোকখিবতা মঙাম্নরি। ঙসাই মথে মকনা লুমহৃদা তারমলিবী সোয়ো চেন্থোরকই।

"বসন ! করিনো নঙনা হায়খিবদো ? মহাক ঐবু থুনি-সিমগী কায়নবী ঙমলগদ্রা ?········" মাগী মীৎকুমদগী শি মরিক মরিক শীম্বরকখি ! রা চাঙবা খোকখিদে।

"নত্তে সোয়ো। কায়নবা তাবনি তাঙ্গাসিনা। ঐ ঙসি মঙানিগী তুংদা চৎপ্রগনি চহি তরুকীদমক ! নঙ মতমহুকাওবা ঐবু ঙাইবা ঙমখিগদ্রা ? রমেন য়াম্না কৈ। ইংই-তপই। মীলুংশি থঙই। সরকারগী থবকশ্নু তৌই। মমানশ্নু নঙবু য়াম্না পামই।······" মা কপ্পতনা মথৌ ওইখি। কপখি। রা লোইশিনবা নংহৌদে। মমা চঙলকপদগী মাগী মিকপথোলশ্নু লেপখি।

থুমৌং থরনি নৈরগা রমেন অমদি সোরোজিনী লুহোংখরে। ঐশ্নু দান পীবা য়াওরম্মী। থুমীত্তগী নোং হেক ঙানবদগী কলিকটা প্যাংলকখি। শাংলবা চহি তরুক অসি নোংমতস্ খোকলকখিদ্রি !

*  *  *  *

থুমিদাংগী পুং তরেৎ মথায় তারমলে। থেঙপ্রমাঙ্গে হায়হুনা ঐস্ রমেনগী যুম তাম্না প্রপ-প্রপ চৎলে। মখোয়গী

পিকতক-চেংতক শাবা লুংহেন্নবা য়ুম মচা অদ্দা চঙলে। মখোয় অনী চঙদ্না ন্নীংছুদা ঐগীদমক লাঙলমলিবা মখেল লুকোয় কয়াদ য়ামগ্রবা! কয়াদ নীংথিনা শেম্ শায়মলিবা! হেক মৌথিবগা বা-লাল থোইনা ভাঙনবা কংনদে। চাক অতুমক চানরে। চাক চাবা হেক তোকপগা মখোয়গী পীকতক চেং-তকপা ম্রোইং কমদা পোথাহল্লি। য়মেনদি পানা চুরুট কাউ-রমলে হায়দ্না লৈবা চংল্লি। ঐ সোফাদ হকচাং কোমনা হীপথবতমক মঙায়রি। সোরোজিনীনা হায়রকই—"পোথাবীগে হায়রবসু কমুংদা লেঙশিনবীবা য়াগনি! হল্লোইবীবরা?"

"ও⋯সোরো! য়ারে য়ারে! ঙসাই মখে বা-লাল অমতা ভাঙনবা কংথিজ্রি। কমদৌরি⋯নংঙাইহিনলা?"

খঙহৌদনা সোরোনা মোমোন লোক্লা থুমলকই—"নয়াথং ইনজহনা নংঙাই য়াইকনা শাজল্লি!"

থাজদনা মাগী মীংলুদগী পি মরিক অমা অনী চেহ্বরকপা উথি।

## ॥ নঙগী অমুক্তে উনজরবদি ॥

নোংখ্রাং কুপ্পা উরুবরা ? য়ামনা লংবা নোংখাঙ ! মহুগী মরক্তদা করিগুম্বা মপি মতুম অমা উহৌরবা; পামলিনি নোংখাঙহু অমুক্তংগা মমা কুপলকপা অহুবু থক কুপলকখিদরে নোংখাঙদু। অমুক হন্নাকুপলকখিদরে !

—খোঙ অনীমক অমুক্তদি লৈখা তাজগে কৈদৌবগে ?

—নাম্বতং তারিবহুফাও ফৈ। ঐখোয়দি মালংদা তাউরবনি !

—এঃ এঃ কৈনোনে ইবুঙো, চপথায়রেনে।

—ইশা ঙাক্তা লেপ্পফাও' শিদোরে। কৈদৌবেনো, নচা চেনবী নখোয়না কোয়না চংলিববো ?

—হা ইবুঙোখোয় ! চাদবদি য়াদেদো ইচা চেল্লি হায়হুনা; অদুনা চংলিবনিনে।

—ইবুঙো; খুড়াগী খোঙসে অমুক্ত শংতোকচগে।

অহল অদুনা ঈহি-নাইহিং শারবা মখোঙদু মশম শোঙবা পাখঙদুগী শউন খোঙউপ মখাদগী তপ্প শংতোকপা লাক্লে।

শরৎচন্দ্রগী বারী মচা মচা

অমনা। হায় অমনা তানদে, মচি খুদিং য়ৌ-য়ৌ।

কাচিঙ্গ কমলিবী মৌ নহাক্নগী মীয়ায় চল্লবা হল্লুলামচা অমগদি কুরিস্‌ খো-রা শাদনা য়াগী তৌনবা হায়—

—ইবেম্মা মদ্‌ তানিংদবা য়ানি।

—অশেংবনি তাদ। ঐদি কুইরবনি মঙোন্দ হায়রিবা, প্রদ্‌ম, পুশিল্লকও হায়দ্‌না।

—অমগী শরুক অনীদা য়েনববু সুংঙাইবা হৌনদেদা।

—চামিল্লবা হাউবনি, পুমিল্লবা য়াংবনি হায়বা য়াস্‌ লৈবনি। ঐ ওংশেংনা পাম্মী তাদ। মী লৈজদবা ঐগীদি থবক পুবা ঙম্মী অমা থুনা লাকপা ঐগী লাইনিংনি।

—নঙনদি মদ্‌ হায়রিবা। হৌজিক্কী মুপীশিং অসিদি লায়দবনিদা। মুপাবু করম্না মখুদোম্মীদা হাপলগা লৈগদগে হায়বসি মমীংতা পাঙলকপদা থঙলবনি। হৌজিক কালগী লৈশাবীশিংনা হায়রিববু মথোঙ মরম থঙদবা পাথঙদা ময়ুম পানদৌ শরুক শেল থোকপা নুপা অমগী অতোপ্পী ওইবনা শরুক চাম্ম হেন্না ফৈ হায়নরি। ঐখোয় মথাথংবগী নুংশিতোপ্পীত্থ ইঞ্জিন্নিয়ার কুঞ্জবাবুগী তরেংশুবী অতোপ্পী ওইনা নহাল চেনখ্রেদনা।

—হৈমা! মশক অদুক ফজবীদুবো? মাবু এম, এ; সু শাস তৌখ্রে হায়বদাই?

—এম্‌, এ, দা নত্তে, ভজবস্‌ ফনা চাউনা চাজখ্রবনি।

—ফরে মীগী য়াসি; নহাল নোংমা হায়নবদুবু কমদৌবগে?

—খুনৌগীদ্রা ? এঃ লাইনি ; লাইনিনে ইবেম্মা। অদ্দি পামদেবো ইবুংগী মত্তি।

—অহু ওইরগা থর মপুক মপাউ তপকদবী অমতনি য়েংবীরকউ।

—অদ্দা নঙগীদি লায়রদনা ইনাওদবু মশা করোইনে।

—করিগী ?

—হায়নৈবো ইবেম্মা। অনী লোনবা নুপাসিদি অমাংবা চায় ; শোয়দবনি।

—অওইত্রনে তাদ ?

—অশেংবনে। মহৈ-মহৈ অমনস্ অমনস্ হেন্না নুংশিবী-নবা হোৎনবদা।

মথোয়গী রারীদ্দা গাড়ী মনুংগী মী পুম্বা পুক্রীং চিং-শিন্নথি। ঙসাইমথৈ লৈশাবী মচা অমগা ফম্মিন্নরম্বী মৌয়ায় অমনা রাফম অদ্দা মথম্মোয় শোকলবগুম খুমলকই—

"মীরাস্ পঙলো লৌবীগনুদা ! থরনা পূন্নমকপু পাউ-থোকপীবসি অফবা থহক নত্তে।"

ঐ খঙই, নুপীদ্ শোয়দনমক মতু লোনগনবা নুপাগী নুপী ওইরমগনি। নুপীদনা মথা তারকই—

—ঐখোয় ইচিল ইনাও লৈমিন্নরকপসি কুইরে। ইচা লৈশাবী ফারবনি। নোংমত্তা কায়নদে।

রাফম অহনা চিল্লবা বস মনুংগী মীপুম খুদিংমক রা লাউনা নোকহল্লম্মী ! রাত্তা লুংঙাইবীহুদা ময়াম্মক পুল্লা য়েং-

শিল্লরকই। নৈশাবী মচাদ্দি খর ইকাইরপ উখি। ইনাক্তা কমলিবী মমা মচাব্ য়েংনুবা হোংনরকপদা কনাগুম্বা অহল অমগী মীংল্লেং ঐগী মীংচানখি। বাম্নদা য়ান্দুনা রানা লেপ-লিবা ঐব্ মানা উখিমাল্লে। মহাক খম্বা নংহৌদবগুম তম্নক কৌরকখি—"হায়মা! ইবুঙো কদোম' ক্লেঙলুবা?" য়াম্না খঙন-চানবগী মতৌনি। কনামতা খুম্নরকখিদে। "ঐবুরা কনাবুনো?" কোয়না য়েংলম্মী। অহলদুনা মখা তারকখি "ইবু'ঙোবুনি খুভানা কৌজরিবসে। ওম্থোকনা চিন্না লেপলেদা। রাররিপনি। লেঙশিল্লকউ খুড়াগীসিদা ফমফম লৈয়ে।

চিল্লবা বস মনুংগী লাল্লক অদুদা তরামলবা, ফমফম য়াওবা মীকোদ্ তাবদা মীপুম খুদিংলক ঐঙোন্দা অমুক ওন-শিন্দুনা য়েংনরকলে।

"ফমফম। হৌজিকপু ফমফম?····· অহ্বু' ঐবু নংলমদ-তুনা·····।" ঙাহক জ্ঞান মমই। কনানোনে অহলসিবু? ও। মানা খঙবা মীশক অমা মাল্লম্বা য়াই।

"লেঙশিল্লকও লেঙশিল্লকও ইবুঙো!" মানা শোব হোন্দনা হায়জিল্লকই। তশেংনমক লেপফম ফাওবা লৈত্রবা জগা অসিদা ফমলিবা অহল অমনা ইনখংলকলিবা মশা-মউ ফরিবা পাখঙ অমবু ফমলুলাউ হায়না কৌরকপসি তাবদা খুদি মক ঙক্লপ্র-মাললে, অহলদুদা অমুক, ঐঙোন্দা অমুক য়েংনদুনা লৈনখ্রে। ঐদি তশেংনমক অহলদুবু নশক খঙদে, নীংশি বা থোক্তে।

"লাউনে ইবুঙো, হঙ্গোইকন্নুনে। চহি কয়াগী তু দা ঙসি

নোংমতং ঈশ্বরনা পীনবীদুনা উনবনি, খুড়ানা ওমজবা লেনা তৌজগে। কমলোলাউসে খুড়া হৌগংকে।"

ঐ খুম্বা নংহৌদে, মামা ঐবু চিংশিন্দুনা ময়হুনা কমগ-হললম্মী।

ঐনা মাগীদমক্‌ করি করম্বা উপাই হৌরবগে? মদুসু ঐ নীংশিংবা থোকলমদে। অদুগা ঐনা মকমসিদা লাকপানি চহি তরুকী মতুংদদি ওসিনা অহানবনি। মকমসিগী মী পুম্নমক চহি তরুকতি ঐগী থক উনরুত্রবনি।

"পানা হাত্রা -"

"অহোয় !"

অনীবা য়াঁওদনা খুমদোকখি। নীংশিংলকপদা খুমখিবা পামলম্মী "তৌজদে।" অদুবু মানা হান্নদুম লানশিল্লকই—পানা মতপ অমা।

"চুরুটতি ?"

"তৌজদে।" খুমদোকখি। অদুবু ফুয়ৌংখাউদা য়াওরিবদুদি মা উরমলোইদ্রা? ঐ চিংনৈ।

"ইহে, কাউরুরে। খুড়াগীসিদি অগোর ( Akber ) নি। হৈনরমলোই।" মান ইথও-থওদোকখি। ইউ-উথোকখি। চুক-চিনখিবতা মঙায়রিবা কোম ক্বাগী নিশাগা চীন পুথরুবগী ইকায়রবগা অনীনা থওহৌদনা মায়দা হুঁ লাউনা কাপ্থংলকখি। চিং-চিং লাউখি। চুমা, মরিক-মল্লিক কাম্বকখি। অদুবু মতম-দুদা ঐনা কয়া চিংনখিবদি—"ইবুঙো, মীশক ওয়রমলে" হায়হুনা

মীয়াম মমাঙহুদা চঙশি শিগদরা অসিনি। লাম্বতদি মফংখিদ্রে মা় ... নো হায়রবা।

"অঙকপনি ইবুঙ্গো মীওইবা হায়রবসি।" মালা শমথ-শমথ শোর হোন্দবমথৈ হায়রবই—"নুমীৎতুগী থৌদোক্তো ঙরাংগুম শং-শং উরিদো!"

ঐ করি খুমনি? খনফম খঙলমদে। মরী লৈনবা লৈনদবা খঙবা খঙদবা "অহোয়-অহোয়" হায়না ফোংনা খুমদোকখি।

"নুমীৎতুগী রারৌগ্নি খুমদা তমলুরগা ইবুঙ্গোবু লাইনা থারকপা হুৎনি হায়না নলাঙ-নচর্নাশ না লৌখি। ইবুঙ্গোবু করিগীদমক চষী অসুক কুইবসি নোংমৎসু চাক চারা অমতং ওইরবসু, চামিন্ননবা পুরক্লিবনে। হায়হুনা রারৌইদো!"

রাফম অসি লৈথোকনবা য়াদবা রাফম অমা ওইবক্লদোরি। ঐবু তশেংনমক হায়দোককৌরসিবা—"ঐদি থোইদোকপা নীংশিংবা লৈখিদে।" অহল অসিবু কনানা?

ঙাঙবদা ঈশিং লাংকে অহলদু। ঐগী মতম পীবা লোদনা মথা তাথরকখি—"নুমীৎ অদু মঙ কযাদ নু ঙাইরমহিদ্রবা। অদুগুম্বা মঙ অমা মংলবা, মতুং অসিদদি ফনা নুবা থবক লৈদনস্থু য়ুমদগী খুবৈ অমম্বাও লা খাবচদ্রবনি। নুমীৎ অদুদা ইবুঙ্গোনা উবীবমদ্রবা, ঙান ইত্তা তানা উপাই লৈনা অদুমক লোইরমলগনি পুন্সিসি!"

মতম অদু ঐগী হকচংগী ঈচেল থাদিং পাঙথগ্রে। করিনুংগী অসিগুম্বা অহলনিগা থেংনরুবা! টিল্লবসু চিম্না মীযামসিগী

মরক্তা হকচিক লাংনা লেপচরমলবদি কয়াদ হকচাংসি রাই শংজরমগবা। অদুবু মাদি অরৎপা লৈতে·······

"ইস! মান ময়াম অদো······ইথক্ত নঙ্খিবদো! ইস! সনজীং তরেৎনা ননবদু মগুায়! মগুলাকনবগুম করিমত্ত লৈত ওৎপা ঙমখিদে ঐ! ইবুঙোগী খুদাংগী মুংশিবা মিংলেন "দয়ারাম"······ নুংশিরবা নামদো কাউদ্রি! খুড়া কাউদ্রি পুন্সিসিদা!······" অহলদুগী খুইরবা মীৎলুদগী শারবা পিরিক শিন্থরকখি! ও! ঐবু করিনুংগীনো ···?

মাগী খুইরবা মখুৎনা মপি তৈথোকলদুনা মথা তাথ-রকখি—"অদুবু ইবুঙো! ঐনা জ্ঞান তারকপদদি কনাস্থু লৈরমদে! অসূক কুইবা চহী তরুকসি মিংলেন অদুতবু থিরক-পনি! ঙসিদি ফংজরে! থাজদনা উনজরে ঐগী "দয়ারাম!"

করিনো ঙসি তৌরিবসিবু? . পেং চোইরবা অহলসিনা ঙাঙবা রাবু অঙাওবদোনা ঐনা অস্থুম তাবসি হৈনরক্রে। লংলা লংজিন ফংদ্রবা রারীসিদগী ঐ তশেংনমক হোৎগৎতুনা চেননীংলম্মী! অদুবু মঙলৈবাক্তী মতৌগুম রাকমদুদা তানিংবা খঙনীংবা অমদি ঐগী থম্মোয়দা তত্তনা ফাওরি। কাউপ্রবা মঙগুম করিগুম্বা খরস্থু মমি-শামি নীংশিংলকপগুম তৌরকখি। পূমশেং শেংনদি নীংশিংবা থোকখিদে। মানা ঐগী মিংসু খঙবা, শকসু খঙবা। অতৃগা ঐনদি? ঐবু হেক্তমক হায়-দে'কলসিরা? অদুবু অসূক খঙন-চাঙনা তরাম তরাম তৌরিবা,

ৱারী লীরিবা মাগী মরক করম থৎলুনি ? ঙাইদ্না অদ্মক ত্তাখিবা ত্তারি।

নম্বোল বাজার য়েৌরহুনা গাড়ী থামলে। অহলহুনা থোঙনাওরোমদা মঙক লীংখোকলগা পোংকম কপ্পী মৌনহা অমদা লাউখি—"ইবেম্মা গোরফেব ( গোল্ড ফ্লেগ ) উপু অমত্তা পীরকউ।"

চুরুট উপুদ্ ঐঙোন্দা পীরগা হায়রকই—"সে চুরুটসি ফাল্লু ইব্ঙো।"

"এঃ করি মতৌনো খুড়া। ঐগীস্ য়াওজরি। কোকসি মীনিনসিদা ইঙাও ঙাওই হায়দ্না থকচদবনি।"

"থকউ থকউ ইব্ঙো, খুড়াখোয়দি অগোর নত্রবদি হৈনত্রে। ইব্ঙোগীদমক লৈজরিবনি।"

নমদ্না জেপত্তা হাপচিল্লকই। গাড়ী অমুক থারে। মাগী ৱারী চথরকখি—"য়ুমস্ য়োদোরে। ঙসিদি চাক চারা অমত্তং চামিন্নরুসিদা খুড়াখোইদনা। ইব্ঙোনা মসিব্ য়াবীরবদি নচল-খোয়না ওস্থোক্লা হরাওরদ পোংনি। নচলশিং ঙসিদি ঙম্না লৈশাবী ফারে। ননাওশিং ঙসিদি ঙম্না পাখঙ ফারে। খুড়া ন্নুংঙাইরে। ঐগী পুন্সিদা নীংবা থুংলবনি। ৱাংলিবা হায়বব্ ইব্ঙোগা উনহৌদনা, নোংমতস্ ইব্ঙোগী ত্তৌবীমল লমন শিংলমদনা শিথিবনা হাল্লগত্রা হায়বসিত্তনি। ঙসিদি ভগবান্না খৌজানবীবদগী মদ্মস্ কোকহনবীদোরে। করি কমদৌবা ইব্ঙো ?"

ঐ করি খুমনি? অহুবু "নচনশিং ঙম্মা লৈশাবী ফারে।" হায়ব রাকমসিমতংনদি পাখঙ ওইরিবা ঐগী থম্মোয়দা তঙ্কনা মাংহৌহল্লি। চংশি হল্লি ঐবু মকমতুদা। মখোয়না ঐবু উনবা পামই হায়বা লীচিং সিমত না ঐগী পুক্লীংবু ওপথহন্দে, থক ওপথহল্লমদে। মখোয়বু যেংনিংবা পোকহল্লি, হৌজিকমক যেংনিংখি। অদুবু ঐনা কনিদি তৌরুদুনা মখোয়গী মাঙদা ঐগা শকসি উংলুগদৌরিবা? ঐনা মখোয়গীদমক করম্বা কান্নবা থবক অমা পাঙথোকলম্বগীদমক চাক চাবা অমা লৈন তৌন-শিল্লগদৌরিবা? অহুম ওইনমক 'সিমদি থঙখি—ঐগা শকমান্নবা, শিভম মান্নবা, মিং মান্নবা কনাগুম্বা অমতংনদি শোযদনমক অচল অসিগী পরায অশিবগী থগাংকগী কনবাখ্রে। অদুবু ঐদি মীশক অদুমক্তি নত্তে, কবি খুমনি ...?

—"যানিংদববনে হৈবুঙো? ইথুম খঙদনা।"

অহলদুনা হকশিল্লকখি।

করিগুম্বা ঐনা নুপা অহু ওইবমলবদি থৌন, যনা "হোং" কাধত্তনা খুমনমগদবনি। মাগী মচানুপা লৈশাবীশ, অদুগী মনদা পকচেল চাউবা, মীনুংশি থঙবদু ঐকনি হায়না ফাগ্নবমগদবনি। মখোয়না থোংবা চান চাবমগদবনি। অদুবু মদু পূম্বা থোকলমদে। মদু থক ওইথোকলমদে।

"কমদৌবা হৈবঙো?"

"হোয খুঙা। নোংমা চামিন্নবা হায়বদুদি দনা।"

হুমকম খঙদনা খুদোকখি।

"খবক য়াম্না চিনব্রনে ইবুঙো ?"

"ঙসিদমক মীরৈবাক্কী থোকচরকলি।"

"ইহে। ইহে। চহী কয়া কুইরে ?"

"চহী তরুক !"

"এঃ অহুদি য়ুম য়াম্না কন্না য়ৌনিংবা মতাঙনিদনা।"

"অহোয়! অদুনা পম্বা পামজ্রহুনা অচীনবা গাড়ীসিদা হেক্তমক নপচরকলবনি।"

"অসুক কুইবা মতমসিদি করিগীদমক মীরৈবাক্ক ?"

"লায়েংবা চৎপদগী লাইরিকস্তু তমথোরকলে।"

"এঃ অহুদি য়ামমৈনি ........।"

"অহোয়।"

"ক্ষরে ক্ষরে অদুদি।"

মসি হায়রমলগা থুমমক মানা মাগী পোৎয়োমদু থোকতোকলগা করিগুম্বা ময়োম অমা পীরকখি। "শে অদুদি। খুডাগীদি করিস্তু য়াওরকতে। ইবুঙোগী কুমকমস্তু য়োরে, গাড়ীস্তু থারে। মসি অঙাঙশিং পীজো; ইবুঙোসু চাউ। করম্বা মতমদা অমুক উনবা তম্বা ঙমদে। অমুক্কংদি নচনশিং ননাওশিংগা লোয়ননা চাক চারা অমতং চামিন্নসি। নুমীৎতুদগী ঐ মোরে ললোনবা তোকলুরবনি। অহুবু করি নীংশিংলকপদগীনো নহাল চৎলুই, ঙসিদমক হল্লকলিবনি।"

গাড়ী ষ্টার্ট তোগ্রে। তপ্প-তপ্পা থোবা হৌখি। "য়োৰীরো খুড়াবু।" "লৈহৌরো ইবুঙো।" গাড়ীহুনা ঙাঙগল্লবা অহলহু

পুন্না চৎল্লে। ঐ বস ষ্টেন্দা ঙাহাক্তং পোক্ন হোন্দোকপা ফংখি। ঙসাই মথৈ হাংবকম থঙদনা ৱাই চিল্লমবা রাখল থরদং পোথাজবা ফংজরে। কঙ্গি মতৌনো? করম্বা অহল্লনো?

মানা পীরম্বা থুংতগী ময়োমছু থঙহৌদনা লৈমায়দা তাখি। ময়োম ময়োম প্লাসতিক্কা য়োম্বা মোরে হরাই। মথক্তা থারিবা বর্ণ ময়েক! চহি কয়াগী মমাঙদস্ উখি ময়োম অসি কদায়দনো মফমছু?.... নীংশিংলকলে! নোংমা অথেঙবা অহীংদা খুঙ্গং অসি ফাওনা চেনবা গাড়ী অমা এক্সিডেন্ট থোকখিবদু! মান গাড়ীদা তোংলকপা পেসেঞ্জর অয়াম্বা চেঙ যোয়ানা নন্দুনা অমথক নত্তনা ঙম্না শিদুনা লৈরম্বা! অমথক্তুনা ঐগা থেংনরমম্রবদি! রানা শংতোক্নুনা মাবু ঐনা থুঙ্গংগী ডাক্তরখানা তাননা পুশিনদুনা ডাক্তরদা শিন্নখি। ডাক্তরখানাদা অনাবদুগী ফুরীংখাওদগী তারকখি অসিগুম্বা ময়োমসি! পুমলং লংনা উথিবমি বিজলীগী মৈঙান্দুদা। অহলদুনা পীখিবনি ঐঙোন্দা ময়োম অছু! মাম্নি,—হৌজিক্তা নীংশিংলকলে। মোরে ললোনবা চংশা উপাই লৈরমম্রবা অহলদুনি মহাকতু! ঐ তশেংনমক মাগী মতম কুইনগী মমাংগী দয়ারামদুনি। অদুবু কদায়দনো মংগী ময়ুমদি? চাক্লখিসিরা মাগী চাক চারা? উনক্লখিসিরা মাগী মচা লৈশাবীশিং? অদুবু কমদৌনা? ওঃ মাগা অম্নক্তং উনজরবদি!!

## ইজ্জং মাঙবা ::

অমুক ঙস্তানা থোঙবমগী তাদ মুনানহু য়োৱকলে। ঐখোয় ইমানা ঙমাঙদগী ঐখোয় সুপী তম্না মচেক্না য়েৱগা কাউ-ৱকখি—"হায়, কৰিনোনে সুপাহু হোদোকলুনে। মী আদগী-কাও য়োৱকলে। মী ওইৱোইকো ইবেম্মখোয়। য়াহৌবু অসি য়োনা থেঙদনা করম তৌগদোৱিবনো? অসুক য়াম্বা মানসি মফম চানা লোইশিনবা ন হৌৱোই। চৎলু চৎলু সুপাহু হো-দোকলু।" অদুদগী মুনাহ্ন ওনশিন্দুনা হায়খি—"ফম্মু ফম্মু ইবুঙো মুডাসিদা ঙাহাক্তং! হায়-হায় বিভিকা পুথোকলকউ? ......" ইমানা অৰৎপা নৈতনা মথঙ মথঙ ঙাঙথখি। ঐ হোগৎলকলে। অমুকী পুং ৫ তমক তাৱমলি। নিংথম থাগা ওইবনে, নৈচিন্না পুম্মম মমই। সুতিগীদি পুং ৭ তা হোগৎ-পনি। অদুবু ঙসিদি থেঙলে হায়দুনা মহা ওই। ঐনা হোগৎলকপদু উবদা তাদ মুনাননা হায়—"লোইশিল্লো লোই-শিল্লো ইবুঙো, ইয়াম্বদি থেঙপ্রমাল্লে হায়দুনা মমলিঙৈদগী খোৱাং তৌদুনা লাকপনি। শংবা পোৎ নত্তে, অতৈমা হায়ৱবা

ওইরবদি ইয়াম্বা ঙম্মরোই হায়গদবনি। ইবুঙোগা ইন্দোলগনা কন্না হায়বদ্দা ইয়াম্বা লেঙথোকপা য়াদদ্না লাকলবনি!" "কৃপানি তাদ! ঐ অমুক্তং থুনা লোইশিল্লুখিগে, বিড়ি মচৈ অমতং থক্কুনা পোথাবীরমখো" অসি হায়রগা ঐ নোমচেন চেন্দুনা অয়ুক্কী হৌনবী লোইশিনবা লাক্লুরি।

থোঙবমগী তাদসি চক্ক ইকু পৈবদা হায়ফেৎনা মমিং চৎচবা লুপা অমনি। কুমসিদ্ ইমানা যণ চাজেনবী থর লোই শিল্লুবা অদ্দা শাউদ্না পোইলু থাদা লো শান্দোকখিবা কাঙবুদগী লোশাল খিল্লকপদা থর য়াওহল্লক, ফ্দিৎতগী ১০০ দা লুপা ৩০০ দা থর লো তৌদ্না চক্কনা চীং পৈবগুম ঐখোয়গী লৈনফম লৈত্রবা হিংখোল অসি পীক থল্লে। পুন্না মপুন লিশিং অমা হেল্লবনি। য়োনবু য়োল্লবস্থু, যন্নবু চারবস্থু হায়দ্না খোমজিনখিবা ঐখোয় ইমাগী অঙ্কনি। অদ্বু চক্ক অসূক য়াম্বসি ষ্টোক তৌফম গোদাউনদি লৈতবনিনা মনীংগী ৱাপল মখোঙদা, লক্ষাংদা পৈবা তাবনি। লক্ষাংদা চক্ক পৈবদা নোং চোৎতনবা পৈবা হৈবা, চক্ক মপুন লিশিং অমা চষী কুমলাং অমা নীংখায়দনা থম্বা ঙম্বা অহৈবা নীপা অমা থিরকপা কুইর-বনি। মথঙ মথঙ হংনরকপদগী থেংনখি, তারকখি—থোঙবমগী তাদা মুনানগী চক্ক ইকু পেবদা হৈ-শিংবা মাগী আর্ট অমম্বুং টেক্নিক। মীনা হায়নৈ—থোঙবমগী মুনাননা পৈবা চক্ক ইকু-সিদি চেৎপদা চীংদূমদ্ মথায়, নিংখায়বা ঙমদে। চেকশিনবদা নোংজু থা লক্ষ অমা লাঙ্নস্ নুংপাকতা ঈশিং চাইবনি,

করিমত্তা তোংত্তবা। মাকম অমদগী, অইঁখেইদুনা লিজিয়বদ ইকুদা করিমত্তা থক.খঁবা নৈতে। চক্ক মপুন লিশিং অমগা চাম্বা কাওবা নৈবা য়াং৫০ থ্রংথিং...... "অসিনচিংবা। মীনা হায়নয়ুকপা। হায়বসি মুপাদ্দুগী, মুপীদুগী মত্রম্মা পোং অদুগী তোপতোম্মা করিগুম্মা মঙ্গল থক্কদি শোয়দনা নৈক্কম খোকপনি। মরম অসিদগী মুমীং কয়ানিমরোম চঙ্গনা ইমাগা ইবামিনা তাদ মুনানবু তাম্মরকপনি। পোইন্নু মতম অসিদি তাদ মুনানগী চক্ক ইকু শাবগী এনগেজমেন্ট অসি মুংশীংমুক কুংই। লোংমদা লুপা ৪০/৫০ দি তানবা ঙমই। হাপ্তু অমগী মমাঙদগী ওরদর তৌনরকপনি। ঙসি মুংথিলস্থ শোইবমগী ইকু অমগ্ম শাক্কগদবা নৈ হায়। অসুম্না ঐস্থু মথৌ চিনবা মুপানি হায়দুনা হাথু হাথু হোংনৈ। হাপ্তু থুদিংগী নোংমাইজিং অসিদি অফিসস্থ কাদবনিনা ফনা মুংঙাইনা মতম লেনবনি। অদুবু ঙসিগী নোংমাইজিং অসিদি হুমাং.লৌথোকপা নোংমাইজিং ওইগদৌরি।

শেম-শাবা লোইরদুনা তাদ মুনানগা ঐগা চুরুট মচে অমমম চিংলদুনা মনীংগী রাখোঙ তাম্না চঙশিনমিন্নরকলে। মানা হায়, "ইস, চক্কসিদি জাং শুরেদনা ইবুঙো। কনাগী পুংহুনগী, পামফেনগী; ফোরেনগী, মোইরাংফেগী, দেশকী খোং নেস্থীগী!" "হোয় তাদ, অফং-অফংবা, মুতম মতমগী হায়ব-দুনি। ইথুংনদি উরুবা নত্তবনিনা মীনা পীরকপা অরৈ অরৈবা।" "কৈদা কৈদা ইবুঙো। হৌজিক অসিদি মীনা কায়বা লৌরুম্নু। ঐগী-ঐগী রাংত্রপা সোইরে। ......ইস! জগা অসিদি অকুং

অতোপ্পবু ওঙ্খোক্লা শাইথ্রেদ।। অৱাং অসিদি ওঙ্খোক্লবু ঙম-
থৱ্রেনে। ফরে, অদুবু লম লৈতবা-শনা মফমাসিদা য়ানবা
কেক্লা শেমলসি।” ঙাউন-ঙাউন মখুত্তি তাহাক্লা লেপতে।
চন্দ্র মপুন মথঙ-মথঙ ছুনাজিল্লি। ঈংথ্র ... চীল থাম্বা অয়ুক
অহুদা মফি লোইনা লৌখোকই। খুদে অহ কন্না য়েপশিল্লুনা
শেংলি। “খোঙনেম্বী ফোগী চক্লশি অসিদি ইৱুঙো, মন্না
খোইনা পামদবনি। অদুনা পৃথিবীদা মফমদা মখোয়শি,
অসি থমলসিনেকো!”

“কৈ-কৈ, ঐদি করিস্নু খঙজদে তাদ। তাদনা অসুম্বা কৈ
হায়বদুদা তৌবায়।”

“অদুদি শে, পৈাশনসি, লংশিল্লকউ মথঙ-মথঙ।” ঐনা
লংশিল্লি। মানা ওকই তাপ-তাপ মথঙ-মথঙ। “মপুন মঙা
তরা শুরকপদা ঐ শোর চাউই। ৱারক৩। নশাদ দম য়াহল্লু।
দম য়াওনা শুরবদি শোব থক চাউরোইদবনি। চন্দ্রদু মকেক্লা
মতোমগা শুপপায় পায়শিল্লগা ঐঙোন্দা থারসল্লু মতাপ্তুম লং-
শিল্লকউ!” ঙাঙবা লেপতে মখুংবা মচীনগা চপ মান্নে। মশা
অদু মসল মত্রিং-মত্রি কায। ঐনা ছুনখিবা চন্দ্র মপুন যোংনা
উইহু ওকপগুম তাপ তাপ ফায়। কিং কিং নমশিনলি, মখোঙনা
দক-দক নেখ্রখি। চন্দ্র মপুন অমতা লম হেনবা ওমদে। ঐস্তু
চাংয়েং অমা য়েংনি লকখি— “মুপাসি বযাম’ হৈ শিংবনো?”
ঐনা অৱাবা খঙদনা যাম্না থুনা চন্দ্র মপুন মথঙ মথঙ নাক্লা
য়েংতা—তুংদা মাঙদ ... শীংমুক কুংনা লংশিনথি। মাস্তু মখুং

য়েং ওই, মখোঙ অনীস্থ য়াওনা তাপ-তাপ ফাখি। অমা ফাওব, নানথোকহল্লক্কে! ঐ রাবনা শোর মপী হোল্লে। ঐ মায়খীরে। "ভাহাক্তং পোখাথিসি তাদ!" ঐনা হায়খি। মতাঙ চানা ফুপীনস্থ চা পুশিল্লকই। "মোন মখাদগী চুরূটতুস্থ পুরকউ ?" ঐনা নুপীদা হায়খি।

মীংকুপমুশং চা থকমিন্নবা অতুক্কাওবা মাদি পোথাদে, চা অত্ত য়াউম অনীরক্তা লোইশিল্লগা চুরূট মচৈ অমা চমলগা হায়রকই—"উম, পু কয়াদি ভাবরিগনি ইবুঙো ?"

"পুং ৮ তাশে,গদৌরে।" নুপীনা খুমল্লকই।

"অদুদি য়ায়া থেংখিবা তারে, চরূ লংখৎপসি ইবেম্মা নহাকস্থ খর য়াংব্রো। মপুন ৭০০ হেল্লা ব্রাংলিসে। লিশিং অমনি হায়বদায় ?"

"মাগি তাদ। অবোক্লা অদুয়া হায়। ঐস্থ য়াওজগে চাক থোংবা নতম যোদ্র ওসদা।"

"সে পু ১০ দাদনে হদবা য়াদে। লংখৎলকউ-সংখৎলকউ।" ভাঙনভাঙনা হং মথঙা কাখৎখি। নুপীগা ইবাম্নি চঙতুনা লংখাল মথঙ মথঙ। অসূম্না পৈরকপনা চরূ ইংতু ভাহাক্কী মতুংদা হিমালয়গুম ব্রাংলকলবোই নীংলকলে। ফনা শাংই, ফনা ব্রাংই। মতোন অত্ ফেংফেং হাইরকই। "ঐদি লংখৎপবু ওম দ্রন!" নুপীনা হায়রকই।

"ফবে ফরে, ইবুঙোবু লংখৎহল্লো, নত চাকস্থ থোংগনি হায়বদাই ? নুমাংস্থ ফনা বাখৎলকলে, য়ারনিদা, মদুদা

লৈজিবদু মপুন ১০০ থোমুতমক মঙায়রমলগনি।" ইবুঙো লং-খৎলকউ, খোইদৌরে, থাবা থিবা থাদে।"

ময়ুমদু চপুত্র। ইচিল ইনাও থামী শানা শাংনা লাং-খৎপনা পংয়াম থামশিল্লকত্রে! ঐঙোন্দা তঙনা হংলকই—"কদোমদা পৈবগে য়েংউক্লো ইবুঙো?"

"পৈবমি খোইনা পৈদে। হাইবদি হায়বেবো তাদ!"

"এঃ অদুদি শুমদৌসি, চক্র লংখৎপদু থর-থর তপ্পা তপ্পা লংখৎলকউ। লোইবু লোইশিনগ্রবদি লোংখ্রা নিনি নীক্লা কুবদা অদুম্মক চেৎশিনজখিগদবা পোৎনিদা। সিদগীদি-নু শিং লক্ক অমা লাকলবসু চীংগুম লেঙলরোইদবনি। মপুনদু কয়াম থাংলি?"

"২৫ খক্তা মঙায়রে!"

"এঃ ফরেদা!"

নুংশা ফনা ফজনা হাইগৎলকলে। হকচাং অসি হুম্মা না ইরুজয়ে হায়বদু য়ারকলে। শোর চনীং তাত্রে। তপ্পা তপ্পা মশাং খী-খীদুনা লংখৎলি। য়ামত্রে—২৪—২৩—২২—২১—২০ ...। থঙহোদে, হরাও হরাও ১৯ দা মঙায়রবা মপুন অহু পায়খৎপা লাকনরিঙেদা শ্রো শ্রো লাউবা মখোল অমা তাখি। করিনো হায়দুনা ঐনা হেক হৌগৎতুনা ১৯শুবা চক্র মপুনদু পায়রগা য়েংখৎলকপদা শাংলবা থাংলবা চক্র ইকুদু মৈরম পাংনা কৈজে চিংলগা শাংনা হাইথখি—"বম!"

"ও ! লোইরেদনা হরে হরে !" ঐ ভাহাক জ্ঞান মাঙহনা ফমথখি। ভাহাকী মতুংদা খঙনীং নীংশিংলকখি—"তাদ মুনান-দি········?" তশে নমক মাগী মখোল মরা অমতা তাখিরমদে।

"ও ! চরূ মপুন ৯৮১ না নন্দুনা তাদ মুনান নোঙ্গাগ্রবা ?" ঐ পাখৎপগা লোয়নল্লা নীংখায়রবা চরূ ইকুহুগী অকোয়বদা কোয়চেল চেল্লমই। মফম কদায়দস্থু মাবু উবা ফংলক্রুবদা ঐনা থরায় রানা কৌরম্মী—"তাদ মুনান! তাদ মুনান!" মফম অদু উন রাইনুক চীকখ্রে। মখোল অমতা তাখিদে! থুনমক ঐনা নী খায়রবা চরূ ইকু অদুগী মথক্তা কাখৎলম্মী। কোয়না য়েংবদা উরে—নীংখায়রবা ইকু অদুগী থেল অমদা তুমীন ফমদুনা লৈরিবা, মুরবা কুচু ইজ্জৎ মাঙখিবগী মৈশানা তাইফেৎ তাইগ্রবা। য়াক্লবা কোরৌগী মৈশানা য়ৈবদা চেম্ফবক-লিবা অমুবা হুমাং মরিকশিংগা লোয়ননা ফমলমলিবা তাদ মুনানদু········ !

তাং ২।১১।৭৬ ইং

[ * * A. I. R. ইম্ফালনা য়াৰীবদগী তাং ১৮।১২। ৭৯ ইং অমস্থুং তাং ২১।১২।৭৯ ইংদা মথঙ মথঙ পাথোকখ্রবা। ]

---

## মাইবক য়েংবা

"য়েংউদো ইমা, ঙরাংনা ২৫০ নিদো, থাউগী মথক্তা লেমলকলিবা! ঙসিস্ত মতুদগীদি পংতা তারকলোই হায়নদি খল্লি। মখোয়গী হযেংগী পিক-নিক অসিস্ত ৩৫০ দনিদো লোইনখ্রিবতু। ঐদি চাম্মরি লৌনিংবনি। অতুবু ওঝা কুল্লোগী মমায যেংতুনা লুপা ৫০ দ দি তাবীখ্রবনি। হযেংগী অসিস্ত থাউদা লুপা ৫০ মঙায। চত্তমদি লেমগনি শোযদনা। অসুম্না স্কুম কংত্রবদি থা অমদা লুপা ৭৫০০ খব হেন্না তানবা ঙম-গনি। থা ৩ দদি মীগা শেল শিংবা লোইবা ঙমগনী। লৌ হনদোকপা ঙমগনি। অতুদগীদি নুংঙাইবা হাযবদু অদুস্মক ওইরগদবনি। অচৌ অচৌবা মহাওনশিং অসুম্না মশা মশাগী মবাইবক শেম্নখিবা ঙাননি।"

অসুম্না মহাজন মচা তোমচৌনা মমা কন্দালৈদা মৈফু তৌক্ল তৌক্লা মখোযগী তৃ দা ওইবকদৌবিবা মরাযবক্কী মবমদা রারী শাই। কন্দালে, মা বাইবনা মচা লুপা ৫ গা লুপী ৩পা

পুন্না নাউরোন খূনা-খুনা ভুন্দোকলমলগা মৌনা লুখ্রা ওইহৌরবনি। মখোয়গী হায়ববু স্থপনগী লৌ শাঙম অহ্মদ গা, ইখোল মচেৎ অমদা রাগী অকৈবা য়ুম মচা অমতংগা থম্বীরমই। ঙসিদি মপুরোইববু উখিদবা চহি ২০ ফাজিল্লকলে। মচা নুপা অহল তোমচৌগা মমাগনা শুনোমবা অদুনা চাব-মখৈদি চায় হায়ববু শেল পায়বা, মীরক তিনবা ঙম্বা হায়বদুমদি থোক্লমদ্রে। মরম অসিদগী তোমচৌনা লৈরিবা মান চাংশিং অসি কায়-থোকলগা খর অমগা পুলঙলগা করবার অমতং পায়খৎলুনা লাইবক অমুক্তং য়েংগে হায়বসি নীংলকলিবা বুইরবনি।

তাঞ্জা অমা লাকপদগী লৌ শঙম অহ্মদ য়োনবোই বন্ধব ওই লুপা লিশিং ১২ দা থমলে, অদুগা সনা লুপা খরগা কায়থোক্লুনা লুপা লিশিং ৫ অমগা খোমজিল্লগা লিশিং ১৭ থীদুনা, লিশিং ৮ অমনা থাখবগী মনুংদা থীনবা য়ানর-দুনা পেসেঞ্জর বস অমনবা অমতুং হন্দক লৌজরে। গাড়ি অসি ঙসি নিনিতমক মঙায়জবি সারভিস তৌরকপা। শোয়বা ঙাম্বা লৈত্রি। মতীক চানা শেল লাকলি। মমা মচা হরাওনা রারী শানরি।

ঙাহাক্তী মতুংদা মখোয়গী বস অদু খোঙ্গাললোমদা থোং-জিল্লকপগী মখোল তায়। তোমচৌ ফকহৌগংলি। হরাউনা হায়দোকখি—"গাডী য়ৌরকলে!" ইবাঙ লাঙই। গাডা থাররে, তোমচৌগা শুমাংদা। তোমচৌনা চেনশিনদনা গ ভীদ শীং-শীং নাল্লি। দ্রাইভর নহাদুদা হায়খি—"কমদোই ঙসিদি

মী খর ফজ্জবা ঙমন্না ? লুপা কয়াদি তাবা ঙমলকই ?" মনাও লুপা কন্দকটর ওইনা চৎলুবদুনা শেলগী বেগতু পুথোকলদুনা ময়াম্বদা পীরগা হায়রকই—"থাউ হাপখ্রগা লুপা ২৭৫ পৈশা ৭০ লেমলকই।"

"ফরে-ফুরে" ময়াম্বনা শেলগী বেগতু লৌশিল্লি। ড্রাই-ভরদা পাউতাক পী—"ইবুঙো, ফজ-ফজনা গাড়ী থৌগদবনি। ড্রাইভর হায়বসিদি মীৎনা য়াম্না শিংগদবনি। য়াম্না চেক-শিন্না থৌ! অয়ুক মমল য়ামখ্রবা পোৎশি নখূৎতা লৈবনি। ঙাহাক শংবদা কদায়দা কন্নি তৌরি হায়বা য়েংগদবনি। ফিৎ ফজনা তৌগদবনি। ফরে, পোথানবা তৌরো। হয়েংদি মীগী রিজার্ব চৎকদবনি।"

"লমদি কদায়দনিনা তাইবুঙো?"

"এঃ মোইরাং লাইখুরুম্বা, শেন্দ্রাদা কোয়বা, চূড়াচান্দপুর ঙাহাক্কং য়োকবা অসিতনি।"

"ফনি-ফনি তাইবুঙো!"

*     *     *     *

মথঙগী অয়ুক অঙনবদা যাত্রিকনা পূমলাঙ-লাঙনা পীক থন্না তোংলহনা থৌথখি তোমচৌগী গাড়ীদু। নোমহৌ-নোমহৌ গো-গো খোলদুনা চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই তোমচৌনা। সাইলেন্সর পাইপতগী থোরকপা মৈখূনা পুম্মম মম্না থৌগল তৌখি। তামখ্র-তামখ্রগা হেন্না নুংশিনা তারকই গো গো লাউবা খোঞ্জেলদু। চহীনা লুমথরবা অহলগুম মনম

পোল্লবা গাড়ীতুনা যাত্রিক কয়াগী হৱাও মীনোক্কা লোয়ননা চংখি। তোমচৌগী মীংয়ে গী ৱাংম লাম্না।

থৱায় নুঙাইনা তোমচৌ ময়ুমদা চঙলকই। মানা হেক ময়ুমদা চঙলকপগা শেল থৌরবা মীনা কোয়ঃয়োম য়োমই। অমনা হায়রকই—"ইবুঙো, ইচেগী সনা অহু ঙসিদি খর হন্দোক-পীদবা য়াদ্রে। লুহোংবা অমা চংলুগদবা লৈনে। ইবুঙোদি শেলবু য়াম্না ফংলে হায়না তায়। লাইবক চুম্বা হায়বসিদি তৌরু-তৌরুবদা কান্নবগা ওইগদবনি। নহাক্কীসু নংনত্রে, ইচেগীসু খবদি নংঙক্লদনা?" মচে তোম্বীনা হায়রকখি।

অমনমুক—"অহুনি অহুনি ইবুঙো, কৈগী মপান নাপিনা তাং, নাপিগী মপান কৈনা তাং, কৈরোল-লৈকায়; মরী-মতা হায়বসিদি অচিল-অকোম থংদোক থংজিল তৌনগদবনি। ইন্দোলসু ঙসিদি রা অমতা হায়গে হায়দুনা লাকলিবনি। নচল নুপীগা লৈগা লীক্লদু লিশিং অমদা থম্বীথিবা নত্রদো? অদুসু হন্দোকপীরো, অদুগা ৫০০ দংগা হন্দক্তী অমুক্কা থংবীদবা য়াদে।" মন্দোমচা থারিকলৈনা হায়রকখি।

মখোযগী পাউখুম পীবা নংলম নংফাংত্রিঙৈদা কনানো অমসু পোঙ্গালদা চঙলকপা উখি। তোমচৌ হৌগত্তুনা চেন-নিংখিবনি অদুবু লৈনবা য়াবা মতাঙ পোকখিদে। কৌখি—"তাইবুঙো লেঙশিনবীরকউ।" "থুংঙাইরেদা ইবুঙো তোমচৌ! ঐদি ইবুঙোগা উনররোইদ্রা হায়দুনা ৱারমলিবনি।" মুঙাদা ক্ষমথরগা মখা তারকই—

"ইবুঙোগা ইবাল্লি লৈনব। হিসাবতু লুপা ৮০০০ ওইরমাল্লে।'

"মাল্লি, মাল্লি তাইবুঙো।"

"অদু ইবুঙো, ইয়াম্বম্ নঙোন্দা পাড়ীদুমা য়োনথ্রগা অনৌবা অমা লেপশিল্লবা হোৎনরিবনিদো। লাইবক ফবদগী বর্মা শুগ্ম্ রোডতা চেল্লিবা, পারমিৎকা কোন্ননা হন্দক্তা চল্লুবা জুলুন্দর বোডিগী টাটা অমা লক্ষ অমগা মথায়দা লোইনদুনা লৌনবা তারিয়ে। য়ারবদি অয়াৎপদু পান্দদুনা লাকলিবনিনে ইয়াম্বগীসি।"

তোমচৌ ঙাহাক্তী জ্ঞান মাঙই, মকোক খোৎলি। তৌফম লাকফম খঙদে। অদুদগী হায়বকই, নুপীশিং অদুদা—"ইচেগা ইন্দোলগা ঙাহাক্তদি পোথাবীরমখো, ঐহাক তাইবুঙোসিগা রা অমত খন্নজক্লখিগে।" অদুদগী নুপাদুদা ওনশিন্দুনা হায়রকই— "তাইবুঙো, লেঙথোকসি— থোঙ্গালগী হোটেলসিদা চা কপ অমমমত্তদি ফাল্লখিসি। রারীসি ইশুনা তৌবা তারে।"

মবাল্লি থোকমিন্নখি তুংথ-মাঙথ। নুপী অনীদুনা ঙাই-ঙমদনা হাযহৌই—"প কই কুইরক্লু ইবুঙো।"

*　　　*　　　*　　　*

থোঙ্গালগী হোটেলদসু মীয়াম মরক্তা ফমদে। চীক্লা শডক ময়াদা হৌরিবা খোংনাং মখোঙদা মহাজন অনীদু রারী শানৈ। ফনা কুইনা খন্ন নৈনরবা মতুংদা নুমীৎ ১০নিগী মনুংদা শেল অদু শুনা থীবা হায়না য়ানরদুনা মহাজন অনীমক কায়নরকলে। তপ্প তপ্প চুরুট মচৈ অমা জ্ঞান তানা চিংলগা

তোমচৌ ময়ুম মায়কৈ পাংলকই। মাগী মকে'ক্তা অচৌবা মৈগী চীং অমা ইনখৎলকপগুম ফোঙ-ফোঙ শাবা ফাওরকই। মতম অদুদা তোমচৌনা খল্লকই—"করিনুংগী ঐনা গাড়ী লৌবা…………" অদুবু অমুকস্ মথঙগী মীৎকুপতা নীংশিংলকই—নুংমীদাংবাইরম খুদিংগী মাগী ময়ূমদা পুশিল্লকখিবা লুপা ২৫০…………নুমীৎ থরনিগী মতুংদা শোয়দনা লমন থুমন কোকপা [illegible]ল্লকখিগনি।

মানা ময়ূম য়োরকপা মতমদা অতোপ্পা নুপা অনী অমসু লৈরমলে। মখোয়সু শেল থৌবা লাকপনি! তোমচৌ কমদৌ-সিগে খল্লি।

ফনা কুইনা হান্নগী নুপী অনীদুগা নীপা অনীদুগা তোম-চৌগা মখোয় মঙা ৱা তানৈ। মখোয় মরিগী পুন্না লুপা ৫০০০ নি, শেন্দোয় য়াওদ্রে। মখূংতদি লুপা ৫০০ তমক লৈ। তোমচৌ ৱা ঙাঙথোকপদা লং-লং লাওই। মৈগী চীং মনিল ফোঙ-ফোঙ কারকই।

থোঙ্গাললোমদগী যাম্না ফিংনা নুপা অমসু চঙলকপা তোমচৌনা উখি। মহাক অদুমদি শেল থৌরগদবা মীশকমক্তি মান্দে। মশক মশা থোইনা খঙবা মী নত্তে। অদুনা অহানবা অমুক্তং য়েংলুবগা থওইনা খঙ্গক্লদনা ৱারীদা অমুক লুপথনরকই।

চঙলকলিবা নুপাদুনা হংলকই—"তাইবুঙো তোমচৌগী য়ুমবু ?"

"ঐনি ইবুঙো করিনিনা ?" তোমচৌনা খুমলকই।

"গাড়ী · গী·· ··নি তাই·· ···বুঙো।" নুপাদুনা খুমলকই। তোমচৌনা খল্লকই—অখু-অকাই, লুহোং-কৈহোংবগী

গাড়ী হায়ার তৌবা শোয়দনা ওইবমগনি। হংলকই—"গাড়ী হায়গদবরা ইবুঙো? কৈদৌঙৈগী? করি থবক্কনো?" নুপা অমত্থনসু হায়রকই—"পীখো পীখো ইবুংো, ময়াম্মা চৎনবদগী তরা অমাগ, কন অমসু ময়েংথোকখো! করি হায়বগে?" অকোনবা চঙলকপা নুপাহু পাক্লা রা হেদে কপা ঙমলমদে! ইক অা ইক-অা তৌহনা ফং। কুইনা লৈখি। মাগী মতৌদু উবদা তোমচোনা হংলকই—"হেক্তা হায়যুনে ইবুঙো, কৈদৌ-ঙৈগীনো?"

"সুমদৌবনি তাইবুংো," লাকলিবা নুপাদুনা হায়রকই, মথা তারকই—"তাইবুংোগী বসত্ শেন্দ্রগী চৌংচপ রাখৎপদা একসিদেন্ট !'

"করি একসিদেন্ট……।" খঙহেদনা তোমচোগী মকোক্তা ঙসাই মথৈ মনিল ফোঙ ফোঙ শানা কাহৎলম্মা মৈগী চৌং পোকখায়রকখি। ঙগৎ অসি ১থক মখা থোক ওনশ্রবোই নাঁংখি। মমাং তন্দন পাইখি……মাগী মসাব পুম্মম মনখি। অমম্বা জগৎতুনা মাগা রাখলদা উংকখি—" অহল ওইরবা মগী গাডীদুনা শেন্দ্রাগা চাংলনবা যান্ত্রিক মথামদুগা লোয়ননা লোইবোং কাখংনা হেনরক দা খংহৌদনা লেপ-থোকখিবা ফাষ্ট গিয়ার শিনবা নংহৌদবা ষ্টার্ট মুৎখিবা ব্রেক ফেল ওইরকখিবা মনী, হংন হন্না বগা চেঙ্করকখিবা……খঙহৌদনা লোংনা হাইথরকখি……অঙম্বা চাংমায়দগী অমুক অনীরক থোক থোক ওনবদা গাডীগা হজিনগা বোডিগা

তোঙান-তোঙান তাখি ...... মল্লবা বোডিনা লোক্তাকী ঈরোল-ন্নুংদা লুপখি ! ...... শংবানরবা চীংচেপকী থেল অমদা গাভীগী চাকা তক্লকনা মালংদা তাউত্নুনা মতম কুইনগীদমক্তা অরা পোখাত্নুনা শ্বর চনিং তানা হোন্থত্নুনা লৈরম্বা ......"

পুম্নমক অসি অশেঙবা তাইবংপান অত্নুদা পাউ পীবা লাকপা ন্নুপাত্নুনা মরীক চুম্না লীথরকখি। শেল লৌবা লাকপা মীশিংত্নু ন্নুংশা শোর মপী অমমম শাংনা শাংনা হোন্থনখি।

তাং ২।১১।৭৬ ইং



* * * * * * * * * * *

* ন্নুংশিবতনা জগৎপু শেম্বীবনি !
* স্বর্গ-মর্ত্ত অনীমক্ত
* অমরনি ন্নুংশিবদি ॥
* পাদ্নুনতদি য়েংবীয়ু—
* শরৎচন্দ্রগী ন্নুংশি-ন্নুংঙন উপন্যাস

## ॥ ঈশৈ অমগী ন্নুক্ল ॥

* * * * * * * * * * *

## * * * * খুমহৌদ্রবা পাউখুম * * * *

সন্ধ্যা য়াচঙবগী মরাঙ-মরাঙবা লোইগ্রে। তাইবংপান পুম্বসি মেরাগী ১৪নি পানবা থাজগী মঙানলক্তা তিনখ্রে। ইবেচাউবী অইঙবা থাবল্লক অসিদা চীক্লা হকচীক লাংবা থোরকই মদোম। ঙসিদি ওন্থোক্লা চীকখ্রবা হায়বদু ওইরে, মচা অতোম্বা চহি অনীতা ঙায়রীবদু তূমথখিবতা মঙায়রি। অহল থর লমহেনবদু মদি মনেম্না কুমহৈ য়েংহনগনি হায়না পুদুনা চংখি। মপূরোইবম্মু হল্লক্ত্রি। কয়াদ চীকখ্রবা!

ইবেচাউবীনা মফমসিদা য়ুমগী মো ওইনা লাকপা ঙসিগা থানদি চহি ৭ পুরা ফারে। মাগী মপুবোইবগা মাগা মানা ফনেক খোইদোম শেংলিঙৈ শক খঙনখিবা নত্তে! অহল মশেল ব্রা লোইনদুনা পুন্সিগী শক অমুক্তা খঙনরক্ত্রিবা গোকুলদা য়ুম পাল্লকপনি। নৈশারিঙৈ খঙনখিদে হায়বদু মঙায়, মখোয অনী য়াম্না চিন্না-চান্ননা য়ুম্বানমিন্নে, নোংমতা

থৎন-চৈনবা তাদে। মনেমনস্থ ওম্থোক্না লুন-চাম্ন তৌবী ইবেচাউবীবু। নোংমতা অঙাঙগী নিংঙাই হায়বহ্ ইবেচাউ-বীনা মশক খঙজদে। ঙসিদি মহাক মশাগী চহি ২৫ শুরে। কেনা মৌনা লৈবনা মচা অনী শুজে হায়বহ্ মঙায়, ইবেচাউ-বীগী শক্ত, চুদ ঙসি ফাওবদা করিস্থ ব্রাৎপা লৈত্রি।

অসূম্না নুংদাং অহ্ মপুরোইবগী য়ুমগী শুমাংদা বৃন্দা দেবী মখোঙদা হকচীক লাংহুনা কয়া কুইনা থাবলগী ঈপোমদা ঈপাল লাংলুরবা,—মহাক খঙহৌদ্রে। অমুক অমুক জ্ঞান তারকপদা নীংশিংলকই— "অঙাঙ হৌরব্রা?" .... মনা মনিল তাদে। অমুক তাওথখি থাবলগী ঈপোমদা মাগী পুক্নীং হকচাং! অচীকপা থাবলগী মঙালদা ফ্গায়না শাৎলিবা থাবললৈ, পুথ্রী মপালগী খাগী লৈহাউ লৈনস্থ মালংনা হুরগা কোয়না য়েল্লক-খিবহ্ মঙোন্দস্থ লৈনম ফাওরকই! অমুকস্ ফাওরকই—চিনি চম্প্রাগী মনম.... অমুকস্ ·খঙহৌদনা তুলসিবোংদা হৌরীবা লৈহাও লৈরেন্না অসিগুম্না থাবলগী অঙকপা মায়া অসিদা খাঙঙম-দ্রদ্না লৈরোন শাৎতোরকপগী থম্মোয় ফ্কপা লৈনম। পুম্নমক অসিনা ইবেচাউবীবু লৈতাহনদে। মাগী মথম্মোয়দা করিগুম্বা অমা ইকাউ-কাউথোকপগুম; ইচীৎ চীৎথবগুম তৎতনা নীংজিং-মাঙজিংনরকই। করিনো, কনাবুনো, করিগীদমক্রনো হায়বদি মাস্ খঙদে। খঙগেস্ নীংলুদে। অদ্বু মানা মসিমদি খঙখি—"মসি ওইরমাল্লে, মেরাগী থাবল হায়বদ্!"

খঙহৌদনা থোঙ্গাললোমদা মপূরোইবা লাকপগী গাড়ী

মখোল তায়। গেরেজদা গাড়ী থমজিল্লরগা থোরবন্দা মঙায়রি।
ইবেচাউবীনা হংখি—

"করিগীনো ঙসিদি অস্লুক থেঙলকলিবা ?"

"ঐবু অমুক্তা অসূম্না থেঙখিদবরা ?"

অসূম্না হেক হেক থেঙনা হল্লকপা অসি মপুরোইবগী হেন্না মথো চিল্লকপনি হায়বসি চহি ৭ লৈমিন্নরকলবা ইবেচাউবীনা খঙই। অদুনা শম্না হংই—"অদুদি—?"

"উম, পোষ্ট মোরটেম অমা।"

"কনাগীনো—?"

"মমিং চংলবা অইবা অমগী।"

"অইবা........।"

"মান্নি, ঙসি ক্লমীংয়ুংবা মতুংদা খঙহৌদনা লৈপাক্লা শকঙ খঙনরবা লাইরিকইবা সুরেন্দ্রকুমার মাগী রিডংকুমদা হার্ট ফেল ওইহুনা নোঙ্গারম্বা মাগী ইমুং মনুনা থেংনখি।"

"সুরেন্দ্রকুমার....... ইঃ "

খঙহৌদনা ইবেচাউবী ব্রাখলগী মঙলানদা তিনখি। ব্রাফম অসিদা মাগী হক করি লৈত্রবস মংোন্দা অরা পোংলুম অমা থোঙ্গংলকপগুম ওহাক চরম কংখিদবদি নত্তে।

"নঙ মাবু খঙব্রনে ?"

"খঙদে.......উম! মাগী লাইরিক কয়াদি পাখ্রে!........"

মপূরোইবগী মফমদা করিগীদমক্তা "খঙদে" হায়না পাউঙ শমখিবা! মহমক্তা মঙোন্দা তাশোন্না থিনবগুম থোকখ্রে।

অমুক হেন্না অরাবা অমা ওইহল্লে। "খঙই" হায়রমলবদি মথক্মোয়গী অরা পোংলুম খরক্তা ওইরবস্থ হুম্বরমগনি খল্লি। অদু বু করি হায়রোইদবা লৈরবস্থ রাক্ম অসিমদি মপুরোইবগী মফমদগী ইবেচাউবীনা লোংপা প মখি! হংনিংখি মখা তানা—"পোষ্ট মোরটেমদা করি থেংনরকই?...." অদু বু কান্নদ্রে খন্দুনা হংখিদ্রে।

করমবা মতমদা মপুরোইবগা মাগা চঙমিন্নরকখিবনো হায়বা ইবেচাউবীদি খঙহৌদ্রে। মখোয়গী কাদা লৈরমলে। মপুরোইবনা মফি হোংদোক-হোংদোক্না হায়—"ঙসিদি হকচাংসি ওস্লোকনা চোকথৈ। য়ামনা রায়।"

"চাক চাররোইদ্রা?"

"চাররোই, চানিংদ্রে।" অসি হায়রগ মশা কোমনা ফমুংদা পোখাখি। ইবেচাউবীনা মপুরোইবগী নাক্তা চঙশিল্লগা হংলকই—

"করি তৌরে?"

করিস্থ খুমলকতে। মাস্থ হংবা তৌদে মখা তানা। মপুরোইবনা মমীৎ উইশিন্দুনা তুম্বা থেপ্নগুম তৌই। তুমথবা য়াদনা উই। হায়রকই—"জগৎ অসি অরাবগী মশকনি! রাখল লৈরবা লেখক অতৈনা শিখি........! মাগী চাকখাওদা করিমতা তারমদে!.......করিমতস্থ য়াওরমদে.......!"

কয়া কুইনা মপুরোইবনা রারীহু লীখি, মহাক করিমতা নীংশিংবা থোকখিদ্রে! মতমদু মক্তি ফনা কুইনা হৌখিরমলে। মপুরোইবা নাখোক্তুনা তুমথরমলে। থাবল মঙালনা মালেম

অসি কবোক পোকলে। মদু পূম্বা নাকলগী মীছুংথোঙদগী ইবেচাউবীনা উখি। হৌজিক্কা ফাওখি মশাদ অইঙবা নুংশীংনা য়ৈরকপগী তুখোঙ খুদিংদা তুজুং-মাজুংনরকপদু! ফূক হৌগং-তূনা মীছুংথোঙ লোনশিনগে লাক্লরকই। অদুবু লোনশিনবা ঙমখিদ্রে! মদুগী মছুংতা য়েংখি—ভা থক নাইদ্রবা থাবলগী ঈপোমদু! থম্মোয় পেন্ন য়েংখি। নীংশিংলকখি—অদুগুম্বা থাবলদুগী কুম্মৈ অমা!.... অঙকপা কুম্মৈ অমা, মাগী পুন্সিদা থেংনখিবা—য়ামনা ভাঙনা ওস্থোকনা ভাঙন........।

মতমদু ইবেচাউবাগী চহি ১৬ তমক মচঙলকলি। চাউ-রৈগা কনবনা মানদি খঙজরমদবস্মু য়াই, অদুবু মীনদি মহয়না লূমথরবা হৈরাং পাম্বীগুম উরে। অউবা কনাগী তিল্লাং খোয়-দানখিদবা য়াওবগে? মতমদু মকনি, নোংমা রাখীনবগী হাফ হোলিদেদা স্নুরেন্দ্র কুমারনা লাইরিক য়োনবা লাকখিবদু। মাগী পুন্সিদা ইশান হান্না ফোঙখিবা লাইরিক। অহানবা খূৎইদু পানখি, অদুদগী হৌখি মাবুস্নু লৈপাকনা শকখঙনবা। স্কুল ছুটি থারকপদা মখোয় ময়ামদসু অমমম পীবমই, মাগী অহানবা খূদোলদু মদুগী মমল মানাস থিরকতে পীগেদি খনখি, অদুবু অকাওশিংদ ননখি। অদদগী মথঙগী খূৎফোঙ কয়া লাকপদু পাখি নৈদনা, মানাদি য়েল্লকাখিবা নঙে অহানবদুগুম। অসূমনা লাইবিক যোনবা লাকমিন্নবদা য়াঙমিন্নরকখিবা মাগী মক্লপ অমগা থাইবেম্মগা (ইবেচাউবাগা মমান্নবা) নুংশি পরৈ চেৎনখি, খৎহৌদে, থা খরগী মনূ দা মখোয় নুংশি পন্থুংনখি

নোংমা থাজদনা অসিগুম্বা মেরাগী থাবল অমদা ইবেচাউ-বীনা তুলশিবোং ৱাই তৈরিবৈঙদা থাইবেম্মা তপ্প-তপ্প চঙলকখি। থাজক্কদে ময়ুম পানগ্রবী মানা অসিগুম্বা মতমসিদা অসূমনা মক্কমদ্দা লাকনি হায়বা। ইবেচাউবীনা হংখি—"হাইমা, থাই-বেম্মা ন ত্রাও ? কৈগীনো অহুদে, হল্লকলবা হায়দ রা ইবেম্মা ?"

থাইবেম্মনা তেন্না খুমখি—"উম !"

থাইবেম্মা মথায় য়ামনা নুংঙাইতনা উখি, থাবলহুনা সাক্কীনি! ঙাহাক মখোয় অনীমক তূমিন-তূমিন লৈনখি। থাইবেম্মনা ফূইরবা নুংশা শোর মপী অমতং হোন্দোকলগা হায়রকখি—"ইবেচাউবী, নঙ ইমাবু অমুক্তং কৌবীক্কগেরা ?"

—কব্বিগীনো ?"

—"পাজি তারবদি শোয়দনা চৈগনী। য়াম' ঙাঙনি !"

—"হৌজিকপু চৈরক্কনি হায়দ্না লোংপা য়াগদরা ?"

থাইবেম্মা তূমিন্না লৈখি! ফনা কুইনা লৈখি! থাবলগী মঙালদা মাগী মীৎলুদগী নাস্থরকখিবা অহীং লিক্লাদ্ উখি। তপ্প-তপ্প তৈথোক্লগা মখা তারকই—"ঐ ইমাগী য়াথং অমতং তারগা পুন্সিসি........"

—"মদ্মক হায়বা য়াই ইবেম্মা, থা ফাওবা ফাখিদ্রি নঙনা লুহোংখিবদ্"···· ইবেচাউবীনা শাউনা খুমখি। অদ্বু থম্মোয় চাকলবীদ্গী মতোঙ্দা মানা কয়া কুইনা শাংথনা শাউবা ঙমলুগনি ? মবান্নিমক কোনশিন্নদ্না নুপী ওইবী মপোক্কা

পীরবা লাইবক্তীদক্ক তেংথা-নাওইনা কপমিন্নখি। থা ৯ গী মতুংদা থাইবেম্মা মচা মুপী অমা পোকখি!

* * * *

চহি খরগী মতুংদা অসিগুম্বা মেরাগী থাবল অমদা নোংমা থাজদনা ইবেচাওবীগী মথুংতা চিঠি অমা য়োরকখি। চিঠি অদু সুরেন্দ্রকুমারনা থারকপনি। মানা অসুম্না মঙোন্দা চিঠি ইরক্কনি হায়বসি পুন্সিদা খক থাজক্কদে। থাজক্কদ্রবা চিঠিদুবু ফাক্তোক্কনা পাক্করি। অসুম্না ইরম্বগুম তৌই—

লাইবক ফবী,

অচম্বা চিঠি অমতং ইখিবনি। ঙক্লা থোকলম্বদি য়াই—মরমদি পুন্সিদা উনবা য়াবা পোংকুম উনখি তোয়না। অদুবু অসিগুম্নদি খক থোকখিদ্রি নত্রা? অদুবু ঙসিগীসিদি অশেংবা থম্মোয়গী খঙনিংবনা লাঙতক্কুরকলবা ব্রাহংনি। পাউখুম পীরকত্রবসু য়াই, অদুম ওইনমক ব্রাহংদুগী পাউখুম খঙলবসু খুমলকপদু তানিংবা হায়বা অমদি লৈবনী। নহাক্কী খুসিনি। হৌগ্রবা থোথোক্কী মরমদা খরদং খঙনিংই। নঙোন্দগীদি খঙবা ঙমগনি।

থাইবেম্মাহু করম-করম পাল্লি? মরুপকী মুপী অমা ওইনা ঐনা মাবু ওস্থোক্লা নুংশিখি। ওস্থোকপা মরায়বক হায়বহুনি। মাগী কায়নখিবা মতম কয়া অমা প্রকাশ ওস্থোক্লা রানা লেনখি! থাইবেম্মসু ব্রারমগনি। অহুবু করমদি তৌনি? থাউগী ঈশিংগী ভিন্নবা য়াদবগুম মখোয়গী অহলগী থাইবেম্মগী। অমনা

নোংপোক অমনা নোংচুপ। প্রকাশকী মমা-মপানস্থু থাইবেম্মবু অঙাঙনি শেমলগা থোক্কনি হায়বসে খল্লবা ৱাংখি, থাইবেম্মস্থু মীওইবা অংর নত্তে হায়বহ্ নীংশিংবা ৱাংখি। ঙসিদি অহলশিং অহ্ তাইবংপাল থাদোকখ্রে। মখোয় অনী হৌ-জিকফাও লৈমিন্নজরমলবদি ....। অসিগুম্বা খল্লবা ৱাংপা নুপী মুপাগী মরীসিনা অতৈবুস্থু খঞ্জানহল্লি তোয়না। অসিমক্তনা ঐবুস্থু খঞ্জানহনখি। চথোরকপা হংগোইখি। অহুম ওইনমক থম্মোয়নদি তত্তনা নীংশিংখি, মতম অমা, ঈশিংখোংগী কুমহৈ, পুন্সিগী লীলা মেরাগী থাবল অমদা তাখিবা মেরা থাগী ঈশৈ অমা—অথাপ্পা মাইক্কী খোঞ্জেলদা ঈশৈহ্না থম্মোয়বু নুং-পান ওলহনখি নং—ঐ, মখোয় অনী.... । অহুবু পুন্নমক ঙসিদি অকাউ-শীংদ চনখ্রে। নীংশিংলুরগা থম্মোয়দা অৱাবা নত্তনা করিদি অমুক লৈহৌরিবা?

থাইবেম্মগী অঙাঙ নুপীমচা অমা উনখ্রে হায়বা তায়। অঙাঙদু কমদৌরি? ঈশ্বরগী মফমদা মখোয়গী য়াইফ-মঙ্গল নিজরি। অদুগা প্রকাশতি অমুক্তা লাক্কবরা? কলেজস্থু তম্মীন্ন-খিদ্রে। করি তৌরি হায়বস্থু খঙখিদ্রে। থাইবেম্মদি না-য়েক্কবরা? তেঙবাংনিংই মখোয়গীদমক্তা। ঐনা ঙমগদবা ওইরবদি নীংশিংবীরকপসু পামই। মঙোন্দসু নহাক্কা থর তম্বীয়ু।

করিগুম্বা মতমদসু নখোয়রোমদা ঐ কোয়থোরকখি। খঙ-নিংবা ৱাক্ফম কয়া খঙগে হোংনরবদি খঙবস্থু ময়ারম্বনি। অহুবু নখোয়দা হংবা হঙ্গোইজখি। উদনবা লোংখি হায়বদু য়ারে, ৱারৌগনু..........ঐনা নখোয়বু উরগা কয়াগী মতিক




নীংশি লুই মমই, শেশে নমক মমই।

পুন্সিদা ৩ বা যাবা শিক্ষা কথা পাযরুরে। হোংনবা যাবা হোংনরুবে। নীংলবশী লকপা খুদিংমক অমত্তা মহাও তদ-নদি তোকাখদে। কশেং মক জেক অফ ওল ট্রেডস মাষ্টর অ নন হাবহ্‌ গদ্রা হংনা চনখিদবদি নত্তে। ঐনা লৈরুবিবা মফম, শিল্পবিবা সমাজ, ওইরিবা ফিভমত্তুনা ঐনা লংলকপা পুন্সিগী শিক্ষা খুদিংমক পানথংপা যাবা মতাং ঙাক্লি। হোংক হৌজিক ইশানী চহী ৭০, লরায ইম্ফাল অনীগী ভূনা মমি তাঙ্গা মফম, ২০শুবা শদান্দীগী লোইবোই লানশিনলকপা মম। ইংলেন্ড চংনবা যানা বি, এ,। ইশক ইংনৌ পথঙ মচাগুমলি। সি সঙোয। চাবা হেন্দে যায়দি লেম পাবমক নত্রবস্থ। শেল পাইগে হাযববস্থ ঙমখিদবদি নত্তে, ইখুংতা লৈখিবনি নংমহ্‌দদি।

শরৎচন্দ্রগী ৱারী মচা মচা

নৌনা য়ুম পাল্লুই—নীংলকপা নোং•নুংশীং অমদগী। অদুদগী হৌখি পুন্সিগী শিন্থা। পুন্সিগী লিলা। চাং য়েংথি মথল মথেল শিনফম কয়া—কলা বিদ্যাদা, ঈশৈ নোংমাইদা। মহুয় য়ানবা ঙমখিদে, পুন্সিগী চহী খর মশিং চনবীদনা মাঙ-হনখি। অমুক লাইব্রিক ইবা কবিরা কোবীরা অমদি ওইনিং-লকখি। নহা ওইবগী পল্লেপফম খঙদ্রবা রাখলসিদা মথোঙ খঙদ্রবা রারী খর নীংশিংলকপদগী। ইখি, ফোঙখি। মদুমক্সু মহুয় য়ানখিদে। অমুকস্সু আর্ট একতিং, ষ্টেজ আর্টিস। পুম্ন-মক্না পুন্সিবুদি মীরায়না খল্লি।

কলা বিদ্যা! বিদ্যালয়সি! ওন্থোকপনি কলানা পূক থনবদি ওইথোক্কে। য়ুমদা নৈরীবী নুপানা খু খু কাপ্না হৌ-রকই। চারা হেনবা তারকই। সংসারগী মায়ানদি কনখিবনা লীপুন অহুদগী নাম্থোকপদি ঙমদ! ইচা অদু চহী অমদি মপুং ফাররিগদ্রা? লৌ উবা তাই। লৌউদুনা য়েংবা। লৌমীসুফনা মনুংঙাইনা মপুন্সি লেননৈ। চহী অমগী মনুংদা থা ১/২ দং মতম মাঙলগা চহী চুপ্পা ফমদুনা চাবা।

লৌ উই। কুমদু ফৌনা চোন্না হাপই, পীক্লবা ঐখোয়গী কোং মচাদু! ফমদুনা চায়! নোংম-নোংমগী খরচতি মরাং-লকই। ফৌদা তাই, চাবদংদি চি লাউনা কোন্ননি খল্লি।

মী ওইররোই, কমদে সিগে? লৌ উবসিনদি মী ওইর-রোই। দুকান ফমসি। দুকান।

নীংলকপগা পাঙথোকপনি। মমাঙ ছিঙখোল মচীদা ৱাগী হুকান মচা অমা শাই। অৱৈবা ফৌচেং, সনা লুপা কাম্বথোক-লগা ললোন শেল ওইনৈ। কনা লুংঙাই, শেল লেপ্পা লৈত্তে, লাকপা চংখিবা চ খিবা লাকপা। খরচ চাউই, চুক্ত অহাওবা, পানা, য়েঙ্গাং অংাওবা অনৌ অপেন লৈথোকই। অহান-অহানবা কৈথেংদ উখিবত্রু। শেন থোকপনি হায়দনা পেক লাউবা লাকপা য়াবা নত্তে; ঐগী শঙ্কক তমলকই—লৈকায়গী পোংয়েং, শ্রাদ্ধ, লুহোংবা, নাহুং-নারেংবা, ক্লবকী, ড্রামাগী, চাকচানবগী, এসোসিএসনগী নোংমন্তা খুবক হাঙদে, ইনভাই-তেসন, ইনভাইতেসন॥ হয়ু হনগী; নহা অহল, নুপী অঙাঙ মকুপকী মকুপ ঙাক। চাখোকপীব। থকতোকপীবা লৌথোক-পীবা যাবিইঙ মা রাংত্তে। কুইত্রবা কাউংত্রবা করি নত্তবা ৱাফম অমগীস্তু যারনি মংাগুম পোপথে কৈল, লংলা লংজিল চি থোকৈল। থৌবৈ, পীথোকাখ। পীকলবা শেল্লেপংগী পোক-লকপা শেঙ্গোংনা পুন্নমকতু মায়োক্লবা ঙমলকখিদে। বাকা বইদা পংলবা হিসাবনা শেল্লেংাতগী হেল্লমখি। দুকান ইকোক কোকহ। অদুমত্তুদা হান্নগী হানগুম্না লাবখি ডোনেসন, ইন ভাইতেসন, ক্রেডিং—অমুক হল্লকলৱোহদোবা অশিবা শেনফম কয়া। মহাজনগী মপুম ওইবা হিসাবতি পৈশা অমফাও' ৱাংত্তনা থৌবা লাকখি। সোমদা মশীং থাবীত্রগা লুদা—মথায়গী হিসাব ময়ামদুদি মথোয়ন মশীং থাবীরকখিদে। হা-হী নোকলকই থো বদা, নীংশিংলুবদা। মশীং থিঙ্গমত্রবা

লুপা-লুপা কয়া মখায়-মখায় কয়া ....মরক-মরকতা থীদোকপা লৌশিনবা—লৌশিনবা থীদোকপা শান্নরম্বা টেমপোররী কষ্টমর খরগী চাউরচাউরবা হিসাব ১৫০, ৭৫, ৮০,........পূন্না লুপা লীশিং ৩ গা চামবি পৈশা ৮৫। সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা থাদখিবগুম তুমীন পণ্ডশিন্নখি।

মী ওইররোই, তোকলসি দুকান। দুকান ফম্বা তোকপা তায়। অনৌবা শেললেপ হাপচীন্দ্রবদি চলাইবা শুমলরোই। অদুদি হাপচিনগদবা শেল্লেপসিনা অতোপ্পা অমমুক য়েংবদি কমদৌই? নোংমগী অসূক তোংই অস্থুক মাশুই খণ্ডদবা হিসাব লৈতবা দুকান্দগীদি থিকানা ফৈ! ফৈ থিকা তৌবা তাই।

হৌনা য়েঙ্গাং ওইনা অহানবগী লিশিং ৬ তংনা শেল্লেপ ওইরগা পায়খংখিবা থিকাদু থা ২ গী মনুংদা লিশিং ৪ তোংই। গাড়ী লৈদবা য়া দ, মীগী শেলসি শিংদোকখিরোই। হন্দক্কী লীশিং ২০ মুক্কী অমা য়েংদবা য়াদে।

লীশিং ২০ দগী লক্ষ মখায়গী এইম! পূম্নমক পুমতোই। বিল শান্দ্রিশুদা নীংখায়খি প্রোজেক্কী কেনেল। কোক্কী শম কোয়তুনা লাইবক্ত থূদ্যমনা স্থুদুনা থাশুখি। মীগী মশেলনা খ্বাং কোয়।

অদুদি হৌজিক কমদৌবা? পুন্সিদা খ্বাইদগী ঈংবা থবকসিবু করিনো? তলবত্তা থবক তৌবা মীশিংশি মশা নান্না ওন্থোক্লা শান্তিদা লৈনে। অদুবু গ্রেদ মচাগী থবকশিংদি তৌনিংদে। তোনশিন-তোনশিন্দুনা তলব চায়। থা অমতা লেম্মী হায়বসি তাদে, কোন্নদেশা হায়। অচৌবা গ্রেদকীদি

খণ্ডদ্রে। তশেংনমক মখোয়দি ন্‌ংঙাইজরমনি, ঐ থাজে। অদুদি বি, এ, সিনদি হৌজিক্কী মতমদা কৈক্ষু ওইদ্রে। এম, এ, তমলু-খিবা তারি চহি ২ দং।

মচা ৩ শুরবী ঐগী নূপীনা রানা নংনা লৈহৌই। লুপা লীশিং ৫ দং চঙনা হৈনা শিংনা এম, এ তম্বা লোইশিল্লি। থোরকলগা থবক খিবা হৌই। খবরদা কাগজদা এডভারতাইজ-মেন্ট কলম য়েংবদা মীৎলি নাই। চানবা পোষ্ট ইথেং-থেংনদে। চহী অমা খালি! তৌফম লাকফম ইখণ্ড খণ্ডদে, জ্ঞান-মেন অমা ইতা তাদে। ওল্লকপা চহাগী বসন্ত ঋতুহুদা চানবা পোষ্ট অমগী এডভারতাইজমেন্টকী কলম অমা! মীৎ থক্কৎনা পাখি। তন্নমক দরখাস্ত থাই। .... গুড একাদেমিক কেরিয়ার.... ওনর্াস এদ ডিগ্রি ষ্টেজ ইনদি সবজেক্ট কনসর্ন উইথ এ মিনি-মম মার্ক অফ ৫৫% (বি প্লস) ওর হাই সেকেণ্ডক্লাস (55%) (এম, লিং, ওর দি ফিল) এক্সত্রা-এক্সেত্রা ....! মপা কনানবু য়োবা ঙমগদগে? লাইবক য়েংগে। ইন্তারভিয়ু লোইখ্রে। লুপা! লুপা!! শেল হুনগৎনৈ। নিলাম লাওব দোনা, লীশিং ১০,০০০ ১৫...... কমনো, কমনো? মৈত্রবাক্কী লাইরিক হৈবশা। কমনো? অহুবু ফম অমগীদমক্তা মতীক চাবা এম, এ, চাম্প-চাম্প! শেল য়াম্না পুখোক্ত্‌না ওইবা ঙমনখিবহুনা লেমনৈ-চৎনৈ—ইকায়বীদে। সমাজদা মাগী মফম চাউনা থাকনৈ, সন্মান ফংই। তশেংনা তমহোদ্রবহুদি মফরে, ঙমলুরগা থবক তৌদ্রবহুদি মৈত্রবাক্তা মী ওইনা থনবীদে। অরাবনি মেত্রবাক্কী মীনোক! মীরা ঙাঙনবা। মৈশা অসি ঐস্থ ফ খি! কযা ফুইনা ফংখি? ফংখিদোবা মালি পূসিসিমদি!

তাং ১০। ১১। ৭৬ ইং

---

# উমা বাবু

"রাম-রাম বাবু !"

"রাম-রাম !"

হনগংনা য়েংথংলুই। মখোন্দুদগী হান্না খঙগ্রবনি। মা ওইবমনি হায়বা। মশাক্তু নোংনা পুমচোৎ চোংলমলে। হাপ্পা অমা লুমীৎ মশক উরক্লিবনি। নোংনা মীং-মায় পাঙবা য়াখিদে। মীংকুপ 'মতা লেপতে পীং-পীং। তুরেলগী ঈশিং ঈস্নায় নোংমা নোংমগী হেঙ্গংলকপগী পাঙ্ভ রেডিওদগী তঙনা তাবা ফংই। মী খূদিংমক অতন লাই চুনৈ। থেনা লৈবী খরদংদি খোংবান লূকলাংদা তুরেলদা ঈন চিংলি। মতুম্তু নোংমগী চারা লৈমন্দবদগী হেনফত্রতুনা তৌবনি। খরা লৈবা ইমূংদদি মপান ঈপান থোকনত্রবনি। হূই হৌদোং ফাওবা অকুন-অকুম্বা মকম থিনদ্রনা কুম্নখিবদগী মচী লেঙনদ্রে। করি হায়রুনি? হৌদোং উবা য়াখিদ্রবা ঐখোয়গী অরাংবদ্রু ফাও' হৌদোং উবদা কাবক

মানা চুরুটতু চল্লগা মৈখুহ্ন শাংনা অমুক্তং কামথোকলদুনা হায়রকই—"বিষ্ণুপুর।"

—"নোং মরকসিদবো? বিষ্ণুপুর অমুক য়োরুখিগদবা?"

—"হোয়।"

ঙাহাক তুমিন-তুমিন লৈনৈ। অসুক কুইবসি মহাক কনানো হায়বা তাংদাংবা ঐ খঙখিদ্রি। থেঙনৈ হাপ্পা থুদিংগী য়ুমশকৈশাদা তোয়না। অদুবু মাস, মথৌচিনবগুম থুনা চংখি! ঐসু করিগুম্বা খরদি মঙোন্দা হংনিংলকপা কুইরবনি, মতাঙ চাদহনা হংখিদে। হংলুবগীসু করিদি কান্নগদৌরিবা? খনখি। অদুবু খঙদি খঙনীংখি। খঙদ খঙনীৎলকলবা মতমদা ইদোম খুমজখি—"হোয় মহাক মিথায় য়োনবা ভায়ানি। মাগী মমিং উমা। অশাংবা ওইরগনা "উমা শঙ্কর প্রশাদ" মসিসু খঙলমলোইদবনি। মাগা ঐগা হিসাব বইদা হিসাব ইনবদা খঙখিবনি। ঐমক্তি মমিং ইন্দ্রবসু "মিথায় য়োনবা" হায়রগা কলমদু ইগে থৌরাংখিবনি। মানা যাখিদে। ঐনা হংখিদনা মানা তাকলকখিবনি "উমা শঙ্কর প্রশাদ" ঙসিদি পুক্নীংগী খঙনীংবা খিবিক হংলকখি নোহোনা।

—মণিপুরদা লৈবা চহী কয়া শুবে?

—চহী ৬...... থা খরা।

—পোক্লকম লমদি?

—মধ্য প্রদেশ!

—মধ্য প্রদেশ?

—হোয়!

—করিগীনো অসূপ থাপ্পদি ?

—হিংনবা উপাই থিরকপনি।

—নুপী অঙাঙ লৈরবা নত্ত্রাও ?

—হোয়।

—মখোয়দি হৌজিক কদায়দা লৈরি ?

—জন্মস্থানদা।

—হায়বদি এম, পি, দা।

—হোয়।

—নঙদি অমুক্ত চৎত্রাও ?

—করি' চৎতে (করিগী চৎলোই)? হন্দক্তস্ থা অমা য়ূমদা লৈরুই। থোরকপা কুইদ্রি।

—ও! ঐদি নঙনা লাকতবদ্ নাদ্না লৈগ্রবোই নীংলুরে। অঙাঙদি কয়ানো ?

—অহুম।

—নুপা কয়া ? নুপী কয়া ?

—নুপা ২, নুপী ১।

—মখোয়দি করি থবক শু-নোমহৌরি ? নঙনা মণিপুরদা মিথায় য়োনবা অসিনা মখোয়ব্ থাকপদি ঙমলিত্রা ?

—ঙমদে কমদৌনি বাব্! শিদনবা হিংবা ত্তাই।

—থা অমদা লুপা কয়াদি থায় মখোয়গীদমক্তা ?

—রূপা ১০০।

—তৎতনা থাবদি ঙম্না ?

—ঙম্নবা হোৎনৈ।

ও ! কয়াদ কনগ্রবা মাগী উইলনো ? অহনা ওইবা তাই মানা নোং মরক অসিদা লাকলিবসি। রুটিন কায়দে। যেং-জোম মতং অমা। ফরীং মতং অমা। হস্পী কালেন, নোংজু নু শা থাক্তনা নোমবা। ঐ মাবু থাগংতবা ঙমখিদে।

—হাপ্তাসিমদা কদায় কদায় লমদি চংলি ?

—ছুটি লৈতে, নোংমাইজিং পোথাবে।

—হায়বদি নুমীং ৬নি পোং যোনবা চংলি নত্রা ?

—হোয়।

—লমদি কদায় কদায়দা ?

—নিংথৌকাবা ডিমাপুর রোড, লৈপাকপোকপা উখ্রুল রোড, যুমশাকৈশা টিডিম, শগোলশেল ইম্ফালগা লম মচা-মচা। ইবাই ব্রহ্মা-শুগ্নু রোড, থাংজ মযাং ইম্ফাল রোড।

—ইস ! নঙদি থবক য়াম্না কল্লিনা।

—হিংনবা হোংনবনি বাবু। ঐ অমুক চংকে। কবি কনি ?

—ঙসিদি মিথায়দমক থমলমলো।

—অতৈদি ?

—শেল লৈতে।

—মথঙ হাপ্তাদা পীযু।

পুকচেল চাউনা বিস্কুট, চেঙ্গম, মিথায় পৈবমখৈ থমলম্মী।

—চংলে বাবু

—ফরে য়োকরো।

চংখি, নো মরক্তুদা। ঐ মাগী মতৌ য়েংহন্না লৈহৌই। থা খরগমুক হোখি অসুম্না।

নোংমা ইথা থাজদনা পাউ অমা তাখি—"হৌখিবা ইরাই নুমীৎতা লিল্লোং মথাগী রাইথৌ চাঙ্গোল গোলাইদা টাটা গাডী অমনা মিথায় য়োনবা ময়াং অমা তকখায়রুনা শিখি।"

পাউসি তাবদা খ্বাই লাউখি। "ওইরমগদ্রা মহাক্তুবু?" কুইনা নীংশিংখি। মানা হায়রম্বা "ইরাইদা ব্রহ্মা গুপ্ত রোড" খঙনীং নীংশিংলকখি। ওইরম্বা য়াই খনখি। অদুবু ওইরমদবা ওইসনু!

থা খরগমুক হৌখি।

নোংমা অনৌবা মিথায় য়োনবা অমা য়ুমশাকৈশা। নুমীৎতা ঐগী দুকানগী থোঙনাও মপাদা লেপলে। দুগান মমাঙদা থেংলিবা সাইনবোর্ডতুদা তাহাক মুম্না য়েংই। মশক্তুদি খরা খেন্ননা উরে। মনাওরা মচারা অমদি ওইরম্বা য়াই।

—"রাম-রাম বাবু!"

খোঙ্জেলদুদি অম্নাগী অম্নানি। মানা কৌরকখিবদু।

—"রাম-রাম!"

—"করি করিনো তাকপীয়ু?"

—"নঙবু কনানো? ঐদি উমা ভায়াগা……"

—"উমানি ঐস্থ!"

—"হায়বদি?" ঐনা ঙক্লা হংখি।

—"ঐগী ইমিং উমাচান্দ প্রশাদ ! উমাশঙ্করগী মনাও।"

—"দাদাদি ?"

—"পাউ তাদে ( তাদ্রিবরা ) ?"

থম্মোয়ননুংগী চিংনবা হেনগংলকখি। শোয়দ্রবরা ঐনা তাখিবা রাকমদু ! মহাক্কুবু শোয়দ্রবরা ? খঙ্গান্নরিঙৈ—

—"পাউ তাদে ? শঙ্কর ভায়া লৈখিদ্রে। থা ২ গী মমাঙদা ইরাই নুমীৎ অমদা......"

খঙহে দনা নুংশা শোর কুয়না হোন্দোকখি ! চিংনরম্বদুম চুমলমলে।

—"অদুদি মাগী নুপী অঙাঙশিং অদুদি ।"

—"মখোয় য়াইফরি। দাদানা শেম্বীরমলে মখোয়গীদমক্তা।"

—"করম্না ? মাদি শিগ্রে।"

—"দাদানা য়াওরম্বা লুপা লীশিং য়াঙ্কৈগী লাইফ ইন্সুরেন্স হন্দক্তা ইতৈমগী মখুৎতা ফংলে।"

—"লুপা লীশিং য়াঙ্কৈ !" ঐনা শোনখি ! খনখি— "করিস্সু লৈত্রবা কৈজোম শেগায়বা শেৎপা, ফুরীৎ মতৎ অমদগী হেন্দ্রবা সাইকল অতেকপা অমদা চেগা উপ্পু অমতং মিথায় হাপ্লগা কোয়না চৎলম্বা উমানা মতম থর তানবা পীরুবা মাগী শেলগী শেন্দোংতনা মযুমগী থা খুদিংগী লুপা ১০০ থাজিবা, মশাগী হিংনবা হোৎনরম্বা অদুত্তা নত্তনা লুপা লীশিং য়াঙ্কৈগী লাইফ ইন্সুরেন্স।"

"ধন্যানি উমাবাবু নঙগী থৌরাং।" খঙকৌদনা ঐগী চীন্দগী শোন্দোকখি।

নুমীৎতুদগী মাবু ঐ। "উমাবাবু" হায়না নীংশিংখি তক্তনা।

তাং ১০। ১১। ৭৬ ইং

# লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী

চাউরবা কোলাস রোডকী মনাক্তা হৌরিবা খোংনাংবট পাম্বী ! মান্নি মদু লাইওইরবা খোংনাং পাম্বীনি ! চহি ১৫০ হেল্লকলে মাগী মপুন্সি। ঙসিদি. শন্দোরকলিবা মশা মরেংতনা মায়কৈ অমদি মশাগী ওইনা কঞ্জবা ঙমলে।

মানা মদু ওইরকনবা হোৎনবদা মতম কয়াদ কুইনা চঙথ্রবা ! মনাক্ত হৌবা পাম্বা কয়া লেপকং-লেপকং কংক্লনথ্রবা ! ঙসিদি মাগা ওইজরবা মফম অদু মাগীদমক হায়বদা তশেংতশেংলে, নাপী মকা অমা ফাওবা হোদে। ইকোক-কোকই, ইহাঙ-হাঙই।

শাংলবা চহী চা অসিগী মনূংদা বট পাম্বীনা থে নবকখি—মানা মক্ষমদুদা মতৌ করম্না হৌরকখিবা ? তশেংনমক মাবু শেম্বীরকখিবদু কনানো ? নীংশিংলকই—ঙাক অমনা নোংমা মাবু য়োৎশিনবীখি ! অদুদগী শাংলবা মাগী থীবেং-থীরিন

ফাওনা মানা ব্রানা লাকখিবদ্ ! তান চারবদগী অসিগুম্বা লৈহাও লৈরবা মফম অসিদা মাব্ অমাংবা ওইনা ফায়থবীরম্বদ্ ! অদ্দগী মরূদ্ ব্রানা পোকখায়জরক্কু্না খোংনাং পাম্বী মচা অমা ওইনা জগৎসিদা তিল্লখি ! তশেংবদি কাক্কু্না মাব্ খোংনাং ওইনা অমুক হৌরনবা থৌবাংলকখিবা নত্তে ! মদ্ মাগী ইন্দ্রিগী পেন্নবা, অরাম খৌরাংবা কে'ক্লনবা হোৎনবদগী শোয়খিবরা, তান চাকবরা, অমদগী ওইরকখিবনি ! কপনীংলকই, খোংনাং পাম্বীদ্ কপনীগুখি। নীংশিংলুরগা কপখী। "জগৎসিদা ঐব্ তশেংনা নুংশিবীদ্না পান্না শেম্বীরকপা কনামতা লৈত্তেকো।"

অমুকস্পু—মতম কয়া অমা মানা মপুম মরৈ ফাননবা হোৎনরকপদা চৈনা কয়াদি ফংগ্রবা ! করিগুম্বা মতমদা নেৎথৎপীরমই নৈখায়বীরম্বা। উচিন নাচিননা অচৌবা লম্বাল পাম্বী অমগী মক্লমদা নুংশা শোব থবেৎ থবেৎ হোন্না খাঙজহৌই। কুমগী নোংজু থা অমা ওল্লকপদা কুট ৫ দংদি ব্রাংজহৌবা ঙমখি। অদ্দগী অকনবা নোং-নুংশীৎ। হিংগদ্রা ? চঙগদ্রা ? মশা মরেং ত্তেকখি। ব্রানা খাঙখি ফে ফে হাইনা।

পুন্সি চেঙজেল লৈরিমাল্লে খল্লি—ওল্লকপা বসন্ত ঋতু অমদা অনৌবা য়েন্নীং চোংলকই—মশা মরেং ফল্লকই অমুক।

মানা অস্নুম চাউরকইবা মতীক, মশা মরেং লোংলকইবা মতীক য়েকনবা মশীং যামশিল্লকই। মশা মরেং য়াম্থবী। করিগুম্বা মকমদ' মথায় ফাওবা লৌরগা শীং ওইনগে খননবকই, খোংনাং

পান্থী শোর ফু ইখি। তনিক-তনিক থাঙই। মুংশিবীবা কনামা হাযবীখি—তৌহৈদে-কৌহৈদে, খোংনাং পান্থী য়ানফদে। হন্দোক নবি—খো নাং পান্থী শোর খরদং হোন্দোকচৈ।

ম'না মপুম মরৈ ফারকপা মতম অমা, মাস্থ সেবা কয়াদি তৌখি জিবশিংগীদমক। উহৈ-রাহৈ, উচেকশিংগী মকোন। মাশা মরেং কয়ানা মীওইবগী শীং ওইনগ্রবা! মাগী মশা মরেং ফল্লবা উথাগী উরুম অচুদা যাত্রিক কয়ানা পোথানগ্রবা! নোংমসু সন্যাসি, নোংমনা ডাকু, মীহাৎপা, লুটর, লায়রবা ইনাকখুনবা।

নোংমসু উখি অঙকপা থোদোক, তাখি অঙকপা রারী।

থেঙলবা অহীং অমদা লমচৎ নাইদবী অমনা রূপা অমগা মাগী মখোঙদা খুপলহুনা চৎখিবা নিতিহুবু কবি নিতি কৌবগে? ……মদু মাদি মমীৎ লাওথোকলদুনা য়েংখিবনি। মখোয়-মদি কনা উদে খনখিবা! লমচৎ নাইদে লমচৎ নাইদে! হুশেংনমক জগৎসি অমমবা ওইদবা জালনা কূপলবনি খনখি।

নোংমসু ওইথোকত্রবা থবক অমা ওইবা য়াননবা পাঙ-থোকউ হাযহুনা শেল মপুন অমা মাগী মখোঙদা থীনখিবদুবু করিগীদমক্তনো? করম্না অচুম্বা রায়েন ফংগদোরীবনো? করম্না মদুনা অফবা সমাজ অমা ওইরকদোরিবা?

ইথা থাজদনা নোংমসু মাগী মখোঙদুদা পোথাজবা যাত্রিক অমবু থাঙনা চোপ-চোপ য়ান্দুনা হাংলগা মপোং মুনবাখি! মরাল লৈত্রবা অমনা পোথাগে চঙলকপদা মঙোন্দা তাইশিন্ন-

শুমদ্না লৌনি! খোংনাং পাম্বী লেপ্পা ঙমলকতে।

নোংমা হিগায়রা হৈবা অমা। নুপী অমস্থু মতুং ইন্না রকখি তফিং তফিং! ৱাতানখি—মীগী মতু লৈরিবা নুপাহিবু করম থায়নহনসিগে হায়না। নুপাদুনা শাগী লমচৎ চৎলকই। মশাগী ওইজবসু তাঙ্গা চাদিংবদা তালহৌই। এক পোথে দুই কাম! নুপীদুনা মাগী অনীংবদুমতং থুংননবা হিগায়রা হৈবদদা মশা কৎথোকখিবনি! মশাগী ইজ্জৎপু ক্রিমতা কঞ্জনবা হোৎনদ্রিবসিবু করিগীনো? নুপাদুনা লোম্না হায়, মসিগী পোৎশকসে, মসিগী মপান্না পোয়দনা ফল ফংগনি।

—করি ৱানোদ তাদ হৌনদেদা।

—নঙনা তোঁদোরিবদুদি হেনব্রা?

—অদুবু মসিদি?

—অহু ওইরগা তোকলেদনা!

উপাই লৈতে। হিগায়রা পুবতুনা হায়বদুমক ইন্দবা য়াখিদে। চেংনা লুনা থমজনল্লবা পোৎশক্কু পুথোক্কুনা পাখি! ইস, লমচৎ নাইখিদ্রেদা! লমচৎ নাইদে!!

থবক্কু পাঙথোকপবা মতমদা নুপাদুনা হায়—সে, মসি কাদরা-হৈদরা, অমদা তাপলগা পাজো! অদুগনে, এনা তোরক-পনি হায়বা নাকোং অনী হেক শুহল্লবা, থাজে এনম্মু হেক্তা হায়দোকদনবি!

—ওহঃ অদুগী ওইরে এবু মাঙহনবারিবদে?

—অদু আদা থঙদে, য়ারে হোজিক্তি চৎখ্রো!

শমসি থাইনা চৎনখি অনীমক। তুক্কচৈ! তুক্কচৈ!!

নোংমস্ ইথা থাজদনা!

হরি নাম শোন্দুনা লাকখিবা সন্যাসিদ্না তৌখিবদূবু করিনো? করিনো মাগী কমণ্ডলুদগী মরৈ চেৎনা লৈথোকলগা থকখিবদু? ওঃ ওঃ মনমদু! অদ্দগী থাজদ্রবা চীঙ্গাক ......!! মীৎ তাঙবনা ফৈ! মীৎসি তাঙহনখিবনা।

মতৈনি হায় নুপাদুনা. মনাওনুপী ওইরমল্লে, লৈশাবী মানবীদু! কৈগীনো অদুগা নুপীদুনা মকোক খুমখিদ্রবদুদি? মানা মাগী তাগ্রবা শমজিরৈদু খুনগংকে লাকুরিঙৈদা কৈগীনো নুপাদুনা মথুংমক্তা থেংপীখিবদু? মচা অঙুম শুববীদুনা কৈগীদমক নোংহৌনা লৈশারকলিবা হকচাং কয়াৎশিংগী নীংতম্বদু উৎলদুনা?

খঙদে লম্বীসিদা চৎলিবা, নুমীৎ খুদিং উরিবা ময়ামসি কনানা কনানো? পুম্নমক অমম্বা জালনা বুপই। পুম্নমক ওইদবা ঙাকনি। তাৎনি। অদুবু থক লেপতে নোংঙানফাৎত্রিঙৈদগী নুংদাংগী তুম্ন-হিপ্ন মতম য়োদ্রিফাও লাকই চৎখি.... ....।

নোংমনা পাখঙমচা অনীখক! চীক্লা ব্রারা শারৈ শমশাংবা অনীদু! য়াম্না লুবা ব্রাকমগী ওইরমাল্লে। অচৌকপা মফম থিরকপনি—মক্কম নাইবা.......। ইঃ কৈনা। কৈনোনে? অমদি লৈশাবীনি! তশেংনমক লৈশাবী!! মাগী কান্থদোরবা মথাদুদা খঙই, অথাবা জেকেংতু লোথোকপ্রবা তুংদা! নুপা

ঙাক' মানবা মবান্নিগী রাস উকরবা তুংদ! মসিবু হৌনরনে? ওইঃ মীং নাই...... য়াম্না নাই!! কৈগীনো মাদি ক্রীং-খোঙ-গ্রাও খোঙউপ মুপাদ মুপা!

নোংমস্থ জেন্ট অমগা লেডী অমগা।

লেডী অদু মশক মতৌ তংবোপ তবোপ ঙৌনা, চাউনা, শাংনা! মতৌ লৈ। মখোলদি ব্রো-ব্রো!

—তাইবুঙো, কৈ মতৌনো খঙদেদা! (য়াম্না সেক্সি ওই।)

—নঙবু তশেংনা পাম্নরনে?

—অওইবনি! আমেরিকাদ হায়বা?

—অং!

—লুপা কয়াদি চঙনি?

—শেলগী রা অরায়বনিদা। নঙদা মপুক্লীংহ লেপখো?

—তশেংবনি সত্য!

—অদুদি মথঙগী যুমশাকৈশাদ যাত্রা তৌরসি!

—মহোয় আমেরিকাদ শোয়রেকো? মুপীদা মুপী!

—অওইবনিনে থাজো!

—হৌজিকপু ঐগী হকচাং কয়াংশিং অসিনা নুপীদ নুপী ওইজররবদবু কয়াদ হরাওজগবা! কয়াদ পেঞ্জগবা!

হরে-হরে! লেডীহুবু নুপী নত্তবকো? নুপী ওন্নবগী-দমক আমেরিকা ভান্না চংপা! অদুম লৈদি কৈদৌবা? মদু না কৈদৌবা?

অসুম্না শাংলবা মাগী মপুক্সিগী চহী চাশিংদা থেংনরকখি

অগংসিগী অওনবা কয়া। মদ্ উরুবগা লাইওইরবা বট পাম্বীনা তংতনা মীংল্ পিরাং শিন্থখিবনি।

ঙসিদি মাবু অমুক ওৎলদ্রে। ওৎকেদি খল্লমখি য়াম্না তোয়না। অদ্বু ঙসিদগী চহী খরগী মমাঙ, মামা মকমসিগী মায়কৈ ভরা মশা মরেং, মাগী চাউরবা মীংথারবা ঙমলরোইদবা মাল্লবা মউদ্না মকা লাম্না মশীং তম্না হৌজরবা মতমদ্দা মোংম্না মাবু খিরখি মী খরনা। মঙোন্দ ফুট য়ৈবীরে। নম্বর থাবীরে! মতোমতা, শেম্বীরকপা কনা য়াওদনা রানা নংনা হৌজ-রকপা বট পাম্বী ঙসিদি মাগী নীং-তম্বা মাঙখ্রে। তশেংনমক মাগী মপু হায়বা অমা নাইরকলে। মসি মীওইবগী লিচং ওইরমাল্লে! ঙসিদি মাবু কয়াদ কিনা লুনা তৌবীরখ্রা। নোংম-তম্ কনামতনা মাগী মস্য য়াম্বীরদ্রে। মঙোন্দা ওৎ-নৈরদ্রে। খল্লম্বা কয়াম্ ফুট য়ৈবা নম্বরদ্ উরগা ছ-ছু হল্লখি। ওসিদি চহীনা লুমথরবা বট পাম্বীগী পুন্সি চেংজেল লোইরব্রা? লেপকং কংলকলে! চাউর-চাউরবা মশা মরেং কয়া কয়া কংদ্না তেক-কায়না কীন্থরকই। অদ্বু মকমদ্গী মী কনামতনা মদ্বু খুন-জীনবীরদ্রে! মকম অদ্ পুমচায় চাইরে। মঙোন্দা তাংলমবা উতাংবী মক্ক ক্কা কংখ্রে। মাগী পুন্সি চেঙজেলনা লোইরবদা মাগীদমক য়াকায়রোল শৈশকলম্বা উক্রোং অহোবগী চেক্লা মযুম হোংখ্রে! তশেংনমক মউন খোকখ্রবা লাইওইরবা বট পাম্বী ঙসিদি শরূ মপুনগুম তুমিন লেপলি! মীংলূদগী পিদি শীন্থ-নীংই—অদ্বু মদ্ ফোংদোক্লবা মাগী ইন্দ্রীয়া লৈরমদ্রে! মদ্গী দমক তেংথা মাওইনবা মাগী খরায় মীয়েল য়াওরমদ্রে! মাগী পঞ্চভূটকী দিংহদ্না মৈদ-ঈশিংদা-নুংশিংতা লৈদ 'তিরাদ তিলখি-দ্না পংপা পুম্বদ্ রানা ঙাইবা তাখি লাইওইরবা খোংনাং পাম্বীচু!

তাং ১১। ১১। ৭৬ ইং

---

# পুখ্রী।

পুখ্রীনি। য়াম্না মীৎ থল্লবা পুখ্রী।

পৃথীদু অন্ধবা লাইজতনা পীক থল্লি। মাগী লুরবা নিম মচুগী লাইজদুনা মী খূদিংমকপু মমীৎ থকৎহল্লি। উক্লবা খূদিং থকনিংহনদবা য়াওদে, হেক্ত থকখি চোংথ-চোংথদুনা। মপুক পেন্না থক্লবা মতু দা হোৌগৎলকই ঙাওনা-ফৈনা নিশা পাল্লবা মীগুম।—চংখি।

কংবা নাইদে পুখ্রী মচাদু। ঈপান থানা তত্তনা ঈনোৎ হাপ্লবগুম মতম খূদিং ইথম্তা থন্দুনা লৈ, ইরূদা লুই, ইনানতা নাল্লি। মান্নি থলহন্দবা য়াদবদি, লূহন্দবা য়াদবনি, নানদবা য়াদবনি। মরমদি মদুনা মাগী জিবিকানি। নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। পুখ্রী মচাগী মমিং মায়কৈ তরা শীনখি। মায়কৈ তরাদগী লাকপা অরাম খোৌরাংবনা খোৌগ.নরবা যাত্রিক কয়া কয়া ইন্নরৈ, য়োমলৈ মাগী তোর্ব্বান্দ। পুখ্রী মচাগী তাঙলবা

দর্শন কংননবা। পুথ্রী মচাগী লুরবা লাইজ মমল কাখি নোংমে নো মগী।

অদুবু অরাবনি পাউ অসি তাবদা লৈকায়গী লৈশাবীশিং মীপাইনখি। কৈনো? কৈনো? মচি-মচি খুদিং চিবোন চিবোন ভাঙনরকখি। মতম অমা মাগী অশংবা তিংথৌনা চাং মান্নবা কুপ্নবা তোর্বান্দা সনাবুল খুাংদা য়েপতুনা ঈশিং শোকপা লাকলম্বী শানৌশিং ঙসিদি লাকখিদ্রে। মাগী তোর্বানগী পাকলবা সিড়িদা চেংহি শম্বাল লাংলম্বী মতারোইশিংগী চেংহি মনম তারখিদ্রে! তশেংনমক শানৌ ওইবীশিংগী মুং-পান তুনা খোম্থাংয়িনা নোকপা মীনোক তাখিদবা মতম কুইদ্রে!

ঈখৌ লাংবা কয়া কয়াদি লাকই! খুবাম অনৌনা হাই দোকই তোয়না অরূবা লাইজ কংননবা! থকখি পেন্ন। মথ-ম্মোয় পেন্না! অসুম্না কয়ারক তোয়শিল্লকলবদা পুথ্রী মচা ওল্লকপা চহী ঙাইঙমদ লাইজ কংশিল্লকই। মতম অমা লৈকা ফন্না লৈশাং তমলম্বা পুথ্রী মচাগী থম্বাল ঙসিদি নীংথিনা লৈশাং তম্বা ঙমশিল্লকত্রে! লাইজ ঈপাল লানঙমদ, পোম্না পোম্না ঈরোননুংদা খুইথরকই, লেপকং লেপকং কংশিল্লকলে! শেমবীদ্রবা তোর্বান্দগী তত্তনা নীংথায়রকপা লৈরায়না লাইজ মুংদ কত্ত হাওদিগা লোয়ন-লোয়ননা পং পুমলকই! মাগী তেক কায়থরকলবা মতৌবু উরগা মতম অমগী ঈখৌ লাংগল্ল-বশিং ঈখৌ লাংখিদ্রে! হন্না ফাওবা য়েংবীরমদনা চংনখি!

অরাবনি পুথ্রী মচা!

ওসিদি মতম অমগী নিম মচু মাল্লবা লুরবা লাইজগী মছুৎতা মথক মখা ওল্লবা কোঙ্গোলনা ত্রি-ত্রি কারবা লাইজ-তনা মাগী মশরূক ওইখ্রে। মনাক্তা চওলম্বা মীপুম খুদিং মনাতোন মেন মেন্দুনা চেনথোকনখি।

মাগী অরাবসি কোকনবা, মাস্তু পুত্রী মচা ওইনা মতম থরদংদি তাইবংগী লিলাসি য়াওখিনবা ফনা কন্না মহোৎনজে। অপুম্বা লাইজত্থু কুমগী অনৌবা ঈনোৎ লাকপদা পীক অমুক থলহনজে। নিম মচু মান্নবা হোৎনজে। অত্থবু খরগী মখে মতৌদি মাল্লে হায়ববু মাগী নমথিরবা কোকউ হায়বা ময়াদ্রে! নুনিদাং হেক ওইরকপা, নুংশানা কন্না হাই-গৎলকপা, নোংখি নোংমংবা নুমীৎতা মথক মখা ওল্লকই! কোঙ্গোল বৃ বৃ হেক্ক মকারকই। মনমনা ফোওফোও চাই-খাইখি! পুত্রী মচা লোৎপা য়াদে! পৎত্রবা পুমথ্রবা অমোং অকায়শিং তত্তনা মথি ফোংলকই। তমথীরবা মহীক মতাও ওল্লকই।

—কৈনো ঐবু হিংদবা তারব্রনে?

—হিংদবা য়াদে।

—কনানো লাকপীয়ু! ঐ হান্নগুমলি! হান্নগী হান্নহুনে। লাও, লাইজ ঈপাল লাংলো লাও! নপুক পেন্না থকলো লাও।

—হুঁ নমথী! ঐ থকলোই।

—করিগী?

—নশক্মা নগুণগা খন ওল্লবা মান্ত্রে ! ঐ থকলোই !

—কৈগীনোনে হায়রিসিবো ?

—ঐ খঙই। কুমগী অনৌবা লাইজনা পীক থল্লবস্তু

মণ্ণুংদা আঃ মন্নুংদগী মথক মথা ওল্লবা কোঙ্গোল বৃ-বৃ কারিবা অসে। উমঃ ঐ তুক্কচৈ ! ল্যায়না পক্কনী। শোয়দনা লায়না পক্কনি !! তুঃ আদৈসে মহীক। মহীক্কী মহীক ঙাক্কনি। মসিবু উন-উনমক থকলগন্ত্রনে ? ঈখৌ কনা লাংলবস্তু ঐ থকপা কি ! ঐ থকলরোই ! তু চুংই !

হন্দোকখি ইখৌ লাংলবুহ্ !

—ঙাইখোও ! অমুক্তা ঙাইবীগো হায়বা।

তশেংনমক পুখ্রী মচা থম্মোয়গী ঈখৌলাংলবা মশক অনী থোক্না মুং-পান তুনা ফাওরে। অমনা ইখৌলাংবা অমনা হিংনবা। মাগীস্তু হিংদবা য়াদে মতানি। তোয়নদি লাক্কে। করিগুম্বা মতমদস্তু মরাকই মমায় থকপা পাখঙ মচাশিং। শুক্কংলুই মাগী জালগী মাইথোংদা !! ঙাওরুই মাগী ঈথক্কী জগোয়দা। খন্থবা ঙমখিদে ! মিরাংনা অপীকপা তিন কাঙবু ফাকগুম ফাখি ! মথম্মোয় পেন্না থকখি ! থকমিননখি অপুম্বা লাইজত্থ ! ও ! কুইদে—যাত্রিকতুগী থীবোং থীরিল তমথীরবা মহীকনা য়োমখি ! কৈনো 'সিদে ? ওঃ ক'মনো ! ডিব্রুগর ....... ভেলর !!

শাউনখি যাত্রিক কয়া! লৈকায় রাখোক ওইনখি! যাত্রিক মখৈগী অন্দোলন! যাত্রিক কয়া! লৈকায় রাখোক ওইরিবা পুখ্রী মচা ফুমজিললসি রাতানখি! অহুব কনানা শেল পুথোক্কনি? লৈপাক গাড়ী মপোৎতা রুপা ৬০। শেল লৈতে।

হিংবা তাখি অমুক। খরগা অমুক! অহুব কুইখিদে! লৈকায়গী অমোং অকায়, অঙাঙশিংগী অমাং অশোয় কয়ানা মতম কয়ামগী পুখ্রী মচাগী মচীঞ্জাক ওইহল্লখি। ঙসিদি মহাক্কী কোম অহু অমুক হন্না পুখ্রী ওইখিদ্রে! মহুগী মহুৎতা অমোং অকায়গী দসবিন অমগী শক্তম লৌখ্রে!!

তাং ১২। ১১। ৭৬ ইং

---

## ⊙ * থাবল্লৈগী লৈনম * ⊙

নোংজু থাগী থাশিগী অহীং অমা !

অহীং অতু ওস্থোক্লা কিনা হল্লকলমই ঐ। মফম অদ্দা লৈরকপা নুমিৎ নিনিতা মঙায়রি। অথাপ্পা খৃঙ্গং অমদা থাজনা খোমলুবদগী হল্লকপনি। ঐগী লৈফমদু য়োৗগদবা পংয়াম য়াম্না ৱাংলকত্রে। মমলবা অহীং অদুদা নোংনা নোংখোং ফুন্না মমশিল্লকই অমুক্কা। কুম অদু নোংদগী লেননা হেন্না শাথি। খুনমক ক্বাটর য়োৗহৌদবা য়াদে। অশঙ্গা লম্বেল থিরকই। নীংশিংলকই—ভসাই অয়ুক চাকশুন চারগা লাকপদা ফাওরকখিবা অশুকপা লৈরকতু !

খল্লি—“কিরবস্থু কিনা লৈরকসিদা শম্বা তাই। মসিনা ঐবু খরগীমখৈদি থুনা য়োৗহনবা ভমগনি। করিগুম্বা লেন তারক-লবস্থু থীকলোয়, লাংশাং, পোপতেক য়ৈরবা য়েন্থৌ অমদি

* মঙগী ৱারৌনি। মীৎকপ থোকলগা য়াম্না থনখি। করি মঙনো মসিবো? ওইবা য়াত্রনে যুগসিদা? অদুবু ইয়ু হায়না অকনবা ঈথিন অমা ফাওরকপগুম তৌখি। ইখি।

শরৎচন্দ্রগী ৱারী মচা মচা

উ-ৱানা ঙাকথোকখিগনি" থুনমক লৈরক অখুবহৎদা ফাওজিল্লকই। লৈখোম পুমতৈ তৈরে। নোংথাংনা অমুক-মুক মমীং ফাকলকপদা জগৎতুগী অকিবা শক্তম উবা ফংই। অসুম্না লেপ্তনা চংশিল্লক-পনা লৈরক্তুগী খ্বাইদগী শুক্লবা মকম অহ্ন য়োৌরকলে। থনবা শাই খ্বাইদগী শুকপসি লাম্হোক্লবদি থরগী মথৈদি শাকরনি। খোঙথাং থর কনখংলি। খঙহৌদনা তেকথদোৌরবা হৈতুপ পাম্বীগী মশা অমদগী "তুপ" লাউবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা য়াম্না হৌনা ঐগী ইমাঙমক্তদা করিগুম্বা অমা মুশিল-মুনা তারকখি। ঐ কোকচাওবী কাপ্রে! লরাইগী শম চপ চপ য়ুংখংখি। "কনানো হে!" অনীংবা য়াওদনা ঐগী কিবনা পঙথরবা আত্মানা লাউখিরম্মী। কনামতা খুমলকতে। লৈনাং মরক্তগী মুরব' ন্নুপীগী মূর্ত্তি অমা হৌগংলকখি। "নঙ কনানো?" ঐনা অমুকম্মু খংনা লাউবম্মী। অদুবু করিম্মু থৌশাদনা থুনা য়াঙনা চংখি।

খঙহৌদনা মফমদুদা পীকলিবা অঙাঙ অমনা য়াম্না য়াক্লা "হংঙা-হংঙা" হায়না অমুকম্মু কপ্লকখি! অমম্বা মরক্তুদা না থাঙ্গৎতুনা তায। অদুদগী ন্নুপী অদুনা ঐগী মীংয়েং ৱাংমা লানখিবগা অঙাঙ কপ্পগী খোঞ্জেলদুম্মু অদুম্মক তাখিদ্রে।

ঐ করম্না ঐগী লৈফম য়োৌরকখিবা খঙহৌদ্রে। হকচাং অসি তন্নমক অচোংপা অতৈবা ফিরোল হোংদোকলগা থাউমৈ ঙান্না লৈখংলগা অদুম্মক হীপথরে। ফনা কুইনা তুমথবা য়াখিদে। মীং অসিদা শ-শং উদুনা লৈখি, ঙসাইগী কিরবা শক্তমদু! নাকোং অসিদা তত্তনা তারকখি—কিরবা খোঞ্জেলদু!

× × × ×

নোংয়াই মতুং পুং অমা তাবা মতম।

থোঙদ কনাগুম্বা অমনা কিং-কিং নমলকপগী মখোল তাখি। কনানো?—নাকোং থাঙ্গৎতুনা তায়। হকচাং অসি হুমাং অনপ্পা কাই। থম্মোয়গী মীঙ্গল পাইথোরকতুনা নাকোং অনীদা পাল্লে—দং দং...... লেঙবা লাকপা ঙমখিদে।

অমুকস্থু নমলকই—কিং-কিং.... । হন্দক্কী খোঞ্জেল অমা তারকই—"থোঙ হাংউ?"

—"কনানো?"

—"থোঙ অমুপ্পা হাংবীয়ু।"

মাল্লি। নুপীগী খোঞ্জেল! ... য়াম্না কিরবা খোঞ্জেল অমা।

—"অস্নুক থেঙলবদা......।"

—"অমুক্তদি হাংদোকপিয়ু?"

পম্থবা য়ারমদে। পঙথক্রবা রাখলদা অনৌবা থৌনা অমা লাকখি। অস্নুক থেঙলবা অহীং অসিদা কনাগুম্বী মপাঙ্গল শোল্লবী অমা ঙসাইগী অকিবন্থ থেংনক্লবনি। অনীংবা য়াওদনা থোঙ হাংদোকলমলে।

"মাল্লি। অমুক্তা ডখিদ্রিবী মথোং কারকপা অমা। ইস।"

"পম্থবীরগম্থ, ঐবু অমুক্তা থিনবীরমউ?"

শকহেনবীহনা ঐবু চিংদুনা পুবগুম তৌই। কদায়দা চৎগ্রবা নৈগী থৌনা? রা ঙাঙথোকপা ঙমখিদে। খন্থবা ঙমখিদে। মাগী মতুংদি ইনখি। শকহেনবাদগী শুক্ষলোংদা শুশাংখি! তাহাক অস্নুম্না শুশাংলুববা মতুংদা জ্ঞান খঙতা

তারকখি—ঙসাইগী লৈরক অথূবদ য়ৌরমগদৌরে।

"ইঃ কদাযদনো অমুক—?" ঐনা হংখি।

মা খুমলকতে। মোমোন নোকলকই।

"নঙবু কনানো?"

"ঐবু খঙদবা?..... থাবল্লেবু খঙদবা?"

"থাবল্লে।" ঐনা শোনখি! খংহৌদনা নুংশিরবা মনম অমনা ঐগী নাতোন্দা ফোঙ ফাওরকখি! করিগুম্বা অমা নী শিংলকপগুম তৌই। অদুবু খঙবদি ঙমখিদে।

"নঙ খঙই নত্রা?.. থাবল্লেবু খংই। মীনা হাযবা থাজকনু! নঙ ঐবু কিরনে? মচাগী মৈচাক্লা ঙাওরবী থাবল্লে হিংলিবনি।"

খ হৌদনা অথাপ্পদগী মোইবুং খে ঞ্জেল অমা তারকই।

ও। ও। শকহেনবীদু মখোঙ যাওবক্রে। করি মতৌনো? মশা পাল্লবা উচেক্নুম অসুম অসুম রা থংখি !

"লৌরি কি ঐ নংগা লৈনিংবা যাদ্রে!" খংহৌদনা মাংখি। ঐ কিবনা শোব হোনবা ঙমখিদে। কমদৌনা যোদ্রকপা অমুক হল্লা ঐগা কাচরদা! খোঙ লৈপাক তাদবগুম ঐ কংমুংদা ফংদুনা লৈবম্মা।

× × × ×

অযুক অচুনবদা কনাগুম্বা অংল অমা চংলকই। চাউবাক্লা চহী ঙুনফুরোম শুবগনি। খাজনা গীবা লাকপনি। মানা ঐতোন্দা হায—

"এঃ ইবুঙোদি ফরবা মক্ষম অমদা লৈঙ্গেদা।"

"হোয় খুরাবু। শেল থুম পংতিং তিংলোইদবা মক্ষম থিরকপদা য়ুম অসিমা ফংখিবনি।"

"কয়াম কুইনা লৈগদবনো?"

"থা ৩ মুক্তি লৈবা তারি।"

"য়াম্না কুইগদৌরিবা জাংনিদনা! খুড়াদি লৈহননীংদেদা জাগাসিদা"........রারী মথঙ-মথঙ লীথরকখি। অকিবা তুজুংবা! য়ুমহুগী মরাইবক্তা থোকখিবা অঙকপা রারীশিং!

রারী অহুগা ঙরাং ঐনা থেংনখিবা অঙকপা থৌদোকশিংদুগা—ঐ য়াম্না চিংনখি। ঙরাংগী অকিবা থেঁদোকশিংদু অহলদুদা মরিক চুম্না তমখি। মদু তারগা অহলদুনা অঙকপা রারী অমা লীথরকখি।

কুইখিদ্রি, লুখ্রাবী মমা-মচা লৈরম্মী। য়াম্না লায়রৈ। মমাহুনা চেঙকোক ললোন্দুনা চায়। মচা নুপীহুনা হেক ফজরিবদি করি হংঙুরনি লাই মচাহু মঙায়। লুখ্রাবীহুগী মপুরোইবগী মনাওনুপা অমনা ময়াম্বনা শিন্নরম্বদগী মরক-মরক্ত হেক হেক য়েংশিনবীরৈ মমা মচাবু। মীওইবা হায়বসি করিগুম্বা মতমদা মতু পানবা শা হেক হেক ওনগে খল্লকই। অদুবু চংনবীনা রাখলদু নমথদুনা থম্মী। করিগুম্বা মতমদনা রাখল অদু নমথবা ঙমহৌদদুনা মী মশানা মশাবু শারমচংতা তিলকনজবম্বু য়াওরক্কবা নত্তে। অহানবদদি নুপা অদু থোইনা মপুক্রী চঙলমদে। নীংশিংলকপা মতমদা অহুক নোংমা ফাদোক

অমী মচাবু করি চারি করি থকলি হায়না যেংবীরবদগী হেন্না। অতুবু অঙকপনি, মুপী মচাহনা নোংম-নোংমগী শক্কী কুম্মদা মঙান তারকলিবা অহক্কী মতীক মখুরা অতুস্ নোংমা কাংদনা লাকখি। অযুক লুংথিল নাইরকখিদে, পুংজা খুদিং....মীংকুপ খুদিং।

নোংমা মমা লুখ্রাবী অতুদা হায়খি— "ইতৈমা ঐখোয় ইবেম্মসি শেল থোক্লবা লম্বী অমা য়েংহনা থাজিনগ্রসিনা।"

"মানাদি করি তৌদ্না শেল তাল্লুগনি?"

"এঃ পিক থন্না লৈসে, ইতৈমানব্ য়ারবদি।"

"লৈব্ লৈরবদি ফে। নঙনা শেম্বীরকপগী শেম্বীরকপা অদ্মক মী ওইনবা শেম্বীরম্মো। ঐগীদি নঙনা অসূম ফৈ হায়বদ্না লোইরে।"

× × × ×

মতম কয়া'মা নুপী মচাদ্ব্ মখুরা অদ্না ঈশৈ তমহল্লি-বনি, লিলা য়াওহল্লিবনি হায়দ্না কোয়পু পুই। শেলস্থু য়াম্না থোকলে। মমা লুখ্রাবীদ্স্থু চেঙকোক তকপা লেপখ্রে। নোংমা নোংমগী ইমু অদ্ মঙান নাইরকই। চৎপ হল্লকপগী মতম নাইরক্তে। করিগুম্বা মতমদা ন্ংদাগী চাকচানবা মতমদা, করিগুম্বদা তুম্নরমদাইদা, করিগুম্বদা নোংঙাল্লমদাইদা........করি-গুম্বদনা হল্লকতবস্ য়াওই। অদ্ব্ মতম খুদিং মখুরাগদি থানদে। মদ্মক্তনা মমা লুখ্রাবীগী চিনবস্ কোকচরক্মী।

মখ্‌রানা জগৎকী হৌনা লোনচৎ তন্বীরম্মী। মাবুসু "খুরাতোন" হায়বগী মহূৎতা "কাকা মচা" মিংগৌহল্লি।

খরগী তুংদা।

নোংমা লুখ্রাবী মমানা মচা নুপীবু মশম খুদাংদা য়েংলগা হংখি—"কনানো হায়যুনে নুপাদুবু হাযবা··· ?"

নুপী মচাদু ফনা কুইনা খুমখিদে। অদুবু কাইনথণ্ডদা চেনবা য়াত্রদুনা কপ্প-কপ্প মথম্মোয শোক্লা খুমলকখি—"কাকা মচা'

খণ্ডহৌদনা মমাহু লৈমায়দা রাম্থহুনা লো না তাখি। জ্ঞান তারকলবা মতমদা তংমেক চৎতুনা কৌরুই—মাগী কাকা মচাবু।

"কমদোগে হায়রিবনো মহাচণ্ডাল। ইসঃ নচা নুপীনিকো। নচানুপী!

নুপাদুনা তপ্পা খুমলকই—"কমদোকনি থোকগ্রবনিনা।"

"থোকখ্রবনিনা কমদে রুনি!" লুখ্রাবীদ, শাণ্ডখিবনা ল্যাকান কাখ্রদুনা থোঙজিল ময়াদগী শুমজিং লৌথোকতুনা মখুং পেন্না কল্লম্মী।

লেপ্তদে নুপাদু। মরালনা মপোৎ ফাববা মীগুম তৌগীন লৈ।

কপ্প মখৈ কপলুবগা মমাদুনা হায়রকই "হৌজিকপু করি-নোবা তৌদোসি ?"

নুপাদুনা মুন্না খল্লগা খুংলকই— "ঐনস্থ মাইবী অমা হাপনরমলবনি।"

"হৌজিকপু মাইবানা কৈদোদোরিবা ? নত্ত্রে থা ৭ ফারক লবা অসিদা করিনোবা তৌদোসিবু ?" মমাদু তশেংনংক পৃ-পৃ

পাখৎলম্মী। মখা তারকই—"নঙনা 'সিদা থোকহনদৌগী হৌদোং লম্বোইবা শারমলিবোইরেকো শা! মপানি মচানি হায়বা খঙদবা নখোয়সিবু করম্বা মতু পানবা শানো? করম্বা শোরেন অপুম্বীনা ওল্লকপনো? করিগীনো নোইনা ঐবু অসূক ওৎলিবসিবো? চৎপখ্রো য়ুমসিদগী .... চৎপীখ্রে ......!"

× × × ×

নোংমা থামম্বা অহীং অমদা অঙাঙ উনখি হায়। মাগী কাকাহনা পোকপদা ঙায়বিবা অঙাঙহ্ কনাগুম্বা মরূপ অমদা শিন্নরুগনি হায়হনা পুথোকখ্রগা নুমীৎতু মত্তুদা লৈরক অখুবগী হৈতুপ মখোঙগী থো বান্দা হিংনা হিংনা ফুমখি হায। শিঙম-দনা শিখ্রবা মবাল লৈত্রবা অঙাঙহ্গী থরায় মীবেলনা মমাহ্নবু তঙনা ওৎলখি। মথঙগী নুমীৎতা রা রা লাউনবকখি লৈরক অখুবগী হৈতুপ মখাঙদা পোকপদা ঙার্যরিবা অঙাঙ অমা ফুংলবদগী হূকনা খোৎতোক্ত্রুনা লৈরক অসি ঈংনাইনা রাহ চাইবে.

ঈ লোবিবী মমাদুনা মদু তারগা পাখংখি। ঙাওনা হৈকনা মতাগা খে অঙ্গুল নীগে থোরাংখি। রাম্ভদুনা লৈমায়দা হাক্টথখি। নথঙগা অযুক অঙলবদা রা রা অমূক লাউনরকখি— "নুপী অমা লেবক অখুবগী হৈতুপ পাম্বাদা থোরি য়ান্দুনা শিরমলে।" চংহূংলা যেংলুই—অরাবনি!.... হঙ্গোইরবা শক্তম-নি!.... ঈ লোরবী নুপীহ্গী মফি মরোল মফম খচলমদে, মশাদগী চেম্পক্র। অমোং অকায মা পুম্মক মচান মেল্লাখ,

কুইনা য়েংনরমদে—হু-হু হন্দোক্লরকখি। পাউদ্ তাবদগী মমা লুখ্রাবীদ্ ৱাম্থখি। অদ্ম্মক অরোইবা হায়বদ্ ওইখ্রে। নপাদ্দি ওসি ফাওবা মরা-মপাউ তাখিদ্রে! মাঙখ্রে, নমীৎ-তুদগী হৌনা লৈরক অখুবদা মী চংনখিদ্রে। অঙাঙ কপ্পগী খোজেলনা অমম্বা অহীংদা লৈরক অখুবগী শৈরোলনি। মচাগী মখোল হেক তাবদা মৈশা লাংলবী মমানা থোরক্কুনা মচাবু কোয়থি থি হায়নৈ।

নুপী মচা অহুগী মমিং থাবল্লে কৌই। য়ুম অসিনা মমা মচাগী য়ুমদ্নি! ..... ....

কিবনা তু খ্যাও খ্যাও চুংখি!

---



